# ৱক্‌ফ লো
## অমসুং
# ৱকফ চৎনরকপা

এম এম অহমদ
(এডভোকেট)

W f
Muslim Writers Forum
মুসলিম রাইটর্স ফোরম্‌
ইম্ফাল মণিপুর

# ৱক্‌ফ লো অমসুং ৱক্‌ফ চৎনরকপা

*অফোঙবা ঃ*

**মুসলিম ৰাইটর্স ফোৰম্**

ইম্ফাল, মণিপুৰ

*অহানবা খুৎনম ঃ*

এপ্রিল ২০০২ ইং

(মুহৰৰম ১৪২২ হিজৰী)

কোপী মশীং ঃ ৫০০

*লাইৰিক ফংফম ঃ*

অফোঙবা অমসুং ইম্ফালগী মক ওইবা

লাইৰিক য়োনবা দুকানশিংদা

মমল ঃ লুপা ৭৫/-

---

# Wakf Law Amasung Wakf Chatnarakpa

*( Wakf Law and Enforcement of Wakf )*

*Compiled by*

**M M Ahmed** (Advocate)

*Published by*

Kayamuddin Pukhrimayum on behalf of the
Muslim Writers Forum Imphal - 795 001



---

*Printed at M Kumar Offset Press Paona Bazar Imphal*
*Cover Printed at Padma Printers Paona Bazar Imphal*

# ৱাহৌদোক

জনাব এম এম, অহমদনা গবেষণা তৌবগা ইবা 'ৱকফ লো অমসুং ৱক্‌ফ চৎনবকপা হায়বা লাইবিক অসি পাজবে। মসি যাম্না কান্নবা লাইবিকনি। ৱক্‌ফ হায়বসি করিনো ? মসি কবম্না হৌবকপগে ? ৱকফ হায়বা প্রতিষ্ঠান অসিবু কুরআনদা পল্লম্রা ? অসিনচিংবা ৱাহংশিংগী মতিক চাবা পাউখুম পীবগা লোয়ননা লাইবিক অসি হৌবে। ঐনা লাইবিব অসি পাবা হৌবদগী লোইবা ফাওবা লেপ্তনা পানিংই।

লাইবিক অসি-লেখকনা মবনাই মতোমদগী অভিমত্তা যুম্ফম ওইবগা ইবা লাইবিব নত্তে। ৱক্‌ফগী আইন হৌবকপা অমদি মসিনা মথং মথং চাওখৎলকপবু উৎলকপা মওমদা ওথোবিটি পী। ওথোবিটিশিং অসিগী মনুংদা কুরআন যাওবি। অবু হনিফা অমদি মহাক্কী ছাত্র অনিগী অভিমতসু যাওবি। অবু হনিফা হায়বসি জুরিষ্টনি মহম্মদন লোগী যাম্না চাউববা ওথোবিটি অমনি। মহম্মদন লোগী মহাক্কী ইন্টপির্টেসন অসিবু হনফি লো হায়না খঙনৈ। ভারত্তা মুসলমানশিংগী মরক্তা চৎনবিবা মহম্মদন লো অসি অযাম্বনা হনফি লোনি।

ৱকফ মখল করি করিনো ? ৱকফ তৌবদা করি করি মচাক চংই ? কবম কবম্বা মীনা ৱাকিফ ওইবা যাই ? মুসলমান নত্তবা মীনা নৎত্রগা মুসলমান নুপীনা কদাই ফাওবা মুতৱল্লী ওইবা যাই ? অসিনচিংবা ৱাহংগী পাউখুম লাইবিক অসিনা মযেক শেংনা শেংনা অমদি পাঠকনা খাঙবা যাবা মওংদা পীবি

ভারত্তি মুসলমান ডাক্তা লেনা লৈবাক নত্তে। মবম অসিদগী ভারত্তা ইণ্ডিয়ান রেজিষ্ট্রেসন এক্ট ইণ্ডিয়ান মেজোরিটি এক্টনচিংবা এক্টস্‌ লৈ। এক্টশিং অসিসু ভারতকী মুসলমানশিংনা ইনবা তাবনি। এক্টশিং অসি ইন্নবগীদমক ৱকফগী আইন অসি ভারতা কদাই ফাওবা শেমদোক্লগা চৎশগে হায়বদুসু লাইবিকসিনা উৎনি।

ৱকফগা হিবা (গিফট) না যাম্না খেন্নে। হিবা বিল ইৱাডগদি পুমখেন খেন্নাখ্রে। হিবানা ৱকফগা খেনবদু লাইবিকসিদা মলেক শেংনা তাকনি। ৱকফ তৌববদি মওবল্লী লেংঙনা যাদে। মুতৱল্লীগী নমমদা লেবা আইন পুন্নমকসু লাইবিব অসিদা মচা খায়দনা অমদি নাকেন শেংনা পীবি।

লাইবিকসিদা পীবিবা ওথোরিটিশিংগী মরক্তা ডি এফ মুল্লা যাওবি। মাহাক্কী প্রিন্সিপল জুরিষ্টনি। মহাক্কি হিন্দু লো মহম্মদন লো, ট্রান্সফর অব প্রোপর্টি এক্ট রেজিষ্ট্রেসন এক্ট কন্ট্রেক্ট এক্ট সেল অব গুডস এক্টনচিংবা লাইরিক অমদি মহাক্কী মুসলমান্দা ...

তিন লোমদি ভাবতা মমিং চৎলি। জনাব এম এম অহমদকী লাইবিক অসি কুবআনগী প্রোভিজন অমদি অমাও অমাংবা হিন্দু অমসুং মুসলমান জুবিষ্টশিংগী অভিমত, হাযকোর্টশিংগী বায সুপ্রিম কোর্টকী বায অমদি প্রিভি কাউন্সিলগী বাযশিংদা যুক্তম ওইবগা ইবনি।

বককা অসি লোনবা নিংগোল চিঙ্খি খঙনিংবা মীদস্ লাইবিক অসিনা মতেং ওইগনি। লাইবিক অসিদা হৌজিক হৌজিক ভাবততা চৎনবিবা বকয এক্ট ১৯৯৫ অসি নৈনবি। লাইবিক অসিনা মুসলমানশিংদা কানবা পীবতা নত্তনা উকিলশিং অমদি বিচাবপতিশিংদস্ মতেং ওইগনি।

**বাজকুমাব ঝলজিৎ সিংহ**

# ফোরমগী মাযকৈদগী

মণিপুরদা খুন্দাবিবা মণিপুরী মুসলিম (পাঙল) শিংগী মমাবোল-দি মণিপুরী লোন নি। পৃথিবীদা লৈবিবা জাতি ফুরুপ খুদিংমক্তা মমালোন নুংশিনগুম মণিপুরী মুসলিমশিংসু মমালোন নুংশি। মখোযগী মবক্তা মমালোন চাওখৎনবগী হীরমদা পুক্রিং হকচাং লূপচবা মীওই কযামুক লৈতবা নত্তে। মখোযগী মবক্তা কন্নাগুম্বা থবদি ছাপা নম্নবগী খর্চ লৈতবদগী অইবা খুৎই লাইবিক কযা ফোঙঙমদনা তাদুনা লৈবা যাওবি। মসিগুম্বসি কোক্লবগীদমক মমালোনগী সাহিত্যগী পূক্লৈদা পাঙল অইবশিংগী খুদোল মবাং কাযনা হাপচিন্নবগী পান্দমদা বাখল মান্নবা সাহিত্য নুংশিজবা অইবা মশেন তেংবাংনবা অমসুং মগুণ লৈবা লাইবিকশিং ফোঙনবগী পান্দমদা থেঙলবসু -"মুসলিম রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল' লিংখৎচখি। পান্দম অসিগী মখাদা তোঙান তোঙানবা হীরমশিংদা অইবা কযাগী লাইবিকশিং মথং মথং ফোঙদোক্লবা থৌরাংজরি।

ফোরমন অসিগী অনীশুবা খুদোন। ওইনা মুসলিম সমাজদা মাল চাং মতিক চানা লৈরবশিংনা তঙাই ফদনা মীয়ামগী কান্নবগীদমক অল্লাহগী মিংদা ব্রকফ তৌবগা লোইনবা মদু ঙাক শেনবা অমদি শিন্দিন্নবা মতাংদা জনাব এম এম অহমদ (এডভোকেট) না খোমগত্তুনা চীনমসিদা মরীক চুম্না লৈনবা 'ব্রকফ লো অমসুং ব্রকফ চৎনবকপা হায়বা ইসলামিক আইনগী মরী লৈনবা লাইবিক অসি মীয়ামদা শিন্নজরি। লাইবিক অসিনা ব্রকফগী ওয়াথৌদা নাপুনা খুদিংমক্তা নংথরকনু মরী লৈনবা মীওইশিংদা কাননা ফংহল্লবদি ফোরম অসিনা লাইবিক অসি ফোঙদোকচনবগী পান্দম যংলে হায়না লাউগনি।

লমা ১ মাপ্রি
ফেব্রুআরী ২৬ ইং ২০০২

কমামুদ্দিন পুথ্রীমযুম
*সেক্রেটরী*
মুসলিম রাইটর্স ফোরম ইম্ফাল

# রাহৈ খরা

জাতি অমগী নত্রগা লৈবাক অমগী আইন খঙবা হায়বসি হৌজিক্কী মতমদদি তৌদবা যাদ্রবা মীওইবগী কোকথক্তা নন্দুনা লৈবা চাউববা পোৎলুম অমগুম্বনি। ব্রক্ফ হায়বসি ইসলাম ধর্ম্মগা থাদোক্নবা য়াদ্রবা শরক অমনি। মুসলিম লোগী লৈবিবা কয়াৎশিংগী মনুংদা ব্রক্ফসু অমনি। মমল যাম্নবা পোৎশক কয়া হায়বদি মসজিদ, কবরষ্টান ইদগাহ, স্কুল, কলেজ অসিনচিংবা ঙাক-শেন্দুনা থম্বগী থবক ব্রকফদা পী। অদুনা ব্রক্ফ এক্ট ১৯৯৫ ভারত শিন-থুংনা চৎনবি।

ইসলামগী মখাদা হিংলিবা মীচুম খুদিংমক্তা ব্রকফগী মবমদা খঙবা যাম্লমক দবকার ওই। নিয়ম চুম্না ব্রকফ তৌব্রা নত্রগা তৌদব্রা হায়বসি মী অযাম্বনা খঙ্কদে। তেঙ্গকনা ইথোকপা ওইববসু হীবম অসিগী মতাংদদি লাইরিক অসিদগী পাবিবিবশিংনা কান্নবা থলমখৈদি ফঙগনি হায়বগী আশা তৌজে। লাইরিক অসি মুসলিম লো অমসুং অতৈ মসিগা মরী লৈনবা ব্রফ্ক এক্টশিংদগী শম্লপা ইথোকচবনি। ব্রকফ হৌবকপগী রারী, ভারততা চৎনবা হৌখিবা অমসুং মমিং লৈববা স্কোলরশিংগী মোত লাইরিক অসিদা থেঙনবিগনি।

ইকাই খুম্নজবিবা স্কোলর ওজা শ্রীরাজ কুমার ঝলজিৎ সিংহ, হান্না L M S Law College গী Principal ওইরিবম্বনা লাইরিক অসি যোঙদ্রিঙৈদা মমুৎতানা পাবিবগা লোইননা মশাগী অভিমত পীবিবকপগাদমক ওজাব হনা হনা থাগৎচবি।

লাইরিক অসি যোঙবদা মতৌ ওইনবগাদমক ব্রকফ বোর্দ মণিপুরনা পব্লিকেসন গ্রান্ট পীবিগনি হায়বা তাজবে। মসিগীদমক বোর্দকী চিয়ারমেন মেম্বরশিং অমসুং থৌ পুবিবিবশিংবু হন্না হন্না থাগৎচবি।

লাইরিক অসিদা ব্রকফ বোর্দ মণিপুরগী ব ন হাপনি বনি। অদুবু হৌজিক ক'ওবা বল শেমদ্রিকনা মদুগী মতৎ সেন্ট্রেল ব্রকফ কাউন্সিলগী ব ন ওইনা হাপচবি

এর্ন্থদিক্ষ। দা যাওবিবা ব্রকফ। তৌবা [illegible] অসি ব্রকফ বোর্দ মণিপুরদা রেজিস্টর তৌবনা ঙাকুনি। অযাম্বা শরহি Manipur Gazette Extra ordinary No 453 dated 18 2 1994 দা যোঙখ্রনি। মদগী মনু দা চাদবা অসিনা [illegible] মগী মকপ মপাং Social Worker শিংনা পীবিবকপ মনম [illegible] ইথিং ঙ্গ [illegible] এর্ন্থদিক্ষ ॥ অসিনা মণিপুরগী তোঙান তোঙান [illegible] লৈবা ব্রকফ মদুগী চাউরবা শঙ্গ মমা পুথোকপনি। অশোয়বা [illegible] [illegible]

লাইরিক অসি ওইনবা হাংবনা [illegible] মকপ [illegible] পুখ্রামম [illegible] শাহ [illegible] মদপুসু [illegible] হনা থাগৎচবি। [illegible] লাইরিক অসি মুসলিম [illegible] ইস্কালনা যোঙবগী ভাব পীবিবগী মমল [illegible] থাগৎচবি।

ইম্ফাল
২৮ ২ ০২

এম এম অহমদ
এডভোকেট

# য়াওফম তাকপা

**হীরম** **লমাই**

## অহানবা তাঙ্কক

## অনিশুবা তাঙ্কক

## অহুমশুবা তাঙ্কক



## মরিশুবা তাঙ্কক

# ৱক্ফ লো

## অমসুং

# ৱক্ফ চৎনরকপা

### অহানবা তাঙ্কক

### ৱক্ফকী শন্নরক্পা মরম

ভারত অসি জাতি মশীং য়াম্না লৈবা গণতন্ত্র চৎপা চউরবা লৈবাক অমনি। গণতন্ত্র চৎপা লৈবাক অসিদা লৈরিবা মীওইশিংগী মনুংদা মুসলিমশিং অসিসু অমনি। মুসলিম কাংবু অসি শেল-থুম, চাওখৎ-থৌরাং অমসুং অতৈ হীরম কয়াদা শোত্থনা লৈহৌরি। লৈমিন্নরিবা অতৈ জাতিশিংগা য়েংনবদা শোত্থনা লৈরে হায়বসি পুক্নিংমক্না খঙনরবা বাকমনি। শেল-থুম অমসুং চাওখৎ-থৌরাংদা শোত্থনা লৈবা মরম্না করি করম তৌরগা শোত্থরিবা অসি ফগৎহন্নগদগে হায়বসি নৈনবা অমা ওই। মুসলিমশিংনা কুপ্না নৈনদুনা পুথোক্লনবা মীয়ামদা কান্নবা পীবা পাম্বৈশিংগী মনুংদা 'ৱক্ফ' অসিসু অমনি। অমির অলীগী মোত মতুং ইন্না ৱক্ফ হায়বসি মুহম্মদন লোগী য়াইদগী মরু ওইবা মশা অমনি। মসি থক্তগা নকশিন্নবতা নত্তনা মুসলিমশিংগী পুন্সি অমসুং সমাজ, চাওখৎ-থোংথাং, লন-থুমগী মতাংদা য়াম্না ময়ী লৈনহল্লি। ভারততা ৱক্ফকী সম্পত্তি লন য়ামদ্রবদা লাখ অমগী মথক্তা লৈ। মদুগী চাউরাকপা ওইগদবা শেনফম্না লুপা করোর ১৫০ রোমগী মথক্তনি অমসুং চহিগী ওইনা কারকপা য়াবা আইগী শেনফম্না লুপা করোর মতারোম ওইগনি[1]। শেনফম ফজনা লাকপা য়াবা মফম কয়া অরেম্বা তাহন্দুনা নত্তগা লাম্না শিজিন্নদুনা মাঙহনবনা অয়াম্বনি। ভারততা লৈবা মুসলিমশিংনসু ৱক্ফ তৌবগী কান্নবদু ফজনা খঙদে অমসুং খঙনবসু হোৎনদে। ভারত সরকারনসু চপ-চানা থিজিন-হৈজিন্দুনা মসিগী কান্নবদু প্রজাদা খঙহন্নবা তৌবসু য়াংলি। মুসলিম প্রজানসু ৱক্ফ তৌবা য়াবা লন-থুম, সম্পত্তি নত্তনা শোংশক কয়া অরেম্বদা মাঙহনবগী মহুত্তা কান্নগদবা মওংদা শিজিন্নবা অমসুং ৱক্ফ তৌবনা চুমগনি। মদুগী লাকদবা আইং নত্তগা শেনফম অদুনা কান্নগদবা হীরম কয়াদা শিজিন্নবা য়াই।

1 S. Khalid Rashid - *Wakf Administration in India*, (1978) P xi

খুদম ওইনা হায়ববদা 'খ্বাজা মোইনুদ্দিন চিস্তি' সাহেবকী অজমিরদা লৈবা দরগাহ অসিদা মীওই কয়ানা অহিং-নুংথিল খাত্তনা অশেংবা অমসুং শান্তি ফংননবা লেপ্পা লৈতনা মাগী মাগী অপাম্বা অমসুং অনিংবদু ফংনবা দুয়া তৌবরি, হায়জররি। লাক্লিবা মীওইশিং অদুনসু অশুম্বা দান তৌই। হায়রিবা শেনফম নত্তগা পোৎ-চৈ অদুনা দরগাহ অদুদা লাকপা মীওইশিংদা নিত্তিগী শীজ-পীথক তৌই, লৈত-লাইরবশিংদা মতেং পাঙই। মথক্তা পনখ্রিবা অসুম্না কান্নবা লাকদবা কয়া অমা ব্রক্ফগী মতিক মগুণ খঙদবনা মফম অয়াম্বদা অবেম্বদা মাঙহনবা ঙাক্তনি।

## ব্রক্ফ হৌরকপা অমসুং মসিগী অর্থ

ব্রক্ফ হায়বসি কবিনো ? কবয়া ওইবকখিবনো হায়বগী মতাংদা নৈনবা অমা চঙই। ব্রক্ফ হায়বা ব্রাহেসি অরবী ব্রাহৈনি। মসি অরবীক ভার্ব "ব্রকাফা" হায়বা অদুদগী ওইবকপনি। মপূং ওইবা অর্থনা 'কখোকপা' হায়বনি। সাহিত্যাগী মিংয়েংদা য়েংলগদি 'খামজিলহৌবা' নত্তগা অবেম্বদা মাঙখিগদৌবা পোৎশক অমা মফমচানা থমজিনবা হায়বনি। অদুম ওইনমক ইসলামনা লৌবিবা ব্রক্ফগী ব্রাখল্লোনদি মখল খুদিংমক্কী সম্পত্তি হায়বদি থাংদোক-থাংজিন য়াবা পোৎ-চৈশিং অল্লাহগী মিংদা কখোকপা অদুবু মরু ওইনা লৌই। মসি য়েংনদ্রবা ব্রানি মদুদি ইসলামনা মপূং ফানা কোনশিনদ্রিঙৈ মমাংদা অববিয়াদা ব্রক্ফগী ব্রাফম লৈবমদে।

ব্রক্ফগী হৌবকফম থিবা অমসুং খঙজিনবা য়াম্না তঙাইফদবনি। মসি ইসলামগী য়াম্না লেমজনিংঙাই ওইবা মগুণ লৈবর্বা দানগী থবক্তা য়াম্না নক্লনা লৈ হায়না লৌনৈ। শম্না হায়ববদা কনাগুম্বা অমগী মথুক্তা অবেম্বদা তাদুনা লৈবা নত্তগা কান্নদবদা চাদিং তৌখিগদবা পোৎ-চৈ নত্তগা লন-থুম অদু মফম চানা থমজিন্দুনা অব্রা-অনা, লৈত-লাইরবা অমসুং ফিভম চাদ্রবা কয়াগী অব্রাবদা মতেং পীবা নত্তগা কখোকপা অদুবুনি ব্রক্ফ হায়বিবসি।

অরবিয়ানশিংনা লান্দা জয় ওইদুনা লন-থুম, সম্পত্তি য়াম্না ফংলমই। মদু মখোয়না মপূ নিংজবশিং, লাইববা ময়ুম লৈজদ্রবশিং অমসুং মমা-মপা লৈত্রবা অঙাংশিংদা পীখোক্লমই। লেংদবা আই, লন-থুম পীখোকপগী মওং অসি মুয়া য়েংলুবগদি বিজানটিয়ানশিংনা তৌরম্বা মওং অদুগুম্বনি। খ্বাইদগী অচম্বা মওং অমদি মদু মখোয়না মসজিদকী থবক পুবশিং, লাইবিক তম্ফমশিং অমসুং লায়েং শঙশিংদা শিন্নরমই। ব্রক্ফগী অথ,' মতিক মগুণ অমসুং মসিনা পীবা কান্নবা কয়া হায়নিঙাই লৈতনা চাউনা লৈখ্রে।

মসি য়েংনৱ্ৰবা ৱানি মদুদি ৱকফগা মৱী লৈনবা ৱাৰম অমত্তা কুৰআনদা পল্লমদে । অদুবু মসিগা হায়ৱেং মান্নবা কুৰআনদা তত্তনা পল্লিবা অমসুং নিংশিংদুনতা লৈৰবা অম্দি 'দান' হায়ৱসিনি। 'ভীক্ষা' নত্ত্ৰগা 'দান' গী মতাংদদি কুৰআন্দা অমুক্তা নত্তনা ১৫০ ৰক হন্না শীৰি। ময়াম অসিগী মনুংদা খুদম অমা ওইনা লৌখৎলবদা সুৰা ২ গী অয়াট ২১৫ দা অসুম্না হায়ৱি "মখোয়না হংলি নঙোন্দা মখোয়না দানদা কৰি থাদোক্কনি । হায়্যু (মখোয়দা) : নখোয়না অফবগী লম্বীদা থাদোক্কিবা লন-থুম পুম্বা নমা-নপাগী অমসুং অনকপা মৰী-মতাগী অমসুং শীতং-পাতংপা মচাশিংগী অমসুং অৱা-অনংবশিংগী অমসুং লম কোয়বা মীশিংগী । অদুগা নখোয়না তৌবা অফবমখৈ অল্লাহনা তশেংবমক খঙবনি"[2] । মথক্তা শীন্ত্ৰিবা অয়াট অসিতা নত্তনা কুৰআনগী অতোপ্পা সুৱা অমদা অমুক্কসু হন্না শন্দোক্লা তাক্লি "অদুগা মখোয়গী লন-থুমদা চাকনিবগী অমসুং ফংগদবদু শৰুক যংহন্দবগীসু য়াওৰি"[3] ।

ইতিহাসকী লামায়দা য়েংবা তাববদি ৱক্ফ হৌৱক্পগী চৎনবী অসি ৱসুলগী মতমদগী উবা ফংই । সিবলী নুঅমানীগী মোত মতুং ইন্না মুসলিমগী অহানবা ৱক্ফ হৌবসি হিজৰীগী অহানবা চহিদনি হায় । হজৰত মুহম্মদ (স্ব) না মদিনাদা মসজিদ-ই-নবৱী শানবা সহল অমসুং সুহৈইলদগী লম শেল পীদুনা লৌবা পামখি । অদুবু মচিন-মনাউ অনিনা শেল লৌ হায়বা য়াখিদে । মখোয়না লমগী মমল অদু অল্লাহদগী সৱাব ওইনা ফংজগে হায়খি ।

নোংপোক্কী চৎনলোন অমসুং ইতিহাস খঙবা মীওইশিংনা (Orientalist) অসুম্না মোত শীবসু য়াওই মদুদি ইসলামনা অবব লৈবাক্তা মৱা তাপ্ৰিঔে মমাঙদা ৱক্ফ হায়বা আইনগী চৎনবী অসি উবা ফংদে । অদুম ওইনমক অল্লাহবু নিংনবগীদমক খন্দুনা শাগৎখিবা অমসুং শেমখিবা কা'বা শৰিফ অসিসু ৱক্ফগী অহানবা খুদম অমনি হায়না লৌনবসু য়াওই ।

হজৰত উমৱ (ৰদি য়ল্লাহু অনহু)না খলিফা ওইৰা মতমদা য়াম্না নুংঙাইৰা থৌদোক অমা লৈখি । মদুদি খলিফা উমৱ (ৱ অ.) না খৈবৱদা লম মচেং অমা ফংলমই । মদু হজৰত মুহম্মদ (স্ব) দা কৱি কবস্বা মওংদা শিজিন্নগদগে হায়না হঙ্গংখি । ইবুংঙোনা ৱাৰম অসিদা অসুম্না তাকপিখি, "লন-থুম অদু পুনশিল্লু অমসুং মীওইবা জাতিগী কান্নবদা শিজিন্নৌ অমসুং মসি য়োনসু য়োনথোক্কনু নত্ত্ৰগা খুদোল ওইনসু নত্ত্ৰগা স্বত্ব ওইনা নচা-নত্তদসু পীথোক্কনু, মসিদগী ফংলকপা আই, পোম্বোক অদুনা অঙাংশিংগী কান্নগদবদা শিজিন্নৌ, নহাক্কী মৱী-মতাদা অমসুং অল্লাহগী মিংদা লাইৱবশিংদা পীথোকখো" ।

---

2 Holy Quran Sura 2 215 3 Holy Quran - Sura 51 19

হজরত উসমান (র.অ.) না অহুমশুবা খলিফা ওইবা মতমদা ইবনে অলী-অল-হকিকনী লন-থুমশিং মহাক্কী মচাশিংগী অমসুং মীয়ামগীদমক্তা ৱক্ফ তৌরমই। হজরত অলী (র.অ.) মরিশুবা খলিফানা য়েনবোদা (কা'রা তম্পাক্তা) লৈবা লমশিং চকনিবা, লাইরবা অমসুং নমাজীশিংগীদমক ৱক্ফ তৌরমই। মসিগী হায়রেং মাল্লবা মওংদা আইসা, উম্মে হবিবা, সফিয়া, সা'দ বিন অবী ৱকাস, খলিদ বিন ৱলিদ, অব্দুল্লাহ বিন জুবের অমসুং জৈদ বিন সবিত মখোয়শিং অসিনা ৱক্ফ তৌরমই হায়বগী চেকসন (record) লৈরমই।

ইহান হান্না ইদুনা ৱক্ফ তৌখিবগী চেকসন পেলেষ্টাইনগী মনুং চন্না লৈবা রমলাহ সহরদা ফংখি। মদু শেল পীখোকপগী মওং মানবা নিয়ম অমদা লোক ১১২ এ.ডি. দা কাইক অল-হমিদ ইবন অবদ-অল্লাহ্-অল সিকিন্নী কৌবা নপুংসক নুপা অমনা নৃশপাক নত্রগা কোনপাক কুপ্না অমদা ইদুনা থন্নখ্রনি। ৱক্ফগী লন-থুম অদুনা কান্নবা ফংগদবশিংদি লমকোইবা কাংবু অমসুং থাগ্না চংভুনা লম্লোন-ইভিক তৌবা মীওইশিংগী পোথাশং (Caravan Sarai) ফংহনবনি।

অশুনবা মতমগী ইসলামগী ৱাখল মোত পুখোকপা (Islamic doctrine) কাংবুনা ৱক্ফগী মতিক মগুণ য়াম্না ৱাংনা থাজংলমই। হিজরীগী অনিশুবা শতাব্দীদা ৱক্ফগী খোঙথাং অমসুং আইনগী মওং য়াম্না চাউখংলমই। হায়রিবা মতম অসিদা ইসলামগী আইন শন্দোক্না তাক্লিবা কাংবু (various exponents) গা আইন হৈবা কাংবু (Justice Concept) গা ৱক্ফগী অর্থ পুখোকপদা চাউনা খেন্নবা লৈখি। অদুবু মসিগী খেন্নবদু মখোয়দা মুসলিম জুরিষ্টশিং য়াওনা খন্ন-নৈনরবা মতুংদা য়াম্না থুনা শেংদোক্লদুনা চন্নবদু লৈহনখিদে। মসিগী তুংদা মথং-মথং ওইনা ৱক্ফগী লন-থুম কয়ামরম লৈবা হৌরকখি।

## কনাগী মতমদা ৱক্ফ হৌখি ?

ৱক্ফ হৌবসি কনাগী মতমদা অমসুং করম্না চহিদা হৌখিবগে হায়বগী অকক্নবা মতম লৈতে। Heffening না ৱক্ফগী মতাংদা পীরিবা মোত, ৱাফমশিংসি য়েংলুরগদি মপাল লমগী চিখিন চঙই হায়রি [4]। অদুবু মহাক্কী ৱাফম অসি Henry Catton নদি য়ানিংদে। মহাক্কী "Law in the middle East" তা মরেক শেংনা পীরি [5]।

4 Heffening - *Encyclopaedia of Islam* Vol. II P 1096.

5 Henry catton - *Law in the Middle east* Vol. I 1955, P 205.

Says "The institution of wakf has developed with Islam and there is no evidence that such a complex system of appropriating usufruct as a life interest varying and successive classes of beneficiaries existed prior to Islam"

মীশোং শিজিন্নবগী অথিকার ফংলবা নত্তগা লৈরবা পোৎশক অমা শেল পীদুনা পোৎশক অদুগী মপূ ওইখিবা হায়বসি আইনগী মিৎয়েংদদি অনৌবা অমা নত্তে। অথিকার অসি ফংলবা পোৎশক অদু তুংদা লাক্কদবা মীরোন কয়াগী পুন্সি চুপ্পগী ওইনা লাকই নত্তগা দানগী শরুক অমা ওইরকই। অসিগুম্বা মখলগী দান অসি ইসলামনা মতম ফনা চাউখৎলকপা অহুমশুবা শতাব্দীদা মমি তাপ্রে হায়বসি আইন হৈবা কাংবুনা মোত পী।

হেনরি কতননা অমূক্কসু মথা তানা নৈনরিবদি 'ট্রষ্ট' অমসুং 'ৱক্ফ' অনি অসি য়াম্না নক্কনা চৎমিন্নবা মবম্না কনানা হান্না লৈরম্বগে নত্তগা হৌরকখিবগে হায়বগী মতাংদা য়েংশিনবা অমা চঙই অমসুং খঙদোকপা দরকার ওই। অদুবু মসি চিংনিঙাই ওইদ্রে - হেনরি কতননা মহাক্কী লাইবিক অসিমক্তদা ট্রষ্টতগী ৱক্ফনা হান্নানা লৈবন্নে হায়বসি ময়েক শেংনা তাক্লি। মসি চয়েংনবা লৈত্রবা ৱাফমনি - আইন্গী চৎন-মোত (Legal Theory) চাউখৎখিবসি নিপাল অমসুং মাপলশুবা শতাব্দীদনি। ঐখোয়না ঙসি উরি খঙলিবসি চহি লিশিং অমগী মমাংদা হান্নানা লৈম্রবনি। মখোয়নদি অহানবা অমসুং অঙনবনি হায়জরিবা ইংলিসকী 'ট্রষ্ট' নত্তগা চৎনবী অসি ৱক্ফগী মতুংদা লাকখিবনি হায়বদি, ১৩ শুবা শতাব্দীদনি।

## কনা কনানা ৱক্ফ তৌবা য়াবগে ?

কনানা অমসুং করম্বা মীশক্না ৱক্ফ তৌবা য়াবগে হায়বদু মথাদা পীরি -

১। নুপা নত্তগা নুপীনা ৱক্ফ তৌবা য়াই।

২। ৱক্ফ তৌবিবা মীশক অদু ৱাখল-লৌশিং মাঙদবা, জ্ঞান লৈবা অমা ওইগদবনি।

৩। মশা সবালক হায়বদি য়ামদ্রবদা মশাগী চহি ১৮ দগী তাদবা মীশক ওইগদবনি।

## অবু হনিফা অমসুং মহাক্কী ছাত্র অনিনা ৱক্ফগী ৱাহন্থোক পীবা

ৱক্ফ হায়বসি ইমাম অবু হনিফাগী মতুং ইন্না ৱাকিফ (ৱক্ফ তৌরিবা মী) অদুদগী পোৎশক খরা থবক অমগীদমক খাকচিলহৌবা নত্তগা তুংশিলহৌবনি। অসিগুম্বা খাকচিলহৌবা পোৎশক অদুদগী লাকপা আই অদুনা লাইরবশিংদা পীথোকই নত্তগা অতোপ্পা

কান্নগদবা মওংদা শিজিন্নে। ইমাম শাফি অমসুং ইমাম য়ূসুফ মখোয় অনিনদি অবু হনিফাগী ৱাফম অসিগী ওন্ন-তৈনবদা লৈ।

অবু হনিফাগী ছাত্র অনি কাজী অবু য়ূসুফ অমসুং ইমাম মুহম্মদগী মোত মতুং ইন্নদি ৱক্ফ হায়বসি অল্লাহনা পীবা লন-থুমগী নিয়ম অদুগী মথাদা পোৎশক থন্না পুনশিনবনি। মদুগুম্না পোৎশক অদু ৱাকিফ অদুনা মপূ ওইবগী হক্ লৈত্রে অমসুং পোৎশক অদু অল্লাহগী মিংদা থাদোকই। পোৎশক অদু কান্নগদবা মওংদা শিজিন্নদুনা মদুদগী লাকপা আই অদু মীওইবা সমাজদা কান্নবা ফঙহল্লি।

ৱক্ফ তৌবগী থবক অসি নোংম-নোংমগী অসুম হেন্গৎলকখি। ৱক্ফ তৌবিবা পোৎলমশিংগী মনুংদা দুকান, মিল, ইকজফম, সাপোন, চে-চাং, লৌউ-শিংউবগী থবক হায়বদি মনা-মশিং থাফম, ফার্ম অসিনচিংবনি। ইসলামনা কোনবা অচৌবা লৈবাকশিংদা মশীং লেপঙমদনা ৱক্ফ তৌনে। ইংশোক ১৯২৫ দা টুর্কীদা লৈবা লৌউ-শিংউবা য়াবা লমগী শরুক মবি থোকপগী অহুম ৱক্ফ তৌখি। মদুগী চাউবাকপা ওইগদবা শেনফম টুর্কীস পাউণ্ডদা ৫০,০০০,০০০ ওইগনি। শতাব্দী ১৯ লোইশিল্লকপদা অলজেরিয়াদা লৌ উবা য়াবা লম অপুনবগী তঙ্খায় অমা ৱক্ফ তৌবমই। মতৌ অসুগুম্না ট্যুনিসিয়াদা শরুক অহুম থোকপগী অমা, ইজিপ্তা শরুক নিপাল থোকপগী অমা লৌ উবা য়াবা লম অল্লাহগী মিংদা কখোল্লমই[6]।

হনফী আইন খঙবা (Hanafi jurists) কাংবুনা ছাত্র অনিগী ৱাহস্লোক অসি য়াম্না মক ওইনা লৌনে। মসি য়াম্না কুপ্না নৈনবা চঙই। মথক্তা পীখ্রিবা ৱারোলশিং অসিগা মরী লৈননা মক ওইবা পোৎচং অহুম মথাদা পীবি।

ক) পোৎশক অদু অল্লাহগী মিংদা পীথোকপা, মদু মতম পুম্বগী ওইবা অমসুং হোৎদোকপা য়াদবা;

খ) ৱক্ফ তৌখিবা মীশক (founder) অদুগী হক লৈতবা,

গ) মসিগী কান্নবনা মীওইবা জাতিনা ফংবনি।

ইমাম অমসুং মহাক্কী ছাত্র অনি মতাং অসিদা ৱাখল মোত থেন্নবকপসিনা অতোম্বা থবক থৌরমদসু য়াম্না মরু ওইবা অমা ওইরম্মী[7]।

6 Asaf A.A Fyzee - *Outlines of Muhammadan Law* (1976) P 276
7 Ibid P 279

ইমাম অবু হনিফানা পীরম্লিবা মোতত্তি ৱক্ফ তৌগ্রবা পোৎশক অমা ৱাকিফ অদুনা হন্দোকপগী হক লৈ হায়বদি ৱক্ফ তৌগ্রবা পোৎশক অমা মপূ ওইবগী অধিকাব অদু ৱাকিফ অদুদা মাঙদনা লৈ হায়রি। অমরোমদা মহাক্কী ছাত্র অনি অবু য়ুসুফ অমসুং ইমাম মুহম্মদনদি ৱক্ফ তৌগ্রবা পোৎশক অমা মপূ ওইবগী হক ৱাকিফ অদুদা লৈতে, লৈরম্বা হক পুম্নমক থাদোকত্রবনি। অদুগা ৱাকিফ অদুদা পোৎশক অদু অমুক হল্লিলহনবসু য়াদে, পীথোকত্রবা পোৎশক অদু মতম পুম্বগী ওইত্রবনি। ৱাফম অসিগী মতাংদা ছাত্র অনিগী মোত শতাব্দী কয়া পাম্লনা চৎনরক্লি। অবু হনিফাগী ৱাফম অসি মীয়াম্না কয়া পাম্লদে [8]।

## ৱক্ফ তৌবদা চঙবা মচাকশিং

মুসলিম জুবিষ্টশিংনসু ৱক্ফ কবম হায়না হৌবকখি হায়বসিগী মতাংদা মথল মথেলগী ৱাখল, মোত পুথোক্রে। মবম অসিদগী অমগা অমগা মোত থেন্নবসু কয়া অমনি। পুম্নমক নৈনরুদ্রবসু হনফী স্কুলগী মতুং ইন্না ৱক্ফ তৌবদা চঙদবা য়াদবা চাউবকপা মরম খবা মখাদা পীজবি [9]।

১। ৱাকিফ অদুনা পোৎশক অদু কখোকপা ঙম্বগী চপ-চাবা থৌনা লৈগদবনি।

২। পীথোক্কদবা পোৎশক অদু ভাবনা শাবা ওইবোইদবনি; মদু থাংদোক-থাংজিন য়াবা নত্তগা থাংদোক থাংজিন য়াদবা (moveable or immoveable) পোৎশক ওইবসু য়াই।

৩। ৱক্ফ তৌগদবা পোৎশক অদু মপূ ওইরিবা মীশক অদুনা মীয়ামদা লাউথোক্লুনা খঙহনগদবনি। মসিগীদমক তোঙানবা নিয়ম লৈতে। চীননা লাউথোকপা য়াই নত্তগা অইবা ওইনা থম্বসু য়াই।

৪। মপূং যাবা ৱক্ফ ওইহন্নবগীদমক মুতৱল্লী (য়েংশিনবা মী) দা শিন্নথোকপা; মদু তৌরবসু তৌদ্রবসু য়াই থোহনা দরকাব ওইবা নত্তে।

৫। কখোকলিবা পোৎশক অদু হোংদোক-হোংজিন য়াবা সর্ত্ত য়াওবা ওইরোইদবনি। মতম চুম্নগী ওইবা লেঙদবা হায়বদু ওইগদবনি।

৬। ৱক্ফ তৌরবা পোৎশক অদুগী মপূ ওইবগী হক থাদোক্কবনি অমসুং অল্লাহগী মিংদা শিন্নথোক্কদবনি।

---

[8] D F Mulla  *Principles of Mahomedan Law* (1977) P 189
B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 708-709
[9] Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 3 - 4

৭। ৱক্ফগী অশেংবা পান্দমদা পীন-হৈবা, দান, ধর্ম্মগা মরী লৈনবা নত্তুগা অনীংবা অমা লৈগদবনি।

## ৱাকিফ হায়বসি করিনো ?

ৱক্ফ তৌরিবা মীশক অদুবু 'ৱাকিফ' হায়না খঙনৈ। মশাগী ৱাখল জ্ঞান চোইদবা সবালক মুসলিম নুপা নত্তুগা নুপীনা ৱক্ফ তৌবা য়াই। সবালক হায়বসি "Indian Majority Act, 1875 কী মতুং ইন্না মশাগী চহি ১৮ শুববশিংবু সবালক হায়না খঙনৈ। Muslim Law দদি মীওই-মীতৌ শুববা হায়নতমক পল্লম্বা মবম্না নুপা নত্তুগা নুপী অদুগী অকক্লবা চহি পীরমদে। মীওই-মীতৌ শুববা হায়বসিদা অতোপ্পা মিৎয়েং অমদা মপা নত্তুগা মমা অমা ওইবদা মতিক চাবে হায়না লৌবসু য়াই।

মুসলিম নুপা নত্তুগা নুপী অমগী মশাগী চহি লেপ্পদা লুহোংবা, মহৎ, খায়নবা অমসুং অঙাং লৌরগা শাগৈদা তিলহনবা (Adoption) পুম্নমক অসি মুহম্মদন লোনা য়াবা মতুং ইন্না লেপকনি। মসি নত্তবা অতৈদি Indian Majority Act, 1875, Section 3 না পুম্নমক কোনশিনগনি। ৱক্ফ, দান, ৱসিয়ট অসিনচিংবসি তৌবা মতমদা মশাগী চহি ১৫ শুরবা অমনা তৌবা য়াদে। মশাগী চহি ১৮ শুববা অমনা তৌগদবনি। মুহম্মদন লোদদি চহি ১৫ শুববা নুপা নত্তুগা নুপী অমবু নবালকতা (মীওই শুদ্রিবা) চিংদ্রে। মবম অদুনা Indian Majority Act, 1875 অসি চৎনদ্রিঙৈ মমাংদা কনাগুম্বা মুসলিম অমনা মশাগী চহি ১৫ শুববদি লন-থুম সম্পত্তিগী মপু ওইবগী হক পীবমই [10]।

## ৱাকিফ অমদা চেনগদবা গুণশিং

ৱাকিফ অমনা ৱক্ফ তৌবদা চঙদবা য়াদ্রবা গুণশিং খরা মখাদা পীজরি :—

i) ৱাকিফ মশামক ইসলাম ধর্ম্ম চৎপা মীশক অমা ওইগদবনি।
ii) ৱাকিফ হায়বসি নুপা নত্তুগা নুপী অমনসু হেক্তা ওইবা য়াই।
iii) ৱাকিফ মশাদু সবালক হায়বদি চহি ১৮ দগী তাদ্রবা মীশক ওইগদবনি।
iv) ৱাকিফ মশা বুদ্ধি-লৌশিং লৈবা, ৱাখল চোইদবা (জ্ঞান মাঙদবা) অমা ওইগদবনি।
v) ৱাকিফ অদু পোৎশক অদুগী মপু ওইগদবনি।

10 D F Mulla - *Principles of Mahomedan Law* (1977) P 135-136

মথক্তা পীরিবা ৱাফমশিংসি ৱক্ফ অমা তৌবদা য়াওব্রবা নত্তুগা গুণশিংসি চেল্লবদি ৱক্ফ তৌরবসু মপূং ফাবা হায়বদু ওইদে । অঙাং ওইরিবা মীশক অমনা ৱক্ফ তৌবা য়াদে নত্তুগা অঙাংবু ঙাকশেল্লিবা মীশক (Guardian) অমনা অঙাংগী মিংদা ৱক্ফ তৌবসু য়াদে । মদু কনাগুম্বনা তৌরূরবসু চৎনবা য়াবা ৱক্ফ নত্তে[11] ।

তশেংনা চৎনবা য়াবা ৱক্ফ অমা ওইহনবদা চঙলিবা গুণদি মীশক অদুনাৱক্ফ তৌবগা লোইননা মশাগী ৱাথন্দা পোৎশক অদুগী মপূ ওইবগী ৱাথলসু খুদক্তগী থাদোকখিগদবনি । ৱাকিফ অমনা মহাক্কী ইমুং-মনুং অমসুং মচা-মশুগী কান্নবগীদমক ৱক্ফ তৌরবদি মদু ৱক্ফগী মনুং চল্লোই হায়বদি মদু দান তৌবগা মখী নৈনবা ওইগনি[12] । তশেং-তশেংনা ৱক্ফগী শেনফম্মা কনাগুম্বনা মশাগী মমিংদা পোৎশক অমা লৌবা নত্তুগা লৈকববদি মদু মশাগী পোৎ ওইবা য়াবোই, ৱক্ফগী পোৎ ওইগনি[13] ।

## ৱক্ফ তৌবসি তঙাইফদবা ওইদে

মুহম্মদন লোগী মতুং ইন্না ৱক্ফ তৌবসি মুসলিম খুদিংমক্না শুকশোই শোইদনা তৌগদবনি হায়বা অহকপা নিয়ম লৈতে । ৱক্ফ তৌদে হায়দুনা কনাগুম্বগী মথক্তা অকনবা মিৎয়েংনা য়েংবসু য়াদে লোইননা দণ্ডি পীবসু ঙমদে। অদুবু ৱক্ফ তৌবনা মুসলিম সমাজদা কান্নবা পীবতা নত্তনা অল্লাহগী মাইকৈদগী সন্নাবসু ফংই ।

ৱক্ফ তৌবদা নিয়ম অমগী মথাদা তৌগদবনি নত্তুগা তৌরোইদবনি হায়বা অকক্লবা অমা লৈতে। ৱক্ফ তৌবা মতমদা চিননা হায়বা য়াই নত্তুগা ইদুনা পীবসু য়াই । কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌগে হায়না মপুক্লিংদা খনখ্রবদি মদু পাঙথোকপা মতমদা অকক্লবা লোন অমদা তৌদ্রবসু মশাগী মমালোন্দা অদুমক তৌবা য়াই[14]। মরম অদুনা ৱক্ফ তৌখ্রবা পোৎশক অদু ৱাকিফ মশানা মপূ ওইবগী অধিকাব লৈববোই অমসুং পোৎশক অদুগী মপূ ওইবগী হক অল্লাহদা শিন্নখ্রবনি[15] । কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌগে হায়না খনখ্রবদি মদু অথুবা মতমদা লাউথোক্কদবনি । অদুগা ৱক্ফদি তৌরগা অকক্লবা মতম অমগী ওইনা তৌবা ৱক্ফদি চৎনবা য়াবোই । খুদম ওইনা কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌবা মতমদা অকক্লবা চহি মঙাগী ওইনা

11 Commissioner of wakfs Vs Mohd Moshin (1953) 58 cal W N 252

12 Bibi Siddique Fatima Vs Sayed Mahmood Hasan, AIR 1978 S C 1362

13 *Ibid ( Note 12 above)*

14 Nawab Zainyar Jung Vs Director of Endowment, AIR 1963, S C 985

15 The Kerala wakf Board Vs Vala Maliyekkal Koyanji Koya Thangal, AIR 1985 Ker 228

তৌথোকহ্রে । চহি মঙা শুরবা মতুংদা ৱক্ফ তৌখিবা পোৎশক অদু মতম লোইরবনিনা ৱাকিফ মশাদা অমুক হন্দিল্লকই । অসিগুম্বা ৱক্ফদি চৎনবা য়াবা ৱক্ফ নত্তে । ৱক্ফ তৌব্রবদি হোৎদোক-হেৎজিন লৈরোইদ্রবনি।

করিগুম্বা লন-থুম সম্পত্তি অদুনা মত্তবা, অশেংবা ওইরগদি চৎনবা য়াদবা ৱক্ফ হায়বা অমা মুসলিমগী লোদা লৈতে । ইচম চম্বা মরম অমদি সম্পত্তি অদুগী শরুক খরা নত্তগা শেনফম খরা মপু ওইরিবা অদুনা দান তৌথোকপ্রবা নত্তগা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অশেংবা ওইরবা নত্তগা দান তৌথোকপ্রবা পোৎশক অদু লেঙদবা তুংকোইনগী ওইরবদি মুসলিম লো (আইন) নসু শক খঙই অমসুং য়াই [16] ।

## ৱক্ফ মখল

ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ সেক্সন ৩(r) দা পীবগী মতুং ইন্না ৱক্ফ অসি মখল অহুম থোক্লা খায়দোকপা য়াই অমসুং মখল অহুমক চৎনৈ ।

- ক) শিজিন্নবদগী ওইরকপা ৱক্ফ
- খ) দান তৌরকপদগী ওইরকপা ৱক্ফ অমসুং
- গ) চারোন-শুরোনগী ৱক্ফ ।

ক) **শিজিন্নবদগী ওইরকপা ৱক্ফ :—** কনাগুম্বগী লম মচেং অমা নত্তগা বিলদিংগী শরুক খরা ধর্ম্মগা মরী লৈননা তুংকোইনগী ওইনা শিজিন্নবদা মপু অদুনা অয়েংপা পীদ্রবা নত্তগা তুংকোইনা শিজিন্নবগী অয়াবা পীববা অদুগুম্বা ৱক্ফ অদুবু শিজিন্নবদগী ওইবকপা ৱক্ফ হায়না খঙনৈ। মতাং অসিদা য়াম্না দৰকাব ওইবিবদি পোৎ অদুগী মপু ওইবিবা মীশক অদুদা পোৎশক অদু ধর্ম্মগী নত্তগা দানগী ৱাখল লৈহনবনি । মসিগী অচুম্বা প্রমাণ অমদি মপু অদুনা পোৎশক অদু অল্লাহদা কথোকপগা লোইননা মতম পুম্বগী ওইনা লাউথোকপা অমা চঙই ।

বিলদিং অমা লৈবাক মীয়ামগী মসজিদনি হায়না খঙনব্রিঙেদা চঙদবা য়াদ্রবা মচাকশিংদি —

১। বিলদিং অদু মসজিদ অমা ওইনা তোঙাননা লৈগদবনি ;

২। মপু অদুগী অয়াবা য়াওরগা য়ামদ্রবদা অমুক্তং ওইরবসু মীয়ামগী মপু নিংজবগী (ইবাদতকী) থবক মফম অদুদা পাঙথোক্লদবনি; অমসুং

16 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 706

৩। মফম অদু মীয়ামগী ইবাদতকী মফম ওইনা মতম শাংনা লৈরক্লবা অমা ওইগদবনি। মদ্রাসা, মসজিদ অমসুং মোংকমশিং অসি অসিগুম্বা মখলগী ৱক্ফদা চল্লি।

খ) দান তৌরকপদগী ওইরকপা ৱক্ফ :— দান তৌরকপদগী ওইরকপা ৱক্ফ অসিসু মীয়ামগী ওইবা ৱক্ফ মখল অমনি। মসিবু মসরুফ-উল-খিদমট হায়রগসু খঙনৈ। ৱাকিফ অদুনা মশাগী লন-থুম, সম্পত্তি অদু মুসলিম কাংলুপকী কান্নবগীদমক কথোকপনি অমসুং মীয়ামগী সেবা তৌবনি। মসিদগী ফংলকপা কান্নবদি ৱাকিফ মশাগী অমসুং লৈত-লাইরবশিংগী অনিমক্তা কান্নবা ফংহল্লি। অদুনা থাংদোক-থাংজিন য়াবা পোৎশকসু ৱক্ফ তৌবা য়াহল্লি। খুদমদি - লাইরিক, মক-মরাং, Promissory Notes, Cash Bonds অসিনচিংবনি। অসিগুম্বা ৱক্ফ অসিসু মুসলিম লোনা য়াবা অমনি।

গ) চারোল-ওরোলগী ৱক্ফ :— মসি ইসলামগী লোনা য়াবা ইতোপ তোপ্পা মখল অমগী ৱক্ফনি। অসিগুম্বা মখলগী ৱক্ফ অসিবু 'ৱক্ফ অলল্ অউলাদ' হায়বগসু খঙনৈ। লন-থুম, সম্পত্তি খবা ৱাকিফ অদুনা মহাক্কী মচা-মশুগী, মরী-মতাগীদমক খন্দুনা তৌবা ৱক্ফনি। মসিদগী ফংলকপা কান্নবদু শুপ্নগী ৱাকিফ অদুগী মচা-মশু, মচিন-মনাউনা ফংগনি।

মতম অমদা মশা মতোমতগী ওইনা তৌবা ৱক্ফদি চৎনবা য়ারমদে। মসিনা কোনগদবা থবক থৌরমসু য়াম্না অকক্লনা পী হায়বদি অতৈ ৱক্ফদগী খরা হন্দুনা পী। 'ৱক্ফ অলল্ অউলাদ' অসিদা ৱক্ফ তৌগে খল্লবদি সম্পত্তি অদু মীয়ামগী ওইবা মওংদা দান তৌববদি চৎনবা য়াই হায়না Privy Council গী Lordship না সইখ মুহম্মদ ইহসানুল্লাহগী কেসতা বাই পীখি। মদু হায় কোর্টশিংনা তোঙান-তোঙান অর্থ হন্নখিদুনা চমন্নবা অমা ওইহনখি।

ইতোপ তোপ্পা পনবা য়াবা কেস অমদি ইংলোক ১৮৯৪ দা অবুল ফতহ মোহম্মদ ইশাকক্কা রাসামোহই থব চৌধুরীগা কেস অমা লোক্লখি। মদুগী রাই পীবদা Privy Council গী Lordship না অসিগুম্বা মখলগী ৱক্ফ অসি চৎনবা য়াদে হায়না লাউথোকখি। মুহম্মদন লোনা অমসুং ইসলাম ধর্ম্মনসু য়াবা মখলগী ৱক্ফ ওইবনা ভারত্তা লৈবা মুসলিমশিংগী মবক্তা য়াম্না চাউনা নুংঙাইতবা অমসুং খোয়শাওনবা অমা লাকখি। মসি কোক্লবা ভারত সরকারনা Mussalman Wakf Validating Act, 1913 পাস তৌদুনা Privy Council গী রাই অদু চৎনহনখিদে অমসুং আইনননা য়াবা অমা ওইহনখি।

## ৱক্ফ-বিল-ৱসিয়ট

ৱাকিফ অমনা মশাগী অপাম্বগী মতুং ইন্না ৱসিয়ট (উইল্) ইদুনা ৱক্ফ তৌবসু য়াই, তৌবতবু হায়রিবা ৱক্ফ তৌৱ্রবা নত্তুগা তৌরন্নবা পোৎশক অদু ৱাকিফ অদুনা শিব্রবা মতুংদা চৎনগনি। অসিগুম্বা ৱক্ফ অসিদি ৱাকিফ অদুগী সাধারন উইল্গী শরুক অমা ওইনা লৌবসু য়াই। অদুগা মসিগী ৱক্ফ অসিদি পোৎশক অদুগী শরুক অহুম থোকপগী অমথত্তমক চৎনবা য়াবা ৱক্ফনি হায়না লৌগনি। শরুক অহুম থোকপগী অমদগী হেন্নবা পোৎশক অদুদি চৎনবা য়াদবা ৱক্ফ ওইগনি। ৱক্ফদি তৌরন্নবা অদুগা চৎনবদি য়াদবা পোৎশক অদু নিয়মনা য়াবা অমা ওইহনগে হায়বদি ৱাকিফ অদুগী মচা-মশুশিংনা অয়াবা পীরবদি চৎনবা য়াবা ৱক্ফ হায়বদু ওইগনি[17]। কনাগুম্বনা উইল্ ইন্দুনা ৱক্ফ তৌথোকপ্রে। অদুবু কবিগুম্বা ৱাখল অমদগী মহাক্না তৌকবিবা ৱসিয়ট ( উইল্ ) অদু মশানা শিন্নিঙৈ মনুংদা অমুক হন্দোকপা য়াই হায়বদি তৌকরিবা উইল্ অদু মশানা কক্থৎচবা ঙমই [18]।

ৱসিয়ট অমা তৌবদা অকক্নবা নিয়ম লৈতে। অইবা ওইনা থম্বসু য়াই। ইবিবা চে অদু ৱসিয়ট তৌবিবা মী অদুনা সহি তৌবা দবকাব ওইদে। মসি নত্তুগা চিন্না অদুমক হায়দোকপা য়াই। অদুগা কবিগুম্বা অইবা ওইনা লৈবগদি মদু চুমই হায়না কনাগুম্ববু প্রমাণ তৌহনবসু দবকাব ওইদে [19]।

অঙাং অমনা ৱসিয়ট তৌবা য়াদে। কবিগুম্বা তৌখিবা তাবগসু মদু চৎনবা য়াদবা উইল্নি। অঙাং অদুনা মীওই শুবক্ন মতমদা উইল্ অদু চৎনগনি [20]।

ৱসিয়ট তৌববা পোৎশক অদু ৱাকিফ অদুনা হিংলিঙৈ মতমদা কনাগুম্বনা মশাদগী অয়াবা লৌদুনা মপূ ওইত্রবদি মদু চৎনবা য়াদবা ৱসিয়টনি। অমির অলীগী মোত মতুং ইন্না কনাগুম্বনা লোন্না ৱাকিফ অদুদগী সহি লৌথোকত্রবসু পোৎশক অদু ফংগদবা মীশক অমনা ৱাকিফ অদু হিংলিঙৈ মতমদা পোৎ অদুগী মপূ ওইবগী হক ফংদে অমসুং ৱসিয়ট অদু চৎনবা য়াদে।

মুসলিম লোগী মতুং ইন্না সবালক হায়বসি চহি ১৫ শুরবদি য়ারে হায়না লৌনৈ।

---

17 Dr Ahmedullah Khan - *Law of Wakf in India* (1997) P 7
18 D F Mulla - *Mahomedan Law* (1977) S 189 (i)
19 *Ibid* S 116
20 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) S 183 (2)

মুসলিম লোগী মতুং ইন্না সবালক হায়বসি চহি ১৫ শুরবদি য়াবে হায়না লৌনৈ। অদুবু ৱক্ফ, দান অমসুং উইল তৌবদদি মশাগী চহি ১৮ শুত্রবদি য়াদে হায়না Indian Majority Act কী সেক্সন অহুম্না অথিংবা পী।

## থাইদোক্ত্রিবা পোৎশক্তা ৱক্ফ তৌবা

অঙনবা মতমগী অখঙ-অহৈশিংনা থাইদোক্তবা পোৎশক হায়বদি মপু অনি অহুমগুবা সম্পাত্তি অমা ৱক্ফ তৌবা য়াব্রা হায়বগী মতাংদা তোঙান-তোঙানবা মোত পীনৈ। থাইদোক্ত্রিবা লন-থুম সম্পাত্তি অদুবু 'মুসাআ' হায়না খঙনৈ। মপু মশক নাইদ্রিবা পোৎশক অমবু মীওই অমনা হেক্তা ৱক্ফ তৌবা য়াব্রা ? অবু য়ুসুফকী মোত মতুং ইন্না থাইদোক্ত্রিবা পোৎশক অদু ৱক্ফ তৌবা য়াই অদুবু ইমাম মুহম্মদনদি মদু য়ানিংদে। অবু য়ুসুফনা য়েংলিবা মিৎয়েং ৱাহঙোক অসি মী অয়াম্বনা পান্না লৌনৈ অমসুং চৎনবি।

তোঙান-তোঙানবা মোত লৈবা ৱাহং অমদি ৱাকিফ অমনা ৱক্ফ তৌবা মতমদা বিলদিং খক্তমক তৌবে, বিলদিং অদু লৈবিবা লম অদুদি ৱক্ফ তৌবদা য়াওদে। মসিগুম্বা মখলগী ৱক্ফ অসি চৎনবা য়াবা ৱক্ফ ওইগদ্রা নত্ত্রগা ওইবোইদ্রা ? মসি চৎনবা য়াবা ৱক্ফনি হায় অদুবু মতাং অমদা অমুক চৎনবা য়াদে হায়না পীবি [21]।

অবু য়ুসুফকী মতুং ইন্না মপু অনি অহুম তিন্নবা সম্পাত্তি অমা ৱক্ফ তৌবা মতমদা থাইদোক্তনা মশা মশাগী মশক খঙদোকপা য়াবগী মওং লৈবগদি মদু চৎনবা য়াবা ৱক্ফ ওইগনি। অদুবু মসি ইমাম মুহম্মদনদি য়ানিংদে।

থোইদোকপা ৱাফম অমনা থাইদোক্ত্রিবা সম্পাত্তি অমদা মশাগী মপু ওইবগী হক লৈবা অদুগুম্বা লমদা কনাগুম্বনা মসজিদ নত্ত্রগা কবরস্থান ৱক্ফ তৌববদি মদু চৎনবা য়াদে [22]। অদুম ওইনমক কনাগুম্বনা মপু তোঙানদ্রিবা লম মচেৎ অমদা মসজিদ নত্ত্রগা বিলদিং অমা (মদুদা কবরস্থান অমসু লৈবা) ৱক্ফ তৌবদা থাইদোক্ত্রিবা লম অদু থাইদোক্তনা মশাগী মমিংদা তশেংনা লৈববা মতমদতা ৱক্ফ অদু চৎনবা য়াগনি।

ৱক্ফ তৌথোকপ্রবা মসজিদ অমা মতমগী মতুং ইন্না তেক কাইদুনা শিজিন্নখিদ্রে,

21 D F Mulla - *Principles of Mahomedan Law* (1977) P 193,
B R Verma *Mohammedan Law* (1997) P 737
Haji Abdul Rajak Vs Ali Baksh AIR 1946 Lah 22 at P 212

22 Charles Hamelton - *The Hedaya Vol. II* (1985) P 340

কুইনা নমাজ শোনখিদ্রে । অসিগুম্বা মতাংদা ইমাম মুহম্মদকী মোত মতুং ইন্না মসজিদ অদু ৱাকিফ নত্ত্রগা মহাক্কী অনকপা মচা-মশু, মরী-মতাদা হল্লিনখিগনি । অদুবু অবু য়ুসুফনদি মসজিদ অদু লেঙদনা অদুমক লৈগনি শেমগৎ-শাগৎপা লৈত্রবদি মদুদা লৈবা মচাক মথুম অদু অতোপ্পা মসজিদ অমদা পীথোকখিগনি [23] ।

ৱাকিফ অমনা মসজিদ অমা ৱক্ফ তৌবা মতমদা ৱাকিফ অদুগী কান্নবা য়েংদুনা পান্দম খরা থম্লগদি মদুসু চৎনবা য়াদবা ৱক্ফনি [24] ।

## নন-মুসলিম অমনা ৱক্ফ তৌবা

মশাগী বুদ্ধি লৌশিং, জ্ঞান লৈবা অদুগা চহিসু শুরবা মুসলিম অমনা ৱক্ফ তৌবা য়াই হায়বা ৱাবোল মমাংদা নৈনম্রে । অমির অলীনা পুথোক্লুনা তাকলিবদি ইসলামগী আইন হৈবা কাংবু (Islamic Jurist) না পীবা মোতকী মতুং ইন্না মুসলিম নত্তবা মীশক অমনসু ৱক্ফ তৌবা য়াই [25]। অমিব অলীগী ৱাফম অসি নাগপুব হায় কোর্ট অমসুং পাটনা হায় কোর্টনসু য়ানিংবা ফোঙদোক্লদুনা অসুম্না বাই পীবি - মুসলিম নত্তবা মীশক অমনা মীয়ামগী ওইবা ৱক্ফ (Public Wakf) তৌবা মতমদা নিয়ম চুম্না তৌগনি । মদু ওইদুনসু ইসলামগী আইনগী মতুং ইন্না নন-মুসলিম অমনা কথোক্কদৌবিবা পোৎশক অদু পান্দম অমগা লোইননা ৱক্ফ তৌগদবনি ।

মুসলিম নত্তবা অমনা ৱক্ফ তৌবা মতমদা চৎনবা য়াবা নত্ত্রগা য়াদবা হায়বসি তৌগদৌবিবা ৱক্ফ অদুগী পান্দম (Object) গী মখা পোল্লি । অসিগুম্বা ৱক্ফ অমা চৎনবা য়াবগী মওং অসিদি Privy Council না পীবা মোতকী মতুং ইন্না নন-মুসলিম অমনা মুসলিম অমদা শেলগী মতেং পীবা অদুগা মুসলিম অমনা অতোপ্পা ধর্ম্ম চৎপা মীশক অমদা লম দান তৌবা মদু য়েংফম থোক্তে । মতৌ অসিগুম্না নন-মুসলিমশিংদা লাইৱিক-লাইশু তম্নগীদমক ৱক্ফ তৌবা নত্ত্রগা লাইব-অনং নন-মুসলিমশিংদা মতেং পীবা নত্ত্রগা অশিবগী কায়খুম ফি পীবা নত্ত্রগা মোংফম শেম্বা চৎনবা য়াবা ৱক্ফ ওইফম থোকই হায়বসিনি ।

হিন্দু অমনা কবরষ্টান ওইনবা লম ৱক্ফ তৌবা চৎনবা য়াই অদুগা মসজিদ

23 D F Mulla *Mahomedan Law* (1977) P 193,
B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 737,772

24 Ibid P 734

25 Asaf A.A Fyzee - *Outlines of Muhammedan Law* (1976) S 54 at P 263,
D F Mulla - *Mahomedan law* (1977) S 182

26 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 726

শানবা পীবা লমদি চৎনবা য়াদবা অমনি[26]। মতৌ অসিগুম্না চর্চ অমা নত্রগা মন্দিৰ অমা শেগৎ-শাগৎপা ইসলামনা অয়াবা পীদে। ৱক্ফ তৌবা মতমদা শকখণ্ডদবা মীশক অমদা ৱক্ফ তৌবসু য়াদে।

ৱক্ফ তৌবদা ৱক্ফ তৌগদৌরিবা মীশক অদু মুসলিম অমা ওইগদবনি হায়বগী য়াম্না অকক্নবা নিয়ম লৈতে[27]। নন-মুসলিম অমনা ৱক্ফ তৌবদা ৱক্ফ লোনা য়াবা নত্রগা পীবা নিয়মদা তৌরগদি মুসলিম লো-নসু অদুমক অয়াবা পী।

## রেজিষ্টর তৌগদবনি

ৱক্ফ তৌগ্রবা পোৎশক অদু হোংদোক-হোংজিন তৌবা য়াদে । থাংদোক-থাংজিন য়াদবা পোৎশক অমা ৱক্ফ তৌবা মতমদা পোৎশক অদুগী মমল লুপা ১০০/-দগী তাদবা ওইববা নত্রগা হেনবা তাববদি Indian Registration Act, 1908 গী সেক্সন ১৭ (v) গী মতুং ইন্না পোৎশক অদু বেজিষ্টৰ তৌগদবনি[28]।

নৱাব অজমট অলী খাননা ৱক্ফ অমা তৌবমই অমসুং ৱক্ফনামা অমসু ৱক্ফ অদুগা মবী-লৈননা অগষ্ট ২৫, ১৯০৮ দা শেল্লমই। মদুদা মহাক মশামক মুতৱল্লী ওইরমই। হৌজিক্কী দলিল ৱক্ফনামা অদু বেজিষ্টৰ তৌবমই। থা অনি মখায়গী মতুংদা হায়বদি নভেম্বৰ ৯, ১৯০৮ দা অতোপ্পা ট্রষ্টিনামা অমসু শেল্লমই, অদুবু হায়বিবা দলিল অসিদি বেজিষ্টৰ তৌবমদে। ট্রষ্টিনামা অদুগী মুতৱল্লীসু হাপ্লমই। Judicial Committee না পীবিবদি ট্রষ্টিনামা অসি বেজিষ্টর তৌদ্রবসু য়াই মবমদি ইংলিসকী Common Law "ট্রষ্টি" অসি মুতৱল্লীগা মান্নদে। লন-থুম সম্পত্তি পুম্নমক ট্রষ্টিদা শিন্নে অদুবু মুতৱল্লীদি চুম্নগী মেনেজর অমনি[29]।

## করম্বা পোৎপু ৱক্ফ তৌগনি

মুহম্মদন লোগী মখাদা কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌগে হায়না খল্লবদি মদু ইসলামনা য়াদবা পোৎশক্তা তৌরোইদবনি হায়বদি মদু ইসলাম ধর্ম্মনা য়াবা পোৎশক্তা ওইগদবনি । মমাংগী নৈনবদা পনখ্রে চর্চ নত্রগা মন্দিৰ শেমগৎ-শাগৎনবগীদমক ৱক্ফ তৌবা য়াদে

27 Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 27
28 D F Mulla - *Mahomedan Law* (1977) S 187, Indain Registration Act 1908 S 17(v)
29 Asaf A.A. Fyzee - *Mohammedan Law* (1976) P 284-85

হায়বা । করম করম্বা পোৎশক ৱক্ফ তৌবা য়াবগে হায়বদু শন্নৱা মখাদা পীজরি ।

১। পীর অমগী দরগাহ্ নত্রগা স্মৃতিচিহ্ন (Shrine)[30];

২। মসজিদশিং, ইমাম থমদুনা নমাজ শোনবগী খুদোংচাবশিং ফঙহন্নবা ;

৩। স্কুল, কলেজ অমসুং বিশ্ববিদ্যালয়শিং - মফমশিং অসিদা লাইব্রেরি-লাইশু তম্বগী খুদোংচাবা লৈবা;

৪। ইদগাহ্ অমদা মতেং পীবা ;

৫। ইমামবাবাশিং অমসুং খানকাশিং শেমজিন-শাজিন্দুনা মওং তানা থম্না ,

৬। হজ্জ চৎননবা লাইবকশিংদা শেলগী মতেং পীবা ,

৭। অশেংবা ঈশিং ফংননবা খোংলম, খোং (bridge) অমসুং অচৌবা মীথুংফম নত্রগা য়াবেক শঙশিং শেম্বা অমসুং শাবা [31] ,

৮। ফকিরশিং অমসুং লাইরবশিংদা শেলগী মতেং পীবা [32] ,

৯। কবরগী খুদোংচাবা লৈতবা নত্রগা ফঙদবা মীওইশিংদা কবর মফম পীবা[33]

১০। মসজিদতা থাউমৈ থানবা ,

১১। লাইরবশিংদা দান তৌবা [34],

১২। শেল লৌদনা লৈহনগদবা য়ুম (Robat) শিং হজ্জ চৎকদবা মীওইশিংগী শাবিবা, অসিনচিংবা ।

মথন্তা পনখ্রিবা অসি নত্তবা প্রজা মীপুম খুদিংনা পুন্না শিজিন্নবা য়াবা লোইননা অশেংবা দানগা মরী লৈনবা ৱক্ফ য়াবা মফমশিংদি — (ক) মসজিদ, (খ) মোংফম, (গ) দরগাহ্, (ঘ) তকিয়া, (ঙ) ইমামবাবা অমসুং (চ) খানকা অসিনচিংবনি ।

মসজিদ শেমগৎ-শগৎপদা শুমজবা লন-থুম, সম্পত্তি কখোকপা য়াই। মসজিদ হায়বসি অশেংবা মফম অমনি । মসিদা মুসলিমশিংনা পুন্না ওইরবসু নত্রগা নাইতোম ওইরবসু নমাজ শোল্লি । অমুকপু কখোকত্রবা অমসুং মফম অদুদা নমাজ শোনত্ররদি মসজিদ অদু ৱক্ফগী সম্পত্তি ওইরে অমসুং ৱাকিফনা মপু ওইবগী হক লৈতে [35]।

30 Sunni Central Board of Wakf Vs. Sirajul AIR 1954 All.88
31 Charles Hamilton - *The Hedaya Vol II* (1985) P 350
32 Abdul Karim Vs Mainabai AIR 1946 Bom 342
33 Charles Hamilton - *The Hedaya Vol. II* (1985) P 350
34 Ibid P 351
35 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 768-788, Dr Nishi Purohit - *Mohammedan Law* (1995) P 575

## ৱক্ফ লোগা চেরিটেবল ইন্দাওমেন্ট এক্টকা খেন্নবা

মীওইবা হায়বসি অমগা অমগা ৱাখল, মোত অমসুং তৌথোরকপা থবক খেন্নবগুম মিৎয়েংদসু খেন্নে । অদুনা কনাগুম্বনা ৱক্ফ লো অসি "Charitable Endowment Act 1890" অমসুং Trust Act অনি অসিগা মান্নে হায়না লৌবসু য়াই । অদুবু এক্টশিং অসিগী খেন্নবা য়াম্না চাউনা লৈ । ব্রিটিশ সবকারনা পাস তৌরম্বা Charitable Endowment Act অসিনা পীরিবা কান্নবশিংদি- লৈত-লাইবৱা, মহৈ-মশিং তম্বা, হিদাক লাংথক্কা মবী লৈনবা অমসুং মীয়ামদা কান্নগদবা অতৈ হীবমশিং অসিনচিংবনি অদুগা ধর্ম্মগা মবী লৈনবা লমতাক-লমজিংবা, মহৈ-লোইশঙশিং নত্ত্রগা ঈবাৎ পূজা তৌফম, নমাজ শোনফম অমসুং লাই খুকমফমনচিংবদি Charitable Endowment কা মবী লৈনদে[36]।

ইসলামিক লো ৱক্ফ অমসুং ইংলিস লো ট্রষ্ট অনি অসিসু য়াম্না চাউনা খেন্নবা লৈ । মবক মবক্তা হীবম অমা নত্ত্রগা অমদা মান্নবা য়াওববসু মপূৎ ওইনা য়েংবদা খেন্নে হায়বসি চেন্নদ্রবা ৱাফমনি । হেন্না ময়েক শেংনা অমসুং মচা খায়না অনি অসিগী খেন্নবদু মখাদা পীবি[37]।

### ৱক্ফগা ট্রষ্টকা খেন্নবা

| ৱক্ফ | ট্রষ্ট |
|---|---|
| ১। মসি মহৌশানা ধর্ম্মগা নকশিন্নবা, লাইনিং লাইশোনগী ওইবা নত্ত্রগা দানগা মরী লৈনৈ। | ১। করিগুম্বা মথল অমত্তগী গুণ দবকাব ওইদে । |
| ২। ৱাকিফ মশাগী কান্নবা কবিসু ফংদে; হনফী লোগী মখাদা কান্নবা খবা ফংবা নত্তনা । | ২। লিখ্বৎলিবা মীওই মশামক মসিদা কান্নবা ফংবা য়াই । |

36 Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 16-17
37 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 714-715
Dr Nishi Purohit - *Mohammedan Law* (1995) P 552-53

| | |
|---|---|
| ৩। কথোকদবা পোৎশক অদু মীওইবদা কান্নগদবা অমসুং মুসলিম লোনা য়াবা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অশেংবা পোৎশক ওইগদবনি। | ৩। মসি আইননা য়াবা পোৎশক অমা ওইবা য়াই। |
| ৪। লন-থুম অদু অল্লাহদা শিন্নথোকই। | ৪। ট্রষ্ট অদু শেম্নরিবা মীদা লন-থুম অদু শিন্নে। |
| ৫। মুতৱল্লী অসি চুম্নগী মেনেজর নত্ত্রগা সুপ্রিনটেন্দেন্ত অমগী থাকথক্তনি। | ৫। ট্রষ্টি অমনা মুতৱল্লী অমদগী হেন্না শক্তি লৈ অমসুং শিজিন্নে। |
| ৬। ৱক্ফ অসিদি মতম পুম্বগী ওইবা লেঙদবা, হোংদোকপা য়াদবা অমসুং কাইনিঙাই ওইদ্রবা অমনি। | ৬। ট্রষ্ট অসিদি মতম পুম্বগী ওইবা লেঙবোইদবা, হোংদোকপা য়াদ্রবা নত্ত্রগা কাইববোইদবা অমা ওইদে। |
| ৭। ৱক্ফদদি য়ারিবমখৈ নক্লবা হায়বদি ৱক্ফগা মান্নবা থবক থৌরমদা শিজিন্নে অমসুং লন-থুম অদু মদুদা ওনশিনখি। | ৭। করিগুম্বা মতমদা ট্রষ্ট অসি থবক ফজনা তৌবা ঙমলত্তবা মতমদা মদুগী কান্নবসি ট্রষ্ট হৌদোকলিবা মীনা ফংই অমসুং লন-থুম অদু অতোপ্পা অমদা শিজিন্নবা য়াদে। |

সদকাহ * হায়বসি ধর্ম্মনা পীবা কান্নবশিং অদু ফংননবা মুসলিম অমনা তৌব খুদোল পোৎ অমনি। পোৎশক অদু পীথোকপা মতমদা মশানা মপূ ওইবগী হক থাদোক্কদবনি, মদু তৌদ্রবদি সদকাহ অদু মপূং-ফাবা ওইদে। অদুগা থাইদোক্লিবা পোৎ হায়বদি মপূ তোঙানদ্রিবা পোৎশক অমা সদকাহ তৌববদি মদু চৎনবা য়াবা নত্তে [38]। ৱক্ফ অমসুং সদকাহ অনিগী খেন্নবদু মখাদা পীজবি।

## ৱক্ফগা সদকাহগা খেন্নবা

| ৱক্ফ | সদকাহ |
|---|---|
| ১। ৱক্ফগী সম্পত্তিদগী কারকপা নত্ত্রগা লাকপা আই অদুতমক চাদিং তৌগনি। | ১। খোজিন্নকপা শেল-থুম পুম্নমক লোইনা চাদিং তৌথোকপা য়াই। |

* ভিক্ষা, দান

38 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 713-14, Dr Nishi Purohit - *Mohammedan Law* (1995) P 553

| | |
|---|---|
| ২। মুতৱল্লীদি চুম্নগী সম্পত্তি য়েংশিন্নবা ওইনা হাপ্পী অমসুং সম্পত্তি পুম্নমক মঙোন্দা মপূ ওইবগী হক পীদে। | ২। জিম্মাদার অদুনা অরেবা সম্পত্তি পুম্নমক শিজিন্নখোকপা অমসুং মপূ ওইখোকপা ঙমই। |
| ৩। ৱক্ফ হায়বসি লেঙদবা আই অমনি। | ৩। সদকাহ্ হায়বসিনা শেলগী দান নত্ত্রগা চাঁদা অমনি [39]। |

মথক্তা নৈনখ্রিবা অসি নত্তবা ৱক্ফগা হিবাগা খেন্নবসু লৈবি। হিবা হায়বসি কনাগুম্বগী লন-থুম, সম্পত্তি মমল লৌদনা নত্ত্রগা লেপ্তুনা অতোপ্পা মীশক অমদা হায়বদি মচা-মশু, মরী-মতা, মীতোপ অমদা ওইববসু খুদোল তৌখোকপা অদুবু হিবা হায়না খঙনৈ [40]। ৱক্ফ অমসুং হিবা অনিগী খেন্নবদু অমুক য়েংশি।

## ৱক্ফগা হিবাগা খেন্নবা

| ৱক্ফ | হিবা |
|---|---|
| ১। পোৎ অদুগী মপূ ওইবগী হক পুম্নমক অল্লাহ্‌দা শিন্নখোকই। | ১। পোৎশক অদুগী মপূ ওইগদবা নত্ত্রগা হিবা অদু ফংগদবসি মীওইবনি। |
| ২। ৱক্ফ তৌবগী অমত্তা ঙাহিরবা পান্দমদি মীওইবা কাংলুপ্তা কান্নবা পী। | ২। হিবাদদি অকল্লবা পান্দম লৈতে। ওইহন্নিংবা মওংদা ওইবা নত্ত্রগা শেম্বা য়াই। |
| ৩। ৱক্ফ তৌবিবা পোৎশক নত্ত্রগা লন-থুম অদুদগী কাবকপা আই অদুতমক শিজিন্নবা য়াই। | ৩। দান ফংলিবা মীশক অদুনা আই অমসুং খোমজিন্নকপা শেল, সম্পত্তি পুম্নমক চাদিং তৌখোকপা ঙমই। |
| ৪। তাইবংদা খোঙদারক্ত্রিবা অঙাং অমগীদমক ৱক্ফ তৌবা য়াই। | ৪। পোকত্রিবা অঙাং অমগীদমক হিবা তৌবা য়াদে। |

39 Gulam Ali Shah Vs Sultan Khan AIR 1967 Orissa 55 at P 56

40 According to Amir Ali -

"A hiba is a voluntary gift without consideration of property or the substance, of things by one person to another so as to constitute the donee the proprietor of the subject matter of the gift. The Hanafi Lawyers define hiba as an act of bounty by which a right of property is conferred in something specific without an exchange"(Amir Ali I, 40-41)

- Purohit's Mohammedan Law (1995) P 553

## শেমজিল্লবা অমসুং আইননা য়াদবা ৱকৃফ

কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌবা মতমদা ৱাখল শেংদনা, নমথাক তৌবগা ৱক্ফ তৌবসু য়াওই। অসিগুম্বা নমথাক অমসুং শাজিনবা ৱক্ফ অসিদা ৱক্ফগী শেনফম অদু নিরকপা নত্তুগা পোৎ ওইনা ফংবা য়ানবা তৌবকপদা ৱাকিফ অদুনা ওইদবা নমথাক কয়া তৌদুনা শেল নত্তুগা পোৎ অদু পীদনবা হোৎনৈ। ৱাকিফ মশামক ৱক্ফ তৌগে হায়বগী অশেংবা অনীংবা ৱাখল লৈতে। মতাং অসিদা হৢবা য়াবা ৱাহং অমদি চয়েৎনবা কয়া লাকপা অসিদা Transfer of Property Act কী সেক্সন ৫৩ অসি পুশিল্লকপা য়াব্রা নত্তুগা য়াব্রবা হায়বসিনি। এক্ট অসিগী সেক্সন ২ দা পীরিবদি অনিশুবা তাঙ্ককনা মুহম্মদন লোগী সেক্সন নত্তুগা কলদা অকাইবা কবিসু পীদে। অমিব অলীনা পীবা মোততসু Transfer of Property Act কী সেক্সন ৫৩ না মুহম্মদন লোদা অশোয়বা নত্তুগা অকাইবা পীদে [41]।

কেস কয়ামুক্তা পীবা বাইগী মতুং ইন্না সেক্সন ৫৩ অসি মুসলিমশিংদসু পানবা য়াই [42]। অদুম ওইনমক শেমজিন-শাজিল্লবা ৱক্ফশিংদদি চৎনবা য়াবোই [43]। Privy Council না তাখিবা বাই অমদা কনাগুম্বনা মহাজনগী শেল মৎনবগী লৌশিং তৌদুনা ৱক্ফ তৌগ্রবসু Transfer of Property Act কী সেক্সন ৫৩ গী মখাদা চৎনবা য়াবা ৱক্ফ নত্তে। কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌগে হায়বসি মশাগী ৱাখল্দা শুকখন-খন্দবা অদুগা তৌনিংবগী ৱাখলসু লৈতবা মবক অসিদা ৱক্ফগী দলিলদি শেমজিল্লবে, মদু ওইদুনসু অসিগুম্বা ৱক্ফদি চৎনবা য়াদে [44]।

## ৱকৃফ অমা করম্না মপুং ফাগদগে ?

ৱক্ফ অমা মপুং ফাবে, চৎনবা য়ারে নত্তুগা ৱক্ফ ওইদে হায়বনচিংবগী মবমদা মশক নাইববা অখণ্ড-অহৈশিংনা তোঙান-তোঙানবা মোত কয়ামুক পীনৈ। অবু হনিফাগী মতুং ইন্না ৱাকিফ অদুনা য়াথং পীরবা অমসুং পোৎ অদুগী মপু ওইবগী হক থাদোক্লবা মতমদা ৱক্ফ অদু মপুং ফাবা ওইবে হায়না লৌগনি। অমবোমদা অবু য়ুসুফকী মতুং ইন্নদি

41 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 744-45
42 Ahmed Hussain Vs Kallu Mian AIR 1929, All 277 at P 278
43 Har Prasad vs Mohd Usman AIR 1943, All 2
B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 745
44 Ibid P 745-746

ৱাকিফ অদুনা ৱক্ফ অদু মীয়ামদা লাউথোক্লগা অদুমক লোইরে । মুতৱল্লী অমা হাপ্লগা মঙোন্দা পোৎশক অদু শিন্নদুনা য়েংশিনবগী থবক তৌগ্রবসু মপূং ফাবা ৱক্ফ ওই । মসিগী ওন্না-তৈনবদা ইমাম মুহম্মদনা হায়রিবদি চুম্না ৱক্ফ তৌরে হায়না মীয়ামদা লাউথোকপনা মপূং ফারোই ; মসিগা লোইননা মুতৱল্লী অমা হাপ্তুনা পোৎশক অদু মহাক্কী মখূত্তা শিন্নরবডদা মপূং ফারবা ৱক্ফ হায়বদু ওইগনি [45] । অবু য়ুসুফকী ৱাখল মিৎয়েং অসি অখণ্ড-অহেংশিংনা পাম্না লৌনে ।

কলিকাতা, পাটনা, মদ্রাজ, রেঙ্গুন, বোম্বে, ওউধ অমসুং লাহোর হায় কোর্টশিংনা অবু য়ুসুফনা পীবা মোত অসি লৌবগা লোইননা ইচম-চম্না লাউথোকপা অসিনা ৱক্ফ অমা মপূং ফাবে হায়না লৌই । অমবোমদা এলাহাবাদ হায় কোর্টনা ইমাম মুহম্মদগী ৱাখল মোতপু শৌগৎলদুনা ৱক্ফ অমা তৌবদা ৱাকিফ অদুনা মীয়ামদা লাউথোক্কদবনি লোইননা মুতৱল্লী হাপ্তুনা মঙোন্দা থবক শিন্নগদবনি হায়না মোত পী । অদুবু মতুং তাবকপা কেসতা এলাহাবাদ হায় কোর্টনা অবু য়ুসুফকী ৱাখল মোততা অমুক য়ানিংদুনা মমাঙদা তাখিবা বাইশিং অমুক চৎনখিদ্রে [46] ।

অমুকপু ৱক্ফ তৌদুনা নিয়ম চুম্না পীথোকপ্রবদি মদু ৱাকিফকী ৱাখল পুক্লিং য়াওদনা তৌখিবনি হায়বা য়াবোই নত্রগা মদুগী মতুং ইন্না থবক পায়খৎপসু য়াবোই [47] ।

ইমাম মুহম্মদকী ৱাখল মোত অমসুং মিৎয়েং অসি মশাল লৈবাকশিংদা চৎনববসু ভাবততদি চৎনদ্রে । অদুগা কবিগুম্বা ৱাকিফ অদুনা মুতৱল্লীসু ওইববদি পোৎশক অদু মঙোন্দা শিন্নবা নত্রগা শিন্নদবগী ৱাফম অদু পুথোক্রবসু য়াবে, মবমদি মশানা ৱাকিফ অমসুং মুতৱল্লী ওইবনিনা [48] ।

## মুতৱল্লী

মী অমা নত্রগা অমদগী হেনবা কাংবু অমনা ৱক্ফ তৌরবা পোৎশক অমা য়েংশিন্নবা মথোয়দা শক্তি পীরবা মদুগুম্বা মী অদুবু মুতৱল্লী হায়না কৌই ।

---

45 Charles Hamilton- *The Hedaya Vol II* (1985) P 335
D F Mulla - *Mahomedan Law* (1977) S 186
46 Mohd Sabir Ali Vs Tahir Ali, AIR 1957 All 94
47 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 748
48 A A A Fyzee - *Muhammedan Law* (1976) P 284 (B)

## মুতবল্লীগী লোইশঙ

মুহম্মদন লোগী মতুং ইন্না মুতবল্লীগী লোইশঙ (ওফিস) অসি মকম হোংদোক-হোংজিন তৌবা য়াদে। লম অমগী চৎনবী নিয়মদা যুম্ফম ওইরগা মুতবল্লীগী কম অসি মপা মপুগী ওইবা ফমনি হায়না প্রমাণ তৌরবদি মদু য়াম্না চেকশিন্না য়েংশিনবা দবকায়নি। মুতবল্লী অমনা মকফ তৌরবা সম্পত্তি অমগী মপু ওইশিনবগী হক লৈতে। মহাক্তি চুম্লগী মেনেজর অমনি। মুতবল্লী অমনা মহাক্কী ওফিস হোংদোক-হোংজিন তৌবগী হকসু লৈতে।

## কনা কনানা মুতবল্লী ওইগদগে ?

মাখল লৌশিং মাঙদবা, জ্ঞান লৈবা মীশক অমনা মুতবল্লী ওইবা য়াই। মাখল, বুদ্ধি চোইরবা নত্রগা অঙাং অমনা মুতবল্লী ওইবা য়াদে। কবিগুম্বা অঙাং অমবু মুতবল্লী ওইনা হাপ্লমলবদি অঙাং অদুনা সবালক ওইদ্রিঙৈ মবক অসিদা কোর্টনা অতোপ্পা মুতবল্লী অমা হাপ্পুনা অঙাং অদুগী মহুৎ শিন্দুনা থবক তৌগনি [49]। মমিং তাংলবা মীশক অমবু মুতবল্লী ওইনা হাপ্পদা অথিংবা কবিসু লৈতে [50]।

নুপী অমবু নত্রগা নন-মুসলিম অমবু মুতবল্লী ওইনা হাপ্পদা আইননা অথিংবা পীদে, তৌবতবু তৌগদৌবিবা থবক অদু ধর্ম্মগা মরী লৈনবা ওইরোইদবনি। শাজিন্দুনা নত্রগা মহুৎ শিন্দুনা তৌবা থবকশিংদি নুপীশিংদা শিন্নবোইদবনি। খুদম ওইনা হায়ববদা সজ্জাদানসিন অমগী মথৌ নত্রগা মসজিদ অমগী ইমামগী থবকশিং নুপীনা ওইবোইদবনি। অদুনা অসিগুম্বা থবকশিং অসিগী মুতবল্লীদি নুপীনা ওইরোইদবনি [51]।

## মুতবল্লী থনবা

কনা কনাবু মুতবল্লী ওইনা হাপ্পা য়াবগে হায়বগী মতাংদা মখাগী হীরমশিং অসিদা খন্নবা য়াই।

---

49 Abdul Salam Vs Abdul Aziz AIR 1944 Cal 299

50 B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 793

51 A.A.A Fyzee - *Muhammedan Law* (1976) P 313,
B R Verma - *Mohammedan Law* (1997) P794

১। ৱক্ফ তৌরবা লম অদুগী দলিল লৈরবা অদুগা দলিল অদুদা মুতৱল্লী থনবগী মরম অমসুং মওং পীরল্লবা ওইরবদি দলিলদা পীবগী মতুং ইন্না থনগনি ।

২। করিগুম্বা দলিলদা ৱাফম অসিগী মরী লৈনবা অমত্তা পীবমদবা থোক্লবদি চৎনবী নাৎকী মতুং ইন্না থনগনি ।

৩। মথক্তা পনখ্রিবশিং অসি চৎনবী নাৎতসু য়াওদ্রবা নত্তুগা লৈত্রবদি –

(ক) ৱক্ফ তৌরিবা নত্তুগা হৌদোক্লিবা ৱাকিফনা, মসিসু শোইহ্রগা,

(খ) মহুৎ শিনহৌবা কাংবুনা, নত্তুগা

(গ) ৱাকিফনা শক্তি পীবা মতম থবগী হাপ্পা মুতৱল্লীনা থনবসু য়াই ।

মথক্তা পীবিবা মবমশিং অসি অমত্তা য়াওরমদ্রবা হায়বদি ৱক্ফনামাদা মুতৱল্লী হাপ্পগী মবম য়াওরমদ্রবা নত্তুগা লম অমসুং মফম অদুগী চৎনবীদা নত্তুগা ৱাকিফনা নত্তুগা মহুৎ শিনহৌবশিংনসু মুতৱল্লী হাপ্পমদ্রবদি কোর্টনা মুতৱল্লী থনবা ঙম্মই [52] অমসুং থনবা মতমদা মথাগী নিয়মশিং অসি য়াওত্রা য়েংগনি ।

১। ৱাকিফ অদুনা অপাম্বা মীশক লৈত্রা নত্তুগা পীবল্লা ? লৈববসু মদু মবম চাদে হায়না কোর্টনা খল্লগদি কোর্টকী মিৎয়েংদা থনগনি ।

২। ৱাকিফকী ইমুং-মনুংদগী মতিক চাবা মুতৱাল্লী ফঙদ্রবদি কোর্টনা অতোপ্পা মীশক অমবু মুতৱল্লী থনবা ঙম্মই ।

৩। ৱাকিফকী ইমুং-মনুংদগী মতিক চাবা ফঙলবদি ৱাকিফকা খাইদগী নক্লবা মীশক অদুদা কোর্টনা মুতৱল্লী হাপকনি ।

## তোঙান-তোঙানবা মুসলিম সম্প্রদায়না মুতৱল্লী ওইবা

কোর্টনা তোঙানবা মুসলিম সম্প্রদায় অমগী মীশকপু মুতৱল্লী ওইনা হাপ্পা য়াই । অদুনা সিয়া সম্প্রদায়গী মীশক অমবু সুন্নি ৱাকিফ অমগী মুতৱল্লী ওইনা হাপ্পা য়াই । মতৌ অসিগুম্না সুন্নি সম্প্রদায়গী মীশক অমবু সিয়া ৱাকিফ অমগী মুতৱল্লী ওইহনবা য়াই । তৌবতবু মীশক অদুনা লম নত্তুগা খুল অদুদা লৈবা সিয়া অমসুং সুন্নি কাংলুপ অনিগী চৎন-লোনচৎ, নিয়ম মুম্না খঙবা মীশক অমদি ওইগদবনি [53]।

52 D F Mulla Mahomedan Law (1977) P 227-228,
Nishi Purohit - Mohammedan Law ( 1995) P 600

53 D F Mulla - Mahomedan Law (1977) P 227

# মুতবল্লী অমগী শক্তি

মুতবল্লী অমনা তৌবা য়াবা থবকশিংদি বক্ফ তৌরবা লন-থুম সম্পত্তি অদু মরম চানা শাকশেন্দুনা থম্না অমসুং দরকারগী মতুং ইন্না পোৎশকশিং অদু শোইদনবা য়েংশিনবনি। মহাক্না থবক অসি পাওখোক্লবা হোৎনবদা মহুৎ শিনবা নত্ত্রগা মতেং পাংনবা মীওইশিং ওফিস পুনবা হাপ্পা ঙমই। অদুবু হায়রিবা লন-থুম সম্পত্তিশিং অদু মশোন্দা শিন্নদ্রগদি মহাক্না শাকশেনবা ঙমদে। মুতবল্লীনা থবক হাপ্তুনা থবক শিন্নববা মীওইশিংদা শেল-থুম পীফম থোকপা হায়বদি খুৎশুমলনচিংবা লোইনা পীথোকপা ঙমই। মহাক্না ইমাম হাপ্পসু ঙমই, অদুগা লোইননা মরম চাবা লৈরবদি থবক লৌথোকপসু ঙমই [54]।

অদুবু মথক্তা পনম্লিবা অসি নত্তবা মুতবল্লী অমনা তৌবা য়াদবা থবক খবসু লৈবি। মখাদা পীবিবা মরমশিং অসিদা মুতবল্লী অমনা থবক পায়খৎপা য়াদে।

(ক) থাংদোক-থাংজিন য়াদবা পোৎশক অমা মফম হোৎদোক-হোংজিন তৌবা নত্ত্রগা পোৎশক অদুগী মমল লেপ্পা,

(খ) ৱাকিফ অদুনা পীবা নত্ত্রগা পান্না থবক্কী ওন্ন-তৈনবদা মুতবল্লীনা থবক তৌবা,

(গ) বক্ফ তৌববা লন-থুম সম্পত্তি অদু শাকশেন্নবা নত্ত্রগা মবম চানা শিজিন্নবা ঙম্নবা শেল লৌথোক-লৌশিন তৌবা,

(ঘ) লৌউ-শিংউ তৌবা য়াবা মফমশিং চহি অহুমদগী হেন্না শান্দোকপা য়াদবা, অদুগা লৌউবা য়াদবা (ইখোলগুন্না) মফম ওইবগা চহি অমদগী হেন্না শান্দোকপা;

(ঙ) বক্ফ তৌরবা পোৎ অদুগী দলিলদা য়াওদবা থবক অমা তৌরন্নবা; নত্ত্রগা

(চ) কোর্টনা অয়াবা পীদনা তৌবা থবকশিং।

মুতবল্লী অমনা বক্ফ তৌরবা পোৎ অমা য়োন্থোকপগী হক লৈতে। য়োনবা তারবসু কোর্টগী অয়াবা য়াওনা য়োনগদবনি নত্ত্রগা বক্ফ তৌবগী দলিলদা থবক অদু তৌনবগী শক্তি পীববদি য়াই [55]। অদুগা মুহম্মদন লোগী মখাদা মুতবল্লী অমনা বক্ফগী লন-থুম

---

54 A.A.A Fyzee - *Muhammadan Law* (1976) P 312,
B.R. Verma - *Mohammedan Law* (1997) P 807

55 Gulam Ali Shah Vs Sultan Khan, AIR 1967 Orissa 55 at P 56

শান্দোকপা অদু ৱক্ফকী দলিল অমনা অয়াবা পীরবসু মদু মহাক্না তৌবা য়াদে । কোর্ট অমনা অয়াবা পীরবা মতমদতা মদু পাঙথোকপা ঙমই ।

## মুতৱল্লী ফমদগী লৌথোকপা

অমুকপু মুতৱল্লী হাপগ্রবদি ৱাকিফ অদুনা ফম অদুদগী লৌথোকপা ঙমদে [56] । অদুবু কোর্টনদি মুতৱল্লী অমবু মহাক্কী ফমদগী লৌথোকপা ঙমই । অদুগা মহাক্কী মহুত্তা অতোপ্পা অমা অমুক হাপ্পসু ঙমই । কবিগুম্বা মুতৱল্লী অদুনা আইননা য়াবা থবক লান্না শিজিন্নববা, থাজবা মাঙহল্লবা, শেল লৌকববগা শিংবা ঙমদবা নত্ত্রগা ৱক্ফ তৌববা পোৎ অমা মপু ওইনবা হোৎনবক্লবা মতমদা কোর্টনা মহাকপু লৌথোকপা ঙমই ।

কবিগুম্বা ৱক্ফ তৌবা মতমদা ৱাকিফ মশানা অহানবা মুতৱল্লী ওইববদি ৱাকিফ অদুনা হিংলিঙৈ মতমদা মুতৱল্লী ওইবা তোকথোক্লগা অতোপ্পা অমা মুতৱল্লী ওইনা হাপ্পা ঙমই [57] ।

Religious Endowment Act, 1863 (Act No XX of 1863) গী মখাদা কমিটি অমনা হাপ্পা মুতৱল্লীদি মুহম্মদন লোনা মুতৱল্লী ওইনা লৌদে অদুম ওইনমক মদু খুৎনেক নত্ত্রগা থবক তেংবাঙবা ওইনা লৌগনি । অসিগুম্বা কমিটিনা হাপ্পা মুতৱল্লীদি থবক্তগী লৌথোকখিগদবনি ।

ৱাকিফ অমনা ৱক্ফ তৌবা মতমদা ৱক্ফনামাদা মবম চুম্না মুতৱল্লী অমা মহাক্কী ফমদগী লৌথোকপা য়াবগী ৱাফম পীবল্লবদি ৱক্ফনামা অদুগী মতুং ইন্না মুতৱল্লীগী ফমদগী লৌথোকপা ঙমই নত্ত্রগদি ৱাকিফ অদুনা মুতৱল্লী অমবু হেক্তা লৌথোকনিংবা মতমদা লৌথোকপা য়াদে ।

## মুতৱল্লীদা অশুমল পীবা

মুতৱল্লী অমদা অশুমল (তলব) পীবসি ৱাকিফ মশানা নত্ত্রগা কোর্টনা পীবা ঙমই । মুতৱল্লী অমনা মহাক্কী অশুমল পীদবা য়াদে হায়না তানবগী হক লৈতে। অশুমল পীবসি ৱক্ফ তৌববা লন-থুম নত্ত্রগা সম্পত্তি অদুগী চৎখিবা খবচ অমসুং লাকপা আই য়েংলগা পোৎ ওইনা নত্ত্রগা শেল ওইনা পীবসু য়াই । অসিগুম্বা মখলগী অশুমল পীবসি

56 A A.A Fyzee - *Muhammadan Law* (1976) P 315-316
57 Ibid P 316

ৱক্ফনামাদসু ইদুনা থমগদবনি। করিগুম্বা ৱক্ফনামাদা মরম অসি পামদ্রবা নত্তগা ৱাকিফনসু মসিগী খুদোংচবদু পীরমদ্রবদি কোর্টনা মুতৱল্লীগী অশুমল লেম্না ওমই। তৌবত্রু কারক্লিবা আই অমসুং চাদিং য়েংলগা শরুক তরা থোকপগী অমদগী (১/১০) হেল্লোইদবনি [58]। ৱাকিফনা অশুমল লেপ্পল্লবসু মদু য়াম্না হন্দবা চাংগী ওইরবদি কোর্টনা অমুক অশুমল হেঙ্গৎহনবা ওমই। অদুম ওইনমক হেনঙ্গৎকদবা শরুক অদু কারক্লিবা আই অদুগী শরুক তরা থোকপগী অমদগী হেল্লোইদবনি [59]।

ধর্ম্মরোমদা মাই ওনশিন্দুনা মসজিদশিংদা থবক তৌরিবা ভাবত্তা লৈরিবা ইমামশিংনা মখোয়গী অশুমল চাং নাইনা পীননবা অমসুং শেনফম অদু সরকারদগী যৎননবা তৌবকখিবা কেস অমদা সুপ্রিম কোর্টনা মরম চাই পীফম থোকই হায়না অয়াবা পীখি [60]। অদুবু হায়বিবা ৱাফম অসিদি ৱক্ফ এক্টকী কবিগুম্বা মফম অমদা য়াওদ্রবা ৱানি।

## মসজিদ অমসুং অতৈ ইনষ্টিটিউসনশিং

১। **মসজিদ** — মমাঙগী লমাইশিংদা মসজিদকী মৱম খবসু পনখ্রে। মসজিদ অমা কখোকপদা নত্তগা মীয়ামদা শিন্নথোকপদা চুম্নগী মসজিদ অদু শাজিল্লগা পীথোকপা অদুতনা মপুং ফাবা হায়বদু ওইদে। সম্পত্তিগী মপূ ওইবিবা মীশক অদুনা মসজিদগী শরুক অদু তোঙানননা থাইদোক্নুনা থমগদবনি। মসজিদ অদুদা চঙথোক-চঙশিন তৌবা য়াবা লম্বী অমসু পীগদবনি। মীয়াম্না মফম অদুদা নমাজ শোনগদবনি অমসুং পোৎশক অদুগী মপূ ওইবগী হক থাদোক্নুনা মুতৱল্লীদা শিন্নগদবনি।

নিয়ম চুম্না তৌদ্রবা ৱক্ফদি ৱাকিফ অদুগী হক সম্পত্তি অদুদা শুকলে লৈববোই। মসজিদ অমদা নমাজ শোনবা হায়বসি আইননা য়াবা হক অমনি। কনাগুম্বা মুসলিম অমদা য়েংথাই থিঙ্গাই তৌবকপা মতমদা মদু থিংননবগীদমক আইনগী মতেং লৌবা য়াই। অমুকপু নিয়ম চুম্না ৱক্ফ তৌদ্রবা মসজিদ অমা মীওই খরা খক্তগী ওইনা নত্তগা লৈকাই অমখক্তগী ওইনা অকক্লনা শিজিন্নরবদি মদু মীওইশিং অদুগী ফত্তবা ৱাখলনি। অদুগুম্বা মসজিদ অদুদি মীয়াম পুম্নগী ওইগদবনি। অকক্লনা মীওই খরতগী ওইবা য়ারোই। মসিগীসু মখক্তা মসজিদ হায়বসি মীওই খরগী চৎনবী নিয়মদা অথিংবা থম্না য়াদে, অমুকপু কখোকপ্লবদি মদু মুসলিম মীয়ামগী ওইরবনি [61]।

58 Mumtaz Qadar Vs Advocate General AIR 1946 Oudh 244
59 Mahabir Prasad Vs Mustafa Husain AIR 1933 Oudh 107
60 All India Imam Organisation Vs. Union of India AIR 1993 S C 2086
61 A A A Fyzee - *Muhammadan Law* (1976) P 319

অমির অমীগী য়োত মতুং ইন্না মসজিদ হায়বসি কনাগুম্বা মুসলিম কাংলুপ অমত্তগী ওইবা য়াদে। মসি তৌবা ঙম্না মপূ মহাকপু নিংনবগী মুসলিম খুদিংদা পীবা খুদোল অমনি। শম্না হায়রবদা হনফি অমনা মসজিদ অমা লিঙ্খৎলগা মসিদা শাফি, মালিকি অমসুং হনবলিশিং হনফি কাংবুগা পুন্না নমাজ শোনমিন্নবা য়াই। নমাজ শোনবা মতমদা নিয়ম চুম্না শোন্নবা অদুগা নমাজ শোনবা অদুনা কনাদসু অকায়বা পীদ্রবদি হনফি মুতবল্লী অমনা কনাবুসু থিংবা ঙমদে।

২। খানকা — খানকা হায়বসি মুসলিম লাইনিং-লাইশোলগা মবী লৈনবা নত্তগা অচুম্বা ফংনবা থিবা, ধর্ম্মগা মবী লৈননা লিঙ্খৎপা মফম অদুবু 'খানকা' হায়না খঙনৈ। খানকা অমগীদমক ব্রকৃক তৌবা য়াই।

অতোপ্পা ব্রাহে অমদা হায়রগা খানকা হায়বসি মপূ নিংজবা অমনা নত্তগা সুফি অমনা অশেংবা মফম অমা খল্লগা লৈকাই অমদা লৈবকপা, অদুতসু নত্তনা ধর্ম্মগসু মরী লৈননা মীওইবদা পাউতাক কয়া পীবা, হায়রিবা মফম অদু কুইশিল্লকগা 'তকিয়া' নত্তগা 'অসতানা' হায়না খঙনবকই। মতমগী মতুং ইন্না ছাত্র মশীং য়াল্লকপা মী পুনবা হেল্লকপা, শিঙ্গবা মপূ নিংজবশিং, সুফিশিং অদুগী মপুক্তি অমসুং পাউতাক মীয়ামদা খঙহন্নবা, য়ুম-কৈ শাগত্তুনা লাক্লিবা মীয়াম অদুগী লৈনবা, পাউতাক পীনবা মীয়াম পুনবা য়াবা কাশিং লৈবা, হায়বিবা ময়াম অসিগী খুদোংচাবা কয়া লৈবক্লবা মতমদা 'তকিয়া' হায়রম্বদগী খানকা হায়না খঙনবকই[62]।

খানকা অমা শেম-শানবগীদমক অকক্লবা নিয়ম লৈতে। অশেংবা তৌবা মী অমনা খানকা অসি হৌদোকপা য়াই। মফম অদু কুইনা শিজিন্নরকপা নত্তগা কখোকপদগী ওইবকই। অদুগুম্না মপূ নিংজবশিং, সুফিশিং অদুনা শিঙ্গবা মতুংদা মহাক্কী নত্তগা মখোয়গী মোংফম অদু অশেংবা স্মৃতিচিহ্ন (shrine) ওইনা খঙনবকই।

ভারতকী মফম অয়াম্বদা খানকা মরাং কাইনা লৈ। লৈরিবা দরগাহ্ পুম্নমক অসি লোইনা খানকাদি নত্তে অদুগা মসি ওইননবগী চপচাবা অরেপ্পা মওং লৈতে[63]।

৩। ইমামবারা — ইমামবারা হায়বসি মরনাই ময়ুমদা নত্তগা বিলদিংদা কা অমা তোঙান তোপ্পা ইবাদত তৌনবগীদমক থম্বা অদুবু খঙনৈ। মসি ইমুং অদুগী মীওইশিংতনা শিজিন্নবা য়াই, অদুবু করিগুম্বা য়ুম্বু অদুনা অয়াবা পীরবদি মপূ নিংজবা অমনা

62 D F Mulla - *Mahomedan Law* (1977) P 248
63 Ibid P 249

য়াওবদা অকাইবা কয়িসু লৈতে । অসিগুম্বা মখলগী ৱকফ অসিদি মশা মতোমতগী ওই, লৈকাই মীয়ামগী ওইদে অদুগা ট্রষ্ট অমসু নত্তে ।

৪। সজ্জাদানসিন — খানকা অমগী মকোক নত্তগা হৌদোকপা মীশক অদুবু সজ্জাদানসিন হায়বগা খঙনৈ । "সজ্জাদা" হায়বদি মুসলমানশিংনা নমাজ শোনবদা শিজিন্নবা গলিচা (কালিচা) ফিদা অদুবু খঙনৈ অদুগা 'নসিন' হায়রগা ফম্ববু খঙনৈ । মসিগী নুংগী ওইবা অর্থদি ধর্ম্ম গুরু নত্তগা অত্মাগা মরী লৈনবা মকোক থোংবা হায়বনি ।

**সজ্জাদানসিন অমা থবক হাপ্পা** — খানকা হৌদোকপা মীশক অদুনা অহানবা সজ্জাদানসিন ওইবা য়াই । সজ্জাদানসিন অমা হাপ্পুনা থবক পুহনবগী মতাংদদি খানকা লিম্বৎলম্বা মীশক অদুনা হায়বম্বা নত্তগা শীবম্বা নিয়মগী মতুং ইন্না হাপকনি [64] । অকক্লবা নিয়ম অমা থম্নমদ্রবদি ফম অসিগীদমক ভোট তৌবা নত্তগা মীয়াম্না য়ানববা চৎনবী নিয়ম (Custom) দা হাপকনি । চৎনবী নিয়ম অমগী মখাদা ভোট থাদগদবা মীশকশিং অদুদি ফকিকশিং, মুরিদশিং নত্তগা লৈখিদ্রবা সজ্জাদানসিন অদুনা খল্লম্বা সজ্জাদানসিনগী মচা-মশুশিং অসিনি । শীব মুরিদশিংগী মতুং ইল্লগা মখোয়গী মপুক্কি লেপ্লিবা মীওইশিং অদু অসিগুম্বা ফম অসিগীদমক ভোট থাদবা য়াওবা য়াদে অমসুং সজ্জাদানসিন ওইবসু য়াদে [65] । থোইদোক হেন্দোকপা শক্তম অমদি মসিবু হৌদোক্লিবা মীশক অদুনা হায়বিবা ফম অসিগী মহুৎশিনবা অমা হাপ্পা ঙমই [66] ।

সজ্জাদানসিন অমসুং মুতৱল্লী অনিগী ওফিস তোঙান-তোঙান লৈবমই । অহানবগী অসিনা অত্মাগা মরী লৈনৈ । অদুগা অকোনবগী অসিনা তাইবং পানবগা মরী লৈনৈ । মুগোল নিংথৌশিংগী মতমদসু সজ্জাদানসিন হাপ্পদা মপু নিংজবশিং, সুফিশিং অমসুং ফকিরশিংগী মচা-মশুশিংদগী য়েংলগা হাপ্পমই । সজ্জাদানসিন খুদিংমক মুতৱল্লী অমগুম শেল-থুম, পোৎচৈনচিংবা পান্নগদবনি নত্তগা য়েংশিনগদবনি হায়বগী অবেপ্পা লৈতে । মুতৱল্লীগী ওফিসত্তি মী অমনা হেক্তা পুবা য়াই । খানকা অমগী সজ্জাদানসিনদি ওজা গুরু অমগুম্না য়াম্না থাক ৱাংনা লৈ । অদুবু মতাং অমদা অমুক য়েংলগদি অনি অসি মান্নবা থাক্তা

64 Syed Shah Vs Syed Alim AIR 1980 Pat. 33 at P 40
65 Nishi Purohit - *Mohammedan Law* (1995) P 584
66 According to Fyzee-
"The special feature of the office of a sajjadanashin is that the original founder has the right to nominate his successor, Who is turn enjoys the same right Thus a claim of preceptors (called a sisila) comes into being, . In the majority of the cases the office becomes hereditary "
Fyzee - *Muhammadan Law* (1976) P 325

লৈ হায়বসু য়াই। অদুম ওইনমক সজ্জাদানসিননা মতম খুদিংদা থাক বাংনা লৈ। মুতৱল্লীগী ওফিসতি অপুনবগী ওই হায়বদি নাকল অমত্তগী ওইদে। অমবোমদা সজ্জাদানসিনগী ওফিসতি শুপ্পতগী ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অমনি। সজ্জাদানসিন অমসুং মুতৱল্লী অনিগী খেন্নবদু ইক্রামুল হক সহাগী কেসতা ময়েক শেংনা উৎলি [67]।

**কোর্টনা সজ্জাদানসিন খনবা অমসুং ফমদগী লৌথোকপা** – মথক্তা পনখ্রিবা নিয়ম অসিদা সজ্জাদানসিন খনবা ঙমদ্রবা মতমদা কোর্টনা খনগনি। খানকা অমদা চৎনবন্না নিয়মসু কোর্টনা য়েংশিনগনি। খানকা লিখ্খৎলগ্না নত্তগা হৌদোক্লস্না মীশক অদুগী নক্লবা মীওইশিং সজ্জাদানসিন খনবা য়াবা য়াওব্রা হায়বদু কোর্টনা য়েংগনি।

সজ্জাদানসিন অমনা থবক লান্না তৌবকপা মতমদা কোর্টনা ফম অদুদগী লৌথোকপা ঙমই [68]। কোর্টনা সজ্জাদানসিন অমসুং মুতৱল্লীগী ওফিসশিং তোঙান-তোঙান থম্বসু ঙমই।

## কাজী

'কাডী' হায়বা ৱাহৈ অসি ভাবততদি কাজী হায়না পাই নত্তগা খঙনৈ। লান্না খোম্থোক লৌখিবসিনা মতম কুইনগী মতুংদা মীয়ামগী অয়াবা অমা য়াওনা 'কাজী' হায়না অদুমক চৎনবে। বসুল অমসুং খলিফাশিংগী মতমদা থবক খুদিংমক মখোয় মশেল তাথোক-তাশিন তৌনদুনা লোইশিল্লমই।

হজরত মুহম্মদ (স্ব) মশামক্লা ষ্টেট অদুগী বিচাবপতি মকোক ওইবমই। ৱায়েল লোইশঙনা অল-মদিনাদা ওইবমই। প্রদেশকী জজ নত্তগা জজশিং হাপ্পদা মুহম্মদ (স্ব) মশানা নত্তগা লৈবাক ঙাকপা মীদা শিন্নদুনা মহাক্লা অপান্না মীশকশিং খল্লমই [69]।

বসুলগী মতমদসু Judiciary গা Executive কা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লনা থল্লমই। উময়য়দশিংগী মতমদগী কাজী লৈবা হৌবে। কাডী নত্তগা কাজী হায়বসি বিচাবপতিনি। মখোয়না মীহাৎ-মীপুন দেৱানী কেসশিং অমসুং অতৈ হীবম কয়াদা শবিঅতনা পীবা নিয়মগী মতুং ইন্না বিচাব তৌবমই। ইসলাম লৈরকপদগী হৌনা

67 Ikramul Haq Shah Vs Board of Rajasthan Muslim Wakfs AIR 1973 Raj 57 at P 61 62
68 Najimuddin Vs Amir Hassan AIR 1934 pat. 443
69 Dr S A Q Husaini - *Arab Administration* (1948) P 20

ধর্ম্ম অমসুং লো হায়বসি ঈচেল অমত্তা ওইনা লাকই । কাজী অমা হাপ্পবগীদমক চত্তদবা য়াদবা গুণশিংদি ·—

১। মহাক মশা মুসলিম অমা ওইগদবনি ।

২। মহাক মশা মীনা ফত্তনা ঙাংনবা হায়বদি ওক্তবা লমচং চংপা মীশক ওইবোইদবনি ।

৩। শরিঅতপু মশক খঙনা চংপা মীশক ওইগদবনি ।

কাজীগী ফম অসি মপা-মপূগী ওইনা লৌদুনা চংনবা তাববদি মদু মুসলিমগী লো (আইন) না য়াদে ।

অমবোমদা কাজীগী ফম অসি সরকারনসু হাপ্পা ঙমই । মসি নত্তুগা লৈকাই অদুদা লৈবা মুসলিমশিংগী মনুংদা মতম খবগী ওইনা শিন্দোক-শিঞ্জিন তৌবা য়াই । য়ায়েন বিচাব তৌবকপা মতমদদি কাজীশিংসি মনিং মখা তম্না থবক তৌবা ঙম্লম ই । প্রদেশকী কাজী অমনা জিলাগী থাক্তা লৈবা কাজী অমদা অথিংবা অয়েংপা পীবমদে । মখোয়বুসু মনিং তৌনা থবক তৌহন্লমই । অদুগা কাজী খুদিংমক অচৌ পীশক থাইবমদে ।

মুসলিম লোগী মতুং ইন্না কাজী হায়বসি মীওই শুববা নুপানা ওই । কাজীদি ইসলামবু থাজবা, জ্ঞান লৈবা, অফবা নাগবিক অমা ওইবা, মশামক আইন মশক খঙবা মীনা ওইবমই ।

খলিফাশিংনা পানবা মতমদা কাজীশিংগী থবক ফজনা তৌবমই । কনানসু যৈ নত্তুগা ফত্তে হায়বগী য়াফম লৈখিদে, অদুগা য়াকৎসু য়াম্না লিক্লা লাকখি [70] ।

70 Dr S.A Q Husaini - *Arab Administration* (1948) P 44-45

## অনিশুবা তাঙ্কক

# ভারততা ব্রক্ষ চৎনবা হৌবা

ভারততা ব্রক্ষ চৎনবা হৌবসি চাউরাক্লা চহি ৮০০ গী মমাঙদা হৌখ্রে। মপূং ওইবা ব্রক্ষগী মমি ফজনা তাখিবসি মুহম্মদ ঘোড়ীগী মতমদনি (১১৮৫-৯৫ এ.ডি.)। জলালউদ্দিন ফিবোজ খিলজীগী (১২৯০-৯৬ এ.ডি.) লৈঙাক শাসন্দা অচৌবা ফম্লাইবা অমা ওইখিবা অদুগা অইবা অমসু ওইরম্বা অইনুল মুল্ক মুলতানিগী "ইনসা-ই-মহক" দা ব্রক্ষগী মবমদা ফজনা ইবখ্রে।

সুলতান মুহম্মদ ঘোড়ীনা খুঙ্গং অনি প্রজাদা ব্রক্ষ তৌরমই মবমদি মুলতান্দা লৈবা মসজিদ অদুগী অৱাং-অপা অমসুং মদু শেমজিন-শাজিনবদা চঙবা পোৎ-চৈ লৈননবগীদমক। নিংথৌনা খুঙ্গং অনি অদুদগী কারকপা শেনফম অদু লৌবমদে। মসজিদ অদু য়েংশিনবা মী (মুতৱল্লী) অদুনা মসজিদতা দান তৌবকপা পোৎ নত্তগা শেল পুম্নমক মহাক্লা লৌশিল্লি অমসুং মসজিদ অদুগী লন ওইনা থম্লমই। ব্রক্ষ তৌববা মসজিদ অসিদা ওজাশিংনা ছাত্রশিং অমসুং মীয়ামদা অফবা পাউতাক কম্না পীবমই। মুতৱল্লী সৈইখ-উল-ইসলামনা হায়জবদগী নিংথৌনা মসজিদ অসিদা লাকপা অৱাং-অপা হকথেংননা য়েংশিল্লমই। অসিতসু নত্তনা মুহম্মদ ঘোড়ীনা জমা মসজিদ তলবিনাসু ব্রক্ষ তৌবমই, মদুসু খুঙ্গং অদু ওইনা ব্রক্ষ তৌবনি। মথক্তা পনখ্রিবা অসুম্না মসজিদ অসিগী শেমগৎ-শাগৎপদা চঙগদবা শেনফম পুম্নমক ব্রক্ষ তৌখিবা খুঙ্গং অদুদগী কাবকপা শেনফমদগী ওইরম্মী।

মুহম্মদ ঘোড়ীগী মতুংদা লাকখিবা মুসলিম নিংথৌশিংনা ব্রক্ষগা মরী লৈনবা থবক কয়ামরুম তৌরমই হায়বসি ইতিহাসকী লাইরিকশিং অমসুং চে-চাংনা ময়েক শেংনা

তাক্নি । মুগোল নিংথৌশিংগী মতমদসু অঙকপা ফংনা ৱক্ফ তৌবমই । অদুবু দিল্লীগী সুলতানশিংনা অমসুং মুগোল নিংথৌশিংনা ৱক্ফগী তোঙানবা ওফিস অমা থাইদোক্নুনা মনিং তম্না থবক শুবা ঙম্নবা থম্বদি তৌরমদে [1] ।

ৱক্ফগী থবক থৌবম য়েংশিল্লিবা নিংথৌগী থৌ পুবা অঙম্বা (Officer) অদুদি ধর্ম্মগা মরী লৈনবা মীওইশিংনা অয়াম্বা ওই । হায়রিবা থৌ পুবা অঙম্বশিং অসিবু 'সদর-উস-সুদুব' হায়না খঙনৈ । 'হিদায়টুল বরৈদ' কৌবা লাইরিক্তা ফম অসি পায়বা মীনা থোইদোক-হেন্দোক্লা চেনগদবা গুণশিং শিংথাবদুনা পীবিবদি ফম অসি পায়গদবা মীওই অদু শবিঅত মুম্না খঙবা, পুকচেল শেংবা অমসুং অফবা মতিক চাবা ইমুংগী মী ওইগদবনি । সদব-উস-সুদুবনা নিংথৌ অমসুং প্রজাগী মরক্তা অফবা মরী লৈনহল্লী ।

মুগোল নিংথৌশিংগী মতমদসু 'মুতৱল্লী' হায়বা ফম অসি লৈবমই অমসুং মসি য়াম্না ইকাই খুম্নবা ফম অমা ওইবমই। নিংথৌবেল শাহজহাননা তাজমহল অসি মীয়ামদা ৱক্ফ তৌবমই অমসুং মদুগী মুতৱল্লীসু নিংথৌ মশানা ওইবমই । অলাউদ্দিন খিলজীনা সুলতান ওইবা মতমদা ( ১২৯৬-১৩১৬ এ ডি ) মাঙদুনা নত্ত্রগা তাদুনা লৈবা লম কয়া মীয়ামদা ৱক্ফ তৌবগা লোইননা মদুগী থৌ পুবা অঙম্বশিং হাপ্লমই ।

মেডিয়াভেল ভাবততা মুতৱল্লীশিংগী শক্তি য়াম্না লৈবমই । অফাওবা লমকোইবা ইবন বতুতাবু মুহম্মদ বিন টুগলোকনা সুলতান কুতুবউদ্দিনগী মোংফমগী মুতৱল্লী হাপ্লমই । মহাক্না (ইবন বতুতানা) থবক ফজনা চৎথবা য়ানবা মীওই ৪৫০ থবক পীবমই । মীয়ামদা থবক পীনবা হোৎনবদা কন্নাগুম্বা অমত্তগী মতেং নত্ত্রগা পাউতাক লৌদনা মশা মতোমতনা শক্তি শিজিন্নদুনা থবক অদু পাঙথোক্লমই । মতাং অমদা নিংথৌনা লৈত-লাইববা অমসুং মোংফমদা লেঙকপা (কবব জিয়াবত লাকপা) মীওইশিংগী চান-থক্লবা য়াম মন ১২ অমসুং মসিগা মান্নবা শা থোংনবা হায়বকপদা ইবন বতুতানা য়াম মন ১০০ ফাওবা থোংদুনা পীজ-পীথক তৌখি [2]। অসুম্না মুতৱল্লীশিংগী শক্তি য়াম্না ৱাংনা লৈবমই। মুতৱল্লীশিংনা তৌবিবা থবকশিং অসি য়েংশিন্নবা নিংথৌনা চহিগী ওইনা মহাক্কী ওফিসাবশিং থাদুনা চাদিং তৌগ্লবা শেনফমশিং অদু নত্ত্রগা পোৎশক অদু অচুম্বা মওংদা শিজিন্নখিব্রা হায়বদু চেক তৌবমই অমসুং মদুগা লোইন-লোইননা তৌখ্রিবা থবকশিং অদুগী চপ-চাবা রিপোর্ট অমা নিংথৌদা পীখৎলমই।

---

1 Dr Ahmadullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 14
2 S Khalid Rashid - *Wakf Administration in India* (1978) P 4

মুত্তৱল্লীশিংনা থবক ফজনা তৌবা মরম্না সুলতানশিং অদুনসু মখোয় মখোয়না পায়রিবা ফম অদুদগী লৌথোক্লপা ষ্টেটনা হায়না থবক তৌবা ফম্লাইবা কাংবুদা শিন্নগে হায়বা ৱাখল লৈরমদে । মুগোল নিংথৌশিংসু মথক্তা পনখ্রিবা ৱাফম অসিগা চপ-মান্নবা মওংদা থবক তৌরমই । মুত্তৱল্লীশিংবু থাক ৱাংনা, ইকাই খুম্না থন্নমই ।

নিংথৌ পাল্লিডে মতমদা মুত্তৱল্লীগী মথংদা অচৌবা থবক থৌরম কয়া পুবস্বদি কাজীশিংনি । নিংথৌগী মথাদা লৈবা কাজী মকোক্লা প্রদেশকী কোনুংদা (Provincial Capital) কাজীশিং হাপ্লমই । অদুগা হাপ্লবা কাজীশিং অদু টাউন অমসুং মুসলিমশিংনা ওম্না খুন্দাবা মফমশিংদা মখোয়গী থবক পীরমই। কাজী লৈতবা হায়বদি কাজী হাপ্তবা খুঙ্গং অমদা খৎন-চৈনবা থোক্লক্তুনা নত্তগা ৱাথোক অমা লাক্লুনা মদু শনতাইনবা হোৎনবদা নত্তগা কেস তৌগে, কোর্টকী মতেং লৌগে হায়না খল্লকপা মতমদা খুল অদুগী খ্বাইদগী নক্লবা সহর নত্তগা টাউন অদুদা লৈবা অমসুং এলাকাসু পুনবা অদুগুম্বা কাজীদা ৱাফম পুম্নমক থাজ্বৎলমই অমসুং বিচাব তৌরমই[3] ।

কাজীশিংসু ৱকৃফগী লন-থুম ওাকশেনবদা চাউববা থৌদাং লৌবমই । কাজীগী লোইশঙশিংসু ফজনা থন্নমই । নিংথৌবেল অকববগী মতমদা প্রদেশ অমসুং পবগনা খাইদোক্লুনা লৈবাক শাসন তৌবমই হায়বগী খুদম, প্রমাণ ফংই[4] অমসুং কসবা (টাউন) শিংগী কাজীশিং হাপ্লমই ।

প্রদেশ অমগী কাজীগী ওমথৈ অমসুং এবিয়া অসি য়াম্না পাক-চাউবা মবম্না খৎন-চৈনবা নত্তগা কবিগুম্বা অমা তৌবকপদা কাজীগী মতেং পাংনবা নত্তগা মখাতাবা থৌ পুবা অমা লৈতবনা মহাক্লা ওম্না খবা বিচাব তৌবা নত্তনা লোইনমক ওন্নমদে[5] । কাজীগী থবক অসি jury অমগী থবক্লি । মহাক্কী থবক হায়ববু মীয়ামগী মোত লৌরগা য়াথং পীবনি । মুহম্মদন লোগী মতুং ইন্না কাজীগী ফম অসি মপা মপুগী স্বত্ত্ব নত্তে । কাজীগী ফম অসি সবকারনা হাপ্পনি ।

খুঙ্গংগী থাক্তা কাজী নত্তবা মুল্লাহ হায়বা অমসু লৈবমই । মখোয়সিবু মৌজান হায়রগসু খঙনৈ । ৱকৃফগী লন-থুম, সম্পত্তি অমসুং চাদিং পান্নবা অসিনচিংবা খুঙ্গংগী থাক্তা লৈবা পুম্নমক হায়রিবা মুল্লাহ নত্তগা মৌজানশিংনা তৌবমই । অদুম ওইনমক অবোইবা

3 Jadunath Sarkar - *Mugal Administration* (1963) P 96
4 B.M. Ahmed - *Administration of justice in Medieval India* Appendix E (1941) P 23-27
5 Jadunath Sarkar - *Mugal Administration* (1963) P 96-97

ওইনা য়েংশিনবগী থবক্তি মুতৱল্লীশিংনা তৌরমই অমসুং মদু মখোয়দা শিন্নবা তৌদবা য়াদবা অমসু ওইরমই। চৎনবীগী মিৎয়েংদা য়েংলগদি মুল্লাহশিংসি কুরআন পাবা হৈবা, কুরআনগী অয়াটশিং খঙবা অমসুং ধর্ম্মগী মথাদা অঙাংশিংবু কুরআন তম্বীবা ঙম্বা মীশক অমসু ওইগদবনি।

## ৱক্ফ শাসন অমসুং ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনী

ভাবত্তা ইষ্ট ইন্দিয়া কম্পনী লাকখিবগা লোইননা লৈঙাক শাসন্দসু অহোংবা কয়া লাকখি। ইংশোক ১৭৭২ দা বেগুলেসন অমা পাস তৌখিবগা লোইননা হিন্দু অমসুং মুসলিম অমগা অমগা শোক্ত-শম্নবা য়াদবমখৈ খাইদোক্তুনা থমখি। বেগুলেসন অসিগী সেক্সন ২৭ কী মথাদা স্বত্ব ফংবা, লুহোংবা, মহুৎশিলহৌবা অমসুং ধর্ম্মগী অতৈ চৎনবীদা মুসলিমশিংনা কুবআননা পীবা নিয়মদা অদুগা হিন্দুনা শাষ্ট্রগী মতুং ইন্না চৎনবা হৌহনখি [6]। ইংশোক ১৮১০ ফাওবদি কম্পনীনা ৱক্ফ শাসন্দা অয়েংপা কবিসু পীবমদে। অদুবু চহি অসিমক্তদা হায়বদি ১৮১০ দা Regulation XIX, Bengal Code লাওথোবকপদগীদি অয়েংপা থবদি অদুমক লাকপা হৌখি। ব্রিটিশ লাকত্রিঙৈদা লৈবম্বা সবকাবনা অমসুং লনাই মীওইশিংনা মসজিদ, লাইশং, কলেজশিং অমসুং অতৈ অশেংবা মফমশিং শেমগৎ-শাগৎপগীদমক লম পীবমই । অদুম ওইনমক লম পীথোকলিবা মীশকশিং অদুগী অপাম্বগী ওন্ন-তৈনবদা হেক-হেক থবক তৌবমই। মদু থিংলগা অচুম্বা লম্বীদা পুবক্তবা সবকাব অদুনা হোৎনবমই । অমিব অলীনা Regulation অসিগী মতাংদা পীবম্বা মোততি Regulation of Bengal Code অমসুং Regulation VI of Madras code 1817 অসি য়েংশিনবগী থবক জিলাশিংদা লৈবা Revenue Board অমসুং Commissioner Board তা শিন্নবমই । তৌবতবু হায়বিবশিং অসি Board of Revenue গী মথাদা লৈগদবনি ।

## ব্রিটিশ ইন্দিয়াগী মতমদা ৱক্ফগী থিন্ডম

ব্রিটিশনা ইন্দিয়াদা লৈবাক শাসন তৌবিঙৈ মতমদা মুসলিমশিংগী ৱক্ফশিং চাওথৎপা অমসুং শেমগৎ-শাগৎপগী মমি তশেংনা উৎপা ঙন্নমদে ; অদুগা ইংশোক ১৯২০ ফাওবদা অকক্তবা মুসলিমগী লেঙদনা লাকপা আই (Endowment) কয়া য়াম্না

6 Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 15

লৈবগে হায়বসি কুপ্না নৈনবসু তৌরমদে [7]। ইংশোক ১৯২০গী মতুংদা রাজ্য অমসুং কেন্দ্রশিংদা আইন কয়ামুক পুখোকখিবগা লোইননা ৱক্ফগী লন-থুম সম্পত্তিশিং ঙাকশেন্দুনা থম্নবা, লৈরিবা আই সম্পত্তি ময়াম অসি সরকারগী মীহুৎশিংদা (Agency শিংদা) নত্ত্রগা ৱক্ফ বোর্দতা রেজিষ্টব তৌশিনবা য়াম্না দরকাবনি। ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং শুকশোয় শোইদনা রেজিষ্টর তৌগদবনি হায়না আইনদা লৈরবা ফাওবদা ইন্দিয়াদা মুসলিমশিংনা খোঙথাং অসিদা চঙশিনবগী ৱাখল কনাসু লৈরমদে। প্রো: এস্. খলিদ বসিদনা থিজিন-হুমজিনবগী মতুং ইন্না ভারত সরকারদা রেজিষ্টর তৌবা ৱক্ফগী সম্পত্তি ১,০০,০০০ নি হায় অদুবু Gregory C.Kozlowski না থিজিনবদা Legal Archives তগী ফংবা পাউগী মতুং ইন্না ৱক্ফগী সম্পত্তি সরকারদা রেজিষ্টর তৌবসি শুপ্নগী ৪০ থক্তনি হায় [8]। ব্রিটিশকী আইনশিং ভাবততা চৎনবা হৌবদগী ৱক্ফগী সম্পত্তি থিজিন-হুমজিনবা অমসুং ৱক্ফ চঙথৎ-থৌরাংগী চাং য়াম্না হঙ্খি অমসুং ব্রিটিশকী লৈঙাক শাসননা ৱক্ফগী থৌৱমদা অপনবা পীখি।

## ভারততা ৱক্ফ শাসন : হৌখিবা মতম হঙৎনা য়েংবা
### (১৭৬৫ ইংদগী হৌজিক ফাওবা)

বক্সাবগী লাল মতুংদা ডিৱানী অঙম্বশিংনা বেঙ্গল, বিহাব অমসুং উবিষ্যগী প্রদেশশিং East India Company দা ১৭৬৫ ইংদা পুনশিনখিবগা লোইননা কম্পনী অসিগী লৈঙাক শাসন ভারততা চৎনবা হৌব্রে। ব্রিটিশ ওফিসারশিংনা অপিকপা লেঙদবা অমসুং ততনা আই লাকপা মবমশিং খঙলমদে। East India Company না লৈঙাক শাসন হৌখ্রবা মতমদা ইংলিশকী ৱাখল, লমচৎ, হৈনবকপা মী মশীং হেঙ্গৎলকখি। অদুমকপু মদুনা ৱক্ফগী চৎনবিবা আইন নিয়মশিং নত্ত্রগা হিন্দুগী ট্রষ্টশিংগী চৎনবীদা অমসুং মুগোল নিংথৌশিংগী মতমদা লৈবম্বা চৎনবী নিয়ম অদুগী ৱাংমদা পুথোক্তুনা অকাইবা পীবদি তৌবমদে। অদুম ওইনমক ইংশোক ১৮১০ দা Regulation III, Bengal Code কৌবা আইন অমা পুথোক্তুনা লেঙদনা লৈবা শেল ময়ম্নাইগী ওইরবসু, সরকারগী ওইরবসু লৈবাক অসিদা লৈবা শেংলবা মফম কয়া কখোকলিবা মীশক অদুগী ৱাখল অপাম্বা অদুগী ওন্ন-তৈনবদা ওইবকপা কয়া অমনি। অসিগুম্বা শেনফম, সম্পত্তি

7 Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 13
8 Ibid P 13

কয়াসি কথোকখিবা নত্তুগা পীথোকখিবা মীশাক অদুগী অপাম্বা, মহাক্না তৌনিংবা মওংদা কায়দনা চৎহনবা গুম্বা খুদোংচাবদু পীবসু দরকারনি।

Regulation অসিনা পীবকপা ফলনা অকায়বা কয়া লাকপদগী অমুকসু Regulation VI, 1817 Madras Code পাস তৌখি। Regulation VI কী মতুং ইয়া জিলা কয়ামুক রেবেনিউ বোর্দ নত্তুগা কমিশনরশিংগী বোর্দতা শিন্নথোক্লমই। অদুম ওইনমক ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অশেংবা অমসুং লেঙদবা শেনফম, সম্পত্তিদি কায়দনবা হোৎনরমই। খুদম অমত্তং পল্লবদা ইংলোক ১৮১২ দা কমিশনরশিংগী বোর্দ N W P না ফারুখআবাদতা লৈবা কমিশনরশিংগী বোর্দতা অইবা চে অমা পীশিল্লমই, মরমদি ফতেহ্পুর শিক্রিদা লৈবা দরগাহ্ সলিম চিস্তিগী মুতবল্লীগী মথক্তনি। শন্নম্না ৱাফমদি - "মসি ঐখোয়গী চেজনদগী খণ্ডলে মদুদি ফতেহ্পুর পরগনাদা লৈবা খুঙ্গং কয়ামুক অমসুং তোঙান-তোঙানবা লম খরা চাউরাক্লা বিঘা ১৫,৪৫৯ অসিদগী চহিগী কাবকপা খাজনা পুম্নমক মীওই খরনা শিজিন্নদুনা লৈরে। মসি তৌরগী মহুত্তা সলিম চিস্তি দরগাহ্দা শিন্নথোকপা য়াবনি। শেনফম সম্পত্তি শেন্নরিবা মেনেজরনা চহি অমদা মীয়াম্না পীবকপা দান অমসুং চহিগী চাদিং উৎকদবনি। অদুবু মদু নমশিন্দুনা থমলে। মেনেজর অদুদা অহকপা পাউতাক পীবগা লোইননা য়াথং অদু ইন্দ্রগদি খাজনা খোমগৎলিবা মীশক অদুদা সম্পত্তি ময়ামসি য়েংশিন্নবা শিন্নবনা ফরগনি। মথক্কী ৱাফমসি খন্নবিবগা অথুবা মতমদা পাউখুম পীবিবক্লবা হায়জরি"।

মসিগী মতাংদা ফারুখআবাদকী কমিশনরশিংগী বোর্দনা পীখিবা পাউখুমদি- দরগাহ্ অসিগী মরমদা মীয়ামনা লৌনবিবা অফবা ৱাখল, অশেংবা দরগাহ্ অসিবু অবানবা মওংদা পুখিদনবা অমসুং কান্নবা অফবা মওংদা পুরক্লবা হোৎনগনি হায়বা অসিনি। ইখিবা চে অদুগী পাউখুম ডিসেম্বর ১৮১২ দা কমিশনর বোর্দনা পীখি।

ইংলোক ১৮৫৯দা ব্রিটিশ নিংথৌনা অসিগুম্বা দরগাহ্গী ওইররা লন-থুম সম্পত্তিশিংসি মপূ ওইরিবা নত্তুগা শিল-লাংলিবশিংদা ফঙহন্দনা তোঙাননা থাইদোক্তুনা থমহন্নিংলমই। মসি ষ্টেটকী সেক্রিটরিনা পীবা চেবোলদগী খণ্ডলমই। ময়ামদুগী মনুংদা য়াম্না চাউনা শোইবা অমদি ইউরোপীয়ান ওকিসাবশিংনা ধর্ম্মগী সভা অমসুং শঙশিংদা চঙদুনা অকাইবা কয়া পীরকপদগী খৃ· ১৮৫৭ তা সিফাই লালহৌ থোকখিবদুসু মরম অমনি।

মসি ভারত সরকারগী মথৌনি মদুদি অসিগুম্বা কান্নরবা লোইশঙশিং, স্কুল কলেজশিং অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈনবা মফমশিং অসি তেক্তা-কায়দনা আইনগী মখাদা মপূং

ফানা ঙাকশেন্দুনা থমলিব্রা হায়না য়েংশিনবা হায়বসি। তৌইগুম্বসুং মসিগী খুদোংচাবসি শিল-লাংলিবা নত্ত্রগা থবক অসিবু য়েংশিল্লিবা সরকারগী ওফিসাবশিংদা শিন্নথোকপদি নত্তে।

অতোপ্পা মরম অমনা মহারাণীগী সরকাব অসিনা আইন খরা ককথৎলগা হায়বদি চৎনহল্লগা হিন্দু অমসুং মুসলিমশিংগী ধর্ম্মগী শঙশিং, লাক্কদবা আই পুন্নমক মখোয়গা মরী লৈনবা ট্রষ্টশিংদা পুনশিল্লক্সা অদুনি। মতুং তারকপদা Religious Endowment Act (Act No XX) 1863 পাস তৌখি। অনৌবা এক্ট ১৮৬৩ অসিগী রাখয়োন্দি গভর্ণমেন্টকী ওফিসাবশিংনা খৃষ্টান নত্তবা অতোপ্পা জাতিশিংনা চলাইবা অমসুং লিখ্খৎপা শঙশিং, ধর্ম্মগী ওইববসু, স্কুল কলেজশিং ওইরবসু মখোয়গী মখাদা থন্ননি। এক্ট অসি লাকপদগী Regulation III, 1810 Bengal Code অমসুং Regulation VI, 1817 Madras Code ককথৎলগা Religious Endowment Act 1863 না মহুৎ শিনজিনখি।

অসুম্না সবকাব অদুনা মসজিদশিং মন্দিরশিং অমসুং ধর্ম্মগা মরী লৈননা লিংবা শঙশিংদা লাক্কদবা লন-থুম সম্পত্তি পুন্নমক এক্ট অসি পাস তৌবকপদগী রেবেনিউ বোর্দ নত্তগা অপিকপা এজেন্তশিংদা শিন্নথোক্কুনা অবেন্নদা মাঙহল্লমই। কবিগুম্বা খৎন-চৈনবা থোক্লকপদা জিলা অদুগী অচম্বা কোর্টতা বিচার তৌহন্নবা শীন্নে।

Religious Endowment Act,1863 অসি পাস তৌববা মতুংদা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লন-থুম সম্পত্তি ঙাকশেনবগী থবক পুন্নমক বিচাব লোইশঙদা শিন্নবমই। খৃঃ ১৭৯৩ গী Regulation XII কী মখাদা কাজীশিং অমসুং পণ্ডিতশিং হাপ্পগা হিন্দু লো অমসুং মুসলিম লোগী মতুং ইন্না বিচাব তৌবদা ইংলিশকী জজশিংনসু মতেং পাংলমই। অদুবু অসিগুম্বা মওং অসি কুইনা চৎনবা য়াখিদে। ইংশোক ১৮৬৮ দা কাজীগী লোইশঙ অমসুং পণ্ডিতকী লোইশঙ মুথৎখি [9]।

মসিগী ফল ওইনা চাউখৎ-থৌবাংদা য়াম্না হম্বুনা লৈবমই। মুসলিম লো অমসুং বক্ফ শাসন্দা চাউনা অহোংবা অমা লাক্লমই। মুসলিম লো মশক মুন্না খঙদবা হায়বদি ভাব তাবা বাংপা ব্রিটিশকী জজশিংদা অসিগুম্না মচাক মথুমনা থল্লবা মুসলিম লো অমসুং বক্ফগী ভার পুন্না শিন্নরমই। মতম মতমগী ওইনা হায়দোকপা কেশকী রাইদা লান্না অর্থ হনবদগী ওন্ন-তৈনবা কয়াসু থোক্লমই।

9 S Khalid Rashid - *Wakf Administration in India* (1978) P 16
Kazis Act (11 of 1864) Which abolished the "Native" Law Officers

## সরকারগী পোলিসিদা পেল্লকুবা

মপূং ফনা অয়েংপা পীদবা অমসুং য়েংশিনদবা সবকারগী পোলিসি (লৈঙাক্লোন) অসিনা লেঙদনা লাকপা আই (Endowment) অমসুং মসিগী থবক থৌরমদা অমকপা, চয়েংনবা কয়া লাকপা অসিনা মীয়ামগী পুক্নিংদা লাংতক্লবা অমসুং পেন্নদবা পোকহল্লে। শেনজা-থুমজা অমসুং লৈবাক ঙাকপদা শোয়রকপনা মদু থিংবদা অচৌবা অৱাবা অমা ওইরমই। বেঙ্গল সরকারদা পীখৎলকখিবা রিপোর্ট অমদা অসুম্না হায় - "মদুদি মী অয়াম্বনা অথুবগী ওইনা প্রদেশ অদুদা লৈবা ধর্মগী অমসুং দানগী অবেম্না আই অদু অরেম্বদা চাদিং তৌই নত্ত্রগা লান্না শিজিন্নে" অমসুং ১৮৬৩ গী এক্ট অসিনা চপ-চাবা আইনগী শক্তি অদু কমিটিদা ফংহনবা ঙম্লমদে, মবম অসিদগী মখোয়দা ঙাক শেন্ননবা শিন্নখিবা Endowment (আই) অদুসু অবেম্বদা তাহল্লে [10]।

ইংশোক ১৮৭৮ গী ওক্তোবর তাং ২৮ দা লেপ্লখিবা ব্রাবেশ অমনা Religious Endowment Act অসি শেমদোকপা য়াম্লমক দবকাব ওইবে হায়বসি বেঙ্গল সবকাবনা শুখৎলকখি। ব্রাবেশ অদুগা লোইননা বিল অনি অমসু কলিকতা গেজেটতা ফোঙদোকখি। বিল অনি অদুদি মদ্রাজ সবকাবনা খনগৎলগা শেম্না কমিটি অমনা শেম-শাববা Madras Religious Institution Bill 1878 অদুগা অতোপ্পা অমদুনা Orissa Native Commission না শেম-শাবনি। মদু বেঙ্গলদা লৈবা সংস্থানশিংদা মোত লৌনবা থাখিরমই। মবী লৈনবা বিভাগশিংদা বেবেনিউ বোর্দনা খাজনা খোমগৎলক্লবা খণ্ডহনখি অদুগা লোইননা ডিষ্ট্রিক্ট ওফিসারশিং অমসুং কমিশনবশিংগী ব্রাখল অপান্বা খণ্ডদোক্লবা শিন্নখি। অয়াম্বনা চৎনবিবা Religious Endowment Act অসি শেমদোকপা পামখি হায়বসি পীবকখিবা মখোয়গী মোত, অপান্বা অদুনা খণ্ডখি।

## অহোংবা লাকপা

ইংশোক ১৮৭৬ তা মদ্রাজ সবকাবদা থারকপা চেগী মতুং ইন্না ১৮৬৩ গী এক্ট অসি চৎনবা য়াদ্রে, অশোয়বা য়াম্না য়াওবে, মসিনা লেঙদনা লৈগদবা অমসুং লাক্লদবা আই শেনফম পুম্নমক লান্না শিজিন্নরে হায়বসি ভাবত সরকাবনসু য়াখি। খরা হেন্না শক্তি লৈবা

10 Proceedings of the Home Department (Public) January 1871
Cited in ibid (Judicial) February 1913 Nos 142-151 P 139

প্রদেশ খুদিংদা চৎনবা য়ানবা বিল থাবিরক্রবা বার্ত্তোনসু তৌরকখি। বোম্বে সরকার অমসুং বেঙ্গল সরকারদসু ব্রাক্ষ অসি খণ্ডহল্লদুনা মখোয়গী মমল য়াম্লবা শাউত্তাক কয়া নিখি।

ব্রাক্ষ অসিগী মতুং ইন্না ভারতকী Governor General গী কাউন্সিলদা অমসুং অতোপ-অতোপ্পা কাউন্সিলশিংদা বিল কয়ামুক পুথোকখি। ইংশোক ১৮৭৮ দগী ১৯১২ ফাওবদা য়ামদ্রবদা বিল ১১ লৌখৎনবা নত্তগা য়াবিনবা পুখৎলমখি [11]। অদুবু হায়রিবা বিলশিং অসি অমত্তসু পাস তৌখিদে। অদুম ওইনমক মীয়ামগী ওইবা লেঙদবা আই, শেনফম অদু ঙাকশেন্দুনা থম্না ঙম্লবা লোইননা ধর্ম্মগসু মরী লৈনদবা মওংদা পুবক্রবা ১৮৯০ দা "Charitable Endowment Act, 1890" অসি পাস তৌখি। লৈবাক্কী ওইনা য়েংলগা Treasurer অমা হাপ্পবা এক্ট অসিনা শক্তি পী। ষ্টেট গভর্ণমেন্টসু মাগী মাগী ষ্টেটকী য়েংলগা ওফিসাবশিং হাপ্পবা শক্তি পীরি। কনাগুম্বনা অসিগুম্বা প্রজাগী লেঙদবা শেনফম আই অসিবু মফম চানা থমজিনগে নত্তগা শিজিন্নগে হায়রবদি এক্ট অসিগী মখাদা য়ানবগী মতুং ইন্না Treasurer দা শিন্নগদবনি।

এক্ট অসিদগী ফঙগদবা খুদোংচাবদি ইয়াম য়ামদে। ট্রষ্টিগী অপান্বদা পুন্নমক চৎলি। মহাক্না পীনিংলগা পীবা নত্তগা পীদবদা ত্রেজরাবনা করিসু তৌবা ঙমদে। ওইবক্রিবা ফিভমনা খণ্ডবা ঙমই মদুদি এক্ট অসিদগী ট্রষ্টি অমনা কান্নবা ফঙবসি ইয়াম য়ামদে হায়বদি লীক্লা থোকই। এক্ট অসি য়াদুনা চৎনরবা চহি ১৯ গী মতুংদা হায়বদি ইংশোক ১৯০৯ দা Legislative Council গী মেম্বর অমনা Charitable Endowment Act, 1890 গী মখাদা ব্রকৃফ কয়া য়াম্না তৌরবগে হায়বদু ত্রেজবারদগী খণ্ডনিংখি। মদুগী পাউখুম ওইনা পীবকখিবা দাটা মশীংদি :—

| | | | |
|---|---|---|---|
| উত্তর পদ্রেশ | ৭ | বোম্বে | ৬ |
| অসাম | ৬ | বেঙ্গল | ১ |
| মদ্রাজ | ৬ | পঞ্জাব | ৪ |

11 মখল মখেলগী বিলশিং অমুদি
1 The Madras Hindu Religious Institutions Bill 1876 ( or Robinson Committee Bill ),
2 Orissa Native Commission Bill,1876 ,
3 Govt. of Bengal Bill,1880 ,
4 The Madras Hindu Religious and Charitable Establishments Bill,1867 (also known as Sullivan Committee Bill) ,
5 The Madras Hindu Temples Bills, 1893 (or Muttusami Aiyar Committee Bill) ,
6 Kalyana Sundaram Aiyer's Bill,1896
7 Ananda Charlu's Bill,1897 ,
8 Srinivasa Rao's Bill,1903 ,
9 Rashbehary Ghose's Bill,1908 ,
10 Ibrahim Rahimtoola's Bill,1911 and
11 Sheseguru uter's Bill,1912

বর্ম্মা, সেণ্ট্রেল প্রোভিন্স, কূর্গ অমসুং এন. ডব্লিউ.এফ.পি.দগীদি চপ চবা দাটা ফঙবা ঙমখিদে। মথক্তা পীরিবা মওংগী দাটা অসিদগী Charitable Endowment Act, 1890 অসি প্রজা মীয়ামদা কান্নবা পীবা এক্ট অমা ওইদ্রে হায়বসি ঐখোয়না খঙবা ঙমলে।

## ৱক্ফ আইন শেম্মিংবগী লাংতক্লবা ফাওরকপা

শতাব্দী অমা লোইখিদুনা অনৌবা অমা লাকপগা লোইননা মুসলিম প্রজাশিংনা ৱক্ফগা মরী লৈনবা আইন শেমনিংবগী অপাম্বা ঙন্না ফোঙদোক্লবকখি। কলিকাতা মুহম্মদন ইউনিয়ননা ১৯০২ দা ভাইসরোইদা মেমোরেন্দম অমি থাবমই। মসিতসু নত্তনা বেঙ্গল সরকারনসু ৱক্ফগী চপচাবা ফংফম থোকপা দাবী ফংহন্নবা সরকারদা তকশিল্লমই। ৱাফম অসি ভারত সরকারগী ওইনা লৈবা সেক্রিটরিনা য়ানিংখিদে। মথক্কী মেমোরেন্দম অসিগা হায়ফেৎ মান্নবা অমা সংস্থান অসিনা সেক্রিটরিগী খুৎথাংদা ভাইসরোইদা থাখি মদুদা ৱক্ফগী সম্পত্তি ঙাকশেন্দুনা থম্মা অমসুং কনা লৈজরবী নুপ্ৰবীশিংবু মতেং পাংনবগী মবম য়াওবি , অদুবু মদুগী পাউখুম লৈখিদে।

মুসলিমগী ঈ-পাউ খোমজিনবা কাংবুনা ৱক্ফগী মবমদা থিজিন-হৃমজিনবা কয়া তৌরমদে। মখোয়গী ৱাখল অদু ইনৌ-নৌবমই। অদুগীসু মথক্তা মুসলিমশিংগী ওইবা মতিক চাবা প্রেস মবাং কাইনা লৈবমদে। অদুম ওইনমক ইংশোক ১৯০২ দগী ৱক্ফগী মবম থিগৎপা অমসুং ঈ-পাউ নৈনবা হৌবকখি। All India Muslim Ledgue না ১৯১০ দা পাস তৌখিবা য়াম্না মক ওইবা বিজোলুসন অমদি মুসলিমশিংগী লেঙদবা সম্পত্তি পুম্নমক চেকশিন্না য়েংশিনবা অমসুং মদুগী ৱাবোল অমা ফোঙদোকপগা লোইন-লোইননা মসিগী ঙাক-শেনবগী মবমদা প্রজাগী য়েংদুনা কান্নগদবশিং পুথোক্লমই। ইংশোক ১৯১৩ দা ফংফম থোকপদু পীবিনবা সরকারদা হায়জখি অদুবু য়াবিখিদে।

Legislative Council দা য়াওবা মুসলিম অমসুং হিন্দু মেম্বরশিংনসু ৱক্ফগী শোয়বক্লিবা মওং-মতৌ অসিদা পেন্দবা ফোঙদোক্লমই। মখোয়না সরকারগী মখাদা লৈবা মুসলিমগী ধর্ম্মগা মরী লৈনবা অমসুং দানগী ওইবা লন-থুম কয়া য়াম্না লৈবগে হায়বদুগী মশীং খঙবা ঙমখিদে অমসুং সরকারগী পাউখুম অদুবুসু পেনখিদে।

ইকাই খুম্নৱবা মেম্বর অসদ অলীনা ৱক্ফগী লন-থুম লেঙদবা আহ্ সম্পত্তি কয়া য়াম্না রেজিষ্টর তৌদুনা ভারত্তা লৈরবগে হায়না হঙবা য়াহং অমগী পাউখুমদা অসুম্না পীবি - নোংপোক থংবা বেঙ্গল অমসুং অসাম ৩৩, পঞ্জাব ৩, উত্তর প্রদেশ ১৬, বোম্বে ৩, অমসুং বেঙ্গলদা ১৩ নি। অদুবু ভারত সরকারনা থল্লিবদুগদি থরমথেদি খেন্নবা লৈ।

## ভারতনা নিঙতমদ্রিঙৈ মমাংদা ষ্টেটশিংদা লৈরম্বা তোঙান-তোঙানবা লম-লমগী ওইবা ৱক্ফ এক্টশিং

ভারত সরকারগী মতম মতমগী ওইবা হোংদোক-হোংজিন তৌবা থৌরম কয়ামুক লৈবা অসিগী মখা পোন্না শেল-থুমদা, লৈঙাক শাসন্দা অহোংবা কয়া লাকই। অসিগুম্না থৌবাং অসিগী মখাদা "The Charitable and Religious Trust Act 1920" পাস তৌদুনা ৱক্ফগা মরী লৈননা প্রদেশ প্রদেশকী ওইবা আইন সভাদা শিন্নদুনা বেঙ্গল, ইউ পী, দিল্লি অমসুং বোম্বেদা চৎনবা য়াহল্লমই। অদুবু এক্ট অসিনা চপ-চানা ৱক্ফগী থবক থৌবমবু কোনশিন্দুনা মসিগী মখাদা থন্নগা চৎনহনবগী মরম অমসুং ৱাফমদি য়াওদে। কনাগুম্বনা ৱক্ফ তৌবা পাম্নবদি District Judge তগী অয়াবা অমা লৌরগা Trustee অদুগা উনবগা চৎনবিবা নিয়ম নিতি অদু য়েংলগা ৱক্ফ তৌবা য়াই। মতুং তারকপা ওইনা লম-লমগী শেম্বা ৱক্ফগী এক্ট মরি পাস তৌখি।

ৱক্ফগী লন-থুম সম্পত্তি ঙাকশেন্নবা শেম্বা এক্টশিং অসিগী মখাদা ইহান হানবা ওইনা বেঙ্গল, ইউ.পী. অমসুং দিল্লি ষ্টেটশিং অসিদা সবকাবগী লোইশঙগী ওইদবা লৈঙাকপশিং হায়বদি তোঙাম্না ৱক্ফগী ওইবা লৈঙাকপশিং লিঙখৎখি। বেঙ্গল ৱক্ফ এক্টনসু মুসলিম ৱক্ফ কমিশনর অমা হাপ্তুনা ৱক্ফগী সম্পত্তি য়েংশিন্নবা খুদোংচাবদু পীবমই অমসুং কমিশনর মশানা বোর্দ অদুগী সভাপতিসু ওইরমই। মতাং অসিদদি বেঙ্গলগী এক্ট অসিগা ইউ.পী অমসুং দিল্লিগী অসিগদি থরা মান্নদবা লৈ। অদুগীসু মথক্তা ইউ.পী. অমসুং দিল্লি ষ্টেটশিংগীদি সিয়া অমসুং সুন্নিগী তোঙান-তোঙানননা বোর্দশিং লৈবমই। অদুবু মসিগী মওং অসিদি বেঙ্গল এক্টা লৈতে। সিয়াশিংগী মীহুৎ অদু থন্নবগা হাপ্লমই।

বোম্বেগী মতাং লাকপদদি ৱক্ফ অসি ইতোপ তোপখ্রে। অনৌবা আইন অমা পাস তৌবগী মহুত্তা হান্নগা শেমদুনা লৈম্লবা "Mussalman Wakf Act 1923" অসি থরা শেমদোক-শেমজিন তৌবগা অদুমক চৎনরমই। শেমদোক্লবা আইন অসিগী মতুং ইন্না District Wakf Committee শেমদুনা ৱক্ফগী থবক য়েংশিবা, রেজিষ্ট্রি তৌবা

মতম্দা কোর্টকী মতেং পাংবা অসিনচিংবনি । কমিটি অসি মনিং মথা তম্না অমা ওইরমদে । হায়রিবশিং অসি ডিক্রি কোর্টনা হকথেংননা য়েংশিনবা ওয়ই ।

## লেংথোক্লম্বা ৱক্ফ এক্টশিং

ৱক্ফকী শাসন মনা য়াম্না ফগৎনবা হোৎনববসু ৱাকিফকী অশাহ্গী ওন্ন-তৈনবদা মুতৱল্লীশিং অমসুং ৱক্ফবু য়েংশিল্লিবা কাংবুনা ৱক্ফদগী লাকপা শেন-থুম মরম চাদনা হেক-হেক শিজিন্নথোকই । ইংশোক ১৯১৩ দগী হৌনা ৱক্ফকী লন-থুম, সম্পত্তি ঙাকশেন্নবা ভারত সরকারনা অমসুং রাজ্য সরকারনসু মতম মতমগী ওইনা এক্ট কয়া পাস তৌখি । মদু মতমগী মতুং ইন্না চৎনবা য়াবক্তবা, নমদুনা চৎহনবদা অশোয়বা মেনশিনবা য়ারোইদবা কয়া য়াওবকপদগী মথং-মথং এক্টশিং অসি লাকখিবনি ।

1. The Mussalman Wakf Validating Act, 1913,
2. The Mussalman Wakf Act, 1923,
3. Bihar and Orissa Mussalman Wakf Act, 1926,
4. The Mussalman Wakf validating Act, 1930,
5. Bengal Wakf Act, 1934,
6. Bombay Mussalman Wakf Act, 1935,
7. The united provinces Muslim Wakf Act, 1936,
8. Delhi Muslim Wakf Act, 1943,
9. Bombay Mussalman Wakfs (amendment) Act, 1945,
10. Bihar Wakf Act, 1947,
11. The Wakf Act, 1954,
12. The Public Wakfs (Extension of limitation) Act, 1959,
13. The J K Muslim Wakf Act, 1959,
14. U P Muslim Wakf Act, 1960,
15. The Wakf (amendment) Act, 1964,

16 The Public Wakfs (Extension of limitation) Amendment Act, 1969,

17 The Wakf (Amendment) Act, 1969,

18 U.P Muslim Wakf (Amendment) Act, 1974,

19. The Wakf (Amendment) Act, 1984 অমসুং

20 The Wakf Act, 1995 অসিনি।

লৈবাক মীয়াম্না শকথঙনববা অফওবা সুফিশিং, ঋষিশিং ভারততা লৈখি। মখোয়না চৎলম্বা নিয়মনিতি, পাউতাক লৈবাক অসিগী মীয়াম্না পাম্না অমসুং থাজনা লৌনৈ। মখোয়শিং অসি অল্লাহ্‌গা নকশিন্নরবা ঙাক্তনি। মঙাল ফঙলবনি হায়না লৌনৈ। শনবা য়াবদি খ্বাজা মৈনুদ্দিন চিস্তি, নিজামুদ্দিন ঔলিয়া, সলিম চিস্তি অসিনচিংবনি। মখোয়না তৌরম্বা থবক, লৈরম্বা মফম মুন্না খঙবগা লোইন্ননা সরকারনা এক্টশিং পাস তৌদুনা ঙাক শোল্লি।

"মুসলমান ৱক্ফ ব্যালিডেটিং এক্ট ১৯১৩" চন্নফম খঙদনা অদুমক লোইশিনখি। অবুল ফতাহ্‌গী কেসতা প্রীবি কাউন্সিলগী লোদশিপনা মবা লৌবিখিদে। মদুগী মহুত্তা "মুসলমান ৱক্ফ ব্যালিডেটিং এক্ট ১৯৩০" না মহুৎ শিনজিনখি। মতুংদা কেন্দ্র সরকাবনা "মুসলমান ৱক্ফ এক্ট ১৯২৩" পাস তৌখি। এক্ট অসিনা কোলোইদবা হীরম খবা লৈ। মসি ৱাকিফকী ওইনা নত্রগা ইমুং-মনুংগী ওইনা নত্রগা অঙাংশিংগীদমক্তা খন্দুনা তৌবা ৱক্ফদা এক্ট অসিগী মখাদা পুশিল্লকপা য়াদে। মথক্কী মরমশিং অসি নত্তবা ৱক্ফশিংদদি অদুমক চৎনগনি।

মথক্তা শীবিবা এক্ট অয়াম্বনা শেমদোকপা, ওয়োক-ওনশিন তৌবা কয়া য়াওখ্রে। এক্ট অয়াম্বদি সেন্ট্রেল ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ না মহুৎ শিনখ্রে। অদুবু ষ্টেট খবদদি মশাগী এক্ট অদুম চৎনবৰ্মই। বেষ্ট বেঙ্গলদা "বেঙ্গল ৱক্ফ এক্ট ১৯৩৪" চৎনরৰ্মই। মতৌ অদুগুম্না উত্তর প্রদেশতা "উত্তব প্রদেশ মুসলিম ৱক্ফ এক্ট ১৯৬০" চৎলৰ্মই। মহাবাষ্ট্রা, মরাথাৱাদা এবিয়া, গুজরাট অমসুং কচ্চ লমদমদা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ চৎনরৰ্মই। রাজ্য সবকারনা শেম্বা এক্টশিংদি ষ্টেট অদুদগী হেন্দোক্না চৎনবা য়াদে।

ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ ভারত পুম্বা চৎনবা এক্ট ওইরে। অদুম ওইনমক এক্ট অসি জম্মু কাশ্মীরদদি চৎনরোই। ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ দা মরু ওইবা য়াংলেন শরু অনি য়াওবগুম অনৌবা ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ দসু অদুমক কাইদনা য়াওরি। মসি ৱক্ফ শাসন্দা নুংঙাইনবা

অমসুং থবক মচু তানা শুবা ঙম্নবা থাইদোকপনি। য়াংলেন শন্না ওইহৱিবা অদুদি —

১। সেণ্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিল অমসুং

২। ষ্টেট ৱক্ফ বোর্দ অসিনি।

ৱক্ফগী লৈঙাক শাসন ফজনা চৎথবা ঙম্নবা, বোর্দতা অফবা পাউতাক পীবা অমসুং মকওইবা থৌদাং লৌবিবা ওফিসতি সেণ্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিললনি। কেন্দ্র সরকারনা ওফিসকী ওইবা গেজেটতা ফোঙদোক্লগা অসিগুম্বা কাউন্সিল অসি শেমই। কাউন্সিল অসিদা চিয়াবপার্শন অমা অমসুং মেম্বর ২০ লৈ। বাজ্য রাজ্যদা লৈবা ৱক্ফ বোর্দশিং অসি কাউন্সিল অসিনা থবক থৌরম খুদিংদা য়েংশিন্নি অমসুং মসিগী মখাদা লৈ।

ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ১৩ শুবদা ষ্টেট ৱক্ফ বোর্দ শেম্নগী বাফম য়াওবি। সেণ্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলদা তৌবগুম্না বোর্দ অসিদসু চিয়াবপার্শন অমা অমসুং অতৈ মেম্বরশিং লৈগনি, তৌবতবু মেম্বর মশীং য়াম্না নক্তুগা য়ামদবা হায়বদুদি ষ্টেট অদুগী মীশিং অমসুং এবিয়াদা য়েংলগা লেপ্পী। মেম্বরশিং অসি খনবদা ভোট তৌবগা খনগদবা য়াওবি। মেম্বরশিংগী মনুংদা ম্বোলাবদগী, এসোসিয়েসনদগী, এম এল এ দগী অমসুং এম পী দগী খনগদবসু লৈবি।

এক্ট অসিগী সেক্সন ২৩ গী মতুং ইন্না চিফ ইজুকেটিব ওফিসাব অমা হাপ্নবা শক্তি পীরি। ফম অসি হাপ্নদা ষ্টেট গভর্ণমেণ্টনা ৱক্ফ বোর্দকা তান্নবগা হাপকনি অমসুং ওফিসিয়েল গেজেটতা ফোঙদোক্কনি। চিফ ইজুকেটিব ওফিসাব অমদা লৈগদবা গুণশিং এক্ট অসিদা পীদে অদুম ওইনমক বাজ্য সবকাবনা শেম্বা কলদা হায়বিবশিং অসি য়াওহনবা য়াই। এক্ট অসিদা পীবিবা মক ওইবা অমনা চিফ ইজুকেটিব ওফিসার অসি মুসলিম অমা ওইগদবনি অদুগা ৱক্ফ বোর্দকীনা Ex-Officio-Secretary ওইগদবনি।

## মুসলমান ৱক্ফ ব্যালিডেটিং এক্ট ১৯১৩

মুসলিম লোগী ৱক্ফ অসি ইংলিস লোগী ট্রুষ্টকা খবমখৈদি খেন্নে হায়বসি মমাংদা নৈনখিবা হীরমশিং অসিদগী লাইনা খঙবা ঙম্লগনি। ৱক্ফনা ধর্ম্মগা খরা হেন্না নকশিন্নবা মরমদগী ওইরম্বা য়াই ইংলিসকী কোর্টশিংনা রাই হায়দোকপা মতমদা মুসলিম লোগী ওন্ন-তৈনবদা হেক-হেক ওইবক্লিবসি। মসিগী চপ-চাবা চয়েৎনবা থোকখিবসি অবুল ফতাহ মুহম্মদ ইশাক অমসুং রাসামোই ধর চৌধুরী অনি শোক্লখিবা কেসতনি। Privy Council গী

Lordship না কেস অসিগা মরী লৈনবা পার্টিশিং উনখিদে, শাক্তি অমত্তা লৌখিদে। হন্থবা কোর্টনা পুখোকপা রেকোর্দকী মতুং ইন্না বারেপ লৌরমই। Privy Council না তাখিবা ৱাহৈদি কন্নাগুম্বা মুসলিম অমনা মহাক্কী মচাশিংগী, ইমুং-মনুংগী কান্নবগীদমক ৱকৃফ তৌবদু (ৱকৃফ-অলল-অউলাদ) চৎনবা য়াদে হায়বসিনি। হীরমসিদি মুসলিম লোনা য়াদুনা লৈরিবা অমনি। মসিনা মরম ওইদুনা চয়েৎনবসি চাউনা লৈখি।

অবুল ফতাহগী কেসতগী থোরকপা য়াম্না চাউরবা চয়েৎনবা অদুনা মরম ওইরদুনা Privy Council গী Lordship না মথৎ-মথৎ ওইনা কেস কয়ামুক্তা ৱাই পীরকপা মরম্না Mussalman Wakf Validating Act, 1913 লৈবগী অমসুং চৎনবগী কান্নবা ইফং-ফগুলমদে। মরম অদুনা ১৯১৩ গী মমাংদা শেমখিবা চৎনবা য়াবা ৱকৃফ উীদ খুদিংমক অর্থ থোকহল্লে হায়বদি চমম্নবা অমা ওইহল্লে। মতুং তাবকপা চয়েৎনবা ময়ামসি কোক্লবা "Mussalman Wakf Validating Act 1930" পাস তৌদুনা মহি-ময়াই চন্নুববা Mussalman Wakf Validating Act 1913 বু অমুক হন্না মপুক্তি হান্নীরে।

## মুসলমান ৱকৃফ এক্ট ১৯২৩

লেগুদবা আই, সম্পত্তি কায়দনা থম্না গুম্নবা মমাংদা শেমখিবা আইননা মক ফংনা অশোয়বা লৈবদগী চৎনবা য়াবা আইন ওইদ্রে হায়বসি খগুলকপদগী হিসাব চুম্না পীবা গুম্নবা, নিয়ম চুম্না সম্পত্তিশিং অসি গুকশেনবা গুম্নবা "Mussalman Wakf Act 1923" পাস তৌখি।

এক্ট অসিগী সেক্সন ৩ দা পীরিবা তৌদবা য়াদ্রবা থবকশিংদি - এক্ট অসি চৎনবা হৌবা থা ৬ কী মনুংদা মুতৱল্লীশিংনা মাগী মাগী খাইদগী নকপা কোর্টকী গুমথেগী মনুংদা লৈবশিংনা ৱকৃফ তৌরিবদু কবম্না মথলগীনো হায়বা অমা, লন-থুম অদুগী চহিগী লাকপা আই, চহিগী চাদিং তৌখিবা খরচ অসিনচিংবা উত্তুনা কোর্টতা পীথৎকদবনি।

অসিতসু নত্তনা সেক্সন ৫ শুবগী মতুং ইন্না মুতৱল্লীনা চহিগী ওইবা, হিসাবকী বারোল য়াওবা চে কোর্টতা পীগদবনি মদুদা করিগুম্বা লানবা য়াওরগা অহানবগী ওইনা লুপা ৫০০/- জরিমনা অদুগা থংননা অমুক লানবা য়াওরগা লুপা ২০০০/- জরিমনা তৌগনি (sect. 10)।

১৯২৩ গী এক্ট অসিদা সিবিল কোর্টনা মরম খুদিংদা য়েংশিনবা, হিসাব পানবা, অদিট তৌবা অমসুং দণ্ড পীবদা য়াম্না চাউনা অপনবা অমা ওইরমই। কোর্টশিং অসিনসু মসি কাইদনা চৎপা অমসুং এক্ট অসিনা পীবা শক্তি মরম চানা শিজিন্নবদা য়াম্না খুদোং চদবা ওইরমই। ৱক্ফগী থবক থৌরম কোর্টনা শিনবদা মাই পাকপা হায়বদু ওইবা ঙমদে। মসি খণ্ডজিনবদা কান্নবা ৱাফমনি মদুদি অহৌবগী বিল (Original Bill) অদু পুথোকপা মতমদা জিলা খুদিংদা ৱক্ফ কমিটি শেমদুনা কোর্টতা পাউতাক অমসুং মতেং পীবগী ৱাফমলৈরমই তৌইগুম্বসুং মদু Select Committee না য়াখিদে। থোইদোক-হন্দোক্লা এক্ট অসিগী সেক্সন ৩ শুবদা কোর্টনা মুতৱল্লীদা হিসাবকী ৱাবোল পীবক্লবা চুমদ্রিংনা হায়বগী অধিকার পীদে। লানখিবা থবক্কীদমক মুতৱল্লী অমদা দণ্ড পীবদি ঙমই, অতে অহেনবা লৈতে। ৱক্ফগী সম্পত্তি পায়শিন্দুনা থম্লিবা মীশক অদুদা কবি থৌওং চৎথগদগে হায়বদুসু পীদে। লন-থুম অদুগী মওং মতৌ য়েংলগা কোর্টনা মবম থিজিনবা ঙম্লা হায়না হঙবা ৱাহংদা হায় কোর্টশিংনা তোঙান তোঙানবা পাউখুম পীনে। অসিগুম্বা মক ওইবা ৱাহং অসিগী পাউখুম নত্রগা ফল অদু মীয়ামদা চম্মহল্লি। ওউধ অমসুং এলাহবাদ হায়কোর্টনা পীবা ৱাইগী মতুং ইন্না কোর্টনা ইঙ্কাবী তৌবা ঙমই [12]। অদুবু মদুগী ওন্ন-তৈনবদা বোম্বে, পাটনা অমসুং মদ্রাজ হায় কোর্টনদি মথক্তা পীখ্রিবা ৱাইগী ওন্ন-তৈনবদা পী [13]।

## ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ শেম্বগী মরম

মমাংদা লৈবম্বা ৱক্ফপা মবী লৈনবা আইন পুম্নমক কেন্দ্রগী ওইরবসু ষ্টেটশিংগী ওইরবসু চংনবা য়াবক্তবা, অথিংবা পীবকপা, অশোয়বা কয়া লাকপনা তঙাই ফদনা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসি শেম্না তাবকখি। এক্ট অসি ভাবতকী রাষ্ট্রপতিনা ১৯৫৪ গী মে ২১ দা অয়াবা পীখি। এক্ট অসি তাঙ্কক নিপাল (৮) থোক্লা থাইদোকই অদুগা সেক্সন ৭০ লৈ। এক্ট অসিনা পীবা শক্তিনা থবগা হেন্না ৱক্ফগী লন-থুম ঙাকশেনবা অমসুং য়েংশিনবা ঙমহল্লি। মমাংদা লৈরম্বা ৱক্ফগী আইনশিংগা চাংদম্নকরবদি এক্ট ১৯৫৪ অসি য়াম্না ফগৎলে। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না অৱাংপা কয়া লাক্তবদি নত্তে। মবম অসিদগী ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসিসু হঞ্জিন-হঞ্জিন শেমদোক-শেমজিন তৌবা তাবকখি। মতমগা চুশাম্নবা য়ানবা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসি মথং মথং ওইনা ১৯৫৯, ১৯৬৪, ১৯৬৯ অমসুং ১৯৮৪ দা শেমদোক্লুনা চংনরকখি।

---

12 Mohammad Baqar Vs Syed Mohammad Qasim (1923) Oudh 210,9 O W N 538

13 Mohammad Husain Vs The Collector of Broach (1945) Bom 157, 219,I C 449
Syed Ismail Saheb Vs Ethikasha Sarguru (1941) Mad 897

পার্লামেন্টতা কারকখিবা মুসলিম মেম্বরশিং অমসুং মুসলিম ইনষ্টিটিউসনশিংনসু ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ গী সেক্সন ৬৬-জি, ৬৬-এইচ অমসুং ৱক্ফ (অ্যামেণ্ডমেন্ট) এক্ট ১৯৮৪ অসি মপূং ওইনা য়াদিংদবা ফোংদোক্লরকখি। ৱক্ফগী সম্পত্তি কনাগুম্বনা মপূ ওইদুনা লৈশিনখিবা, মদু কোর্টকী মতেং লৌবদা অকরুবা মতম চহি ৩০ ওইবগী মহুত্তা চহি ১২ দা হন্থহনবা, শিজিন্নফম ঙাওদনা লৈরিবা ৱক্ফগী সম্পত্তি লন-থুম পুন্নমক ৱক্ফ বোর্দতা শিন্নবা অমসুং ষ্টেট-ষ্টেটশিংনা মরক মরক্তা এক্ট অসি শিজিন্নবদা কেন্দ্রগা রাজ্যগা চয়েংনবা থোক্লকপা পুন্নমক অসিনা মরম ওইদুনা ৱক্ফ (অ্যামেণ্ডমেন্ট) এক্ট ১৯৮৪ অসি অমুক্তা হন্না শেমদোকপা দরকার ওইরকখি। ৱক্ফ (অ্যামেণ্ডমেন্ট ) এক্ট ১৯৮৪ অসি মনুংগী মচাক মমুৎতানা য়েংশিন্নবা মতম অদুগী ৱেলফিয়ার মন্ত্রী শ্রীমতি বাজপাই য়াওবা ৱক্ফ কমিটি অমা শেমখি।

## দরগাহ খ্বাজা সাহেব এক্ট ১৯৫৫
## খ্বাজা সাহেবকী শন্নম্বা ৱারী

খ্বাজা মুইনুদ্দিন হসন চিষ্টি চাউরাক্না ইংশোক ১১৪১ (৫৩৬ এ.এইচ) দা সিজিষ্টান (ইবান)দা পোকখি। ধর্ম্মগা মরী লৈনবা লাইবিক-লাইশু তন্না লোইবগা মহাক ভারত্তা লাকখি অমসুং অজমিরদা লৈখি। ফকির অসিগী পুন্সি ৱাবী অমসুং মহাক্কী পাউতাক ফঙবদা ৱানা থোকই। খ্বাজানা ভারত্তা লাকপা মতমদা খ্বাজা সৈয়দ ফখরুদ্দিন অমসুং সৈখ মুহম্মদ য়াদগাব লোইনরগা লাকখি। ফকির অসিনা লৈখিদ্রবা মতুংদা মহাক্কী মোংফম ঙাকশেনবা অমসুং য়েংশিনবগী থবক মখোয় অনিনা তৌরমই। সৈয়দ ফখরুদ্দিনগী মচা-মশুশিংবু সৈয়দজাদা অদুগা সৈখ মুহম্মদ য়াদগাবগী মচা-মশুশিংবু সৈখজাদা হায়না খঙনরমই। মখোয়গী মচা-মশুশিংবু শন্না খাদিম হায়না খঙনরমই। মোংফম অসিদা দান তৌরবা শেন-থুম, পোৎ পুন্নমক হায়রিবা খাদিমশিং অসিনা ফঙলমই। চহি কয়া চুপ্না মখোয়না দানশিং ফঙদুনা লাকখি। মুগোল নিংথৌশিংগী মতমদা দরগাহ অসিগী থৌ পুবা মুতৱল্লী, সজ্জাদানসিন ফমশিং অসি মীওই অমত্তনা পুরমই। তোঙান-তোঙান খাইদোক্তুনা লৈরমদে। অদুবু মতমগী মতুং ইন্না হায়রিবা ওফিস অসি অনি থোকখি।

দিল্লিগী সুলতান মুহম্মদ বিন টুগলোকনা ইহান হান্না মোংফম অসিদা চংগা নিংথৌ ওইরমই। মালৱাদা লৈবা খিলজী সুলতানশিংনা মোংফম অসি শেমগৎ-শাগৎলমই। অকবরনা মুগোল নিংথৌ ওইনা পানবা মতমদা অজমির অসি য়াম্না মমিং চৎখি।

# এক্ট ১৯৫৫ লাকপগী পান্দম অমসুং মরম

ইংলোক ১৯৪৯দা* ভারত সরকারনা কমিটি অমা শেম্লগা মদুগী চিয়ারমেননা এলাহবাদ হায় কোর্টকী জষ্টিস গুলাম হসননা ওইরমই। কমিটি অসিনা তৌগদবা অমসুং সরকারনা শিন্নরিবা থবকশিংদি অজমিরদা লৈবা দরগাহ খ্বাজা সাহেব অসি ৱরগা হেন্না ফহন্নবা, মসিগী লৈজরিবা লন-থুম সম্পত্তিগী ফিবম য়েংশিনবা, মফম অসিদা (মপূ নিংজবগী ৱাখল্দা) লাক্লিবা মীওইশিংবু ফজনা পীজ-পীথক তৌবা, মখোয়বু পেলহন্নবা হোৎনবা অমসুং দরগাহ খ্বাজা সাহেব এক্ট ১৯৩৬ অসি অমুক হন্না অশোয়বশিংদু চুমথোকপা অদুগা সরকারদা রিপোর্ট অমা পীখৎপনি।

ইনক্বাবী কমিটিনা পীখৎলকপা রিপোর্টকী মতুং ইন্না দবগাহ কমিটি অসি থবক তৌদ্রে, মখোয় অসি খুদক্তা পোখাহল্লগা অথুবগী ওইনা যৌরাং তৌদুনা দবগাহগী যৌ পুবা খনগদবনি। হীবম অসিগা মান্ননা পীরকপা কমিটিগী পাউখুমগী মতুং ইন্না দবগাহ খ্বাজা সাহেব অজমিবদা লৈবা মুতবল্লী, সজ্জাদানসিন অমসুং খাদিমশিংগী মবক্তা চাউনা মোত খেন্নবা লৈবে হায়বসি খঙখি। অথুবা মতমদা শিল লাংবা কাংবু শেম্লগা থবক পুহনবা দরকাব ওইবে হায়না রিপোর্ট পীবকখি।

অমবোমদা অজমিবদা লাক্লিবা মীয়াম অদুবু খাদিমশিংনা বেল ষ্টেসনদা চৎতুনা উননবা হোৎনরমই। মীয়াম অদুনা তৌবকপা দান, শেল নত্তগা পোৎচৈশিং অদু খাদিমশিংগী ফুবিৎ খাওদা অদুমক তাখি। দবগাহ অসিদা লাকপা মীয়ামনা তৌবকপা দান দবগাহ অসিগী ওইফম থোকপনি। মদু খাদিমশিংনা মখোয় মশেল য়েংহোক্রবা চুমদবনি অমসুং মদু তৌবগী অধিকাবসু লৈতে। দবগাহগী এবিয়া মনুংদা মদুমক তৌবা তাববদি মরাল লৈবা মীশক অদুদা লুপা ২০০/- ফাওবা জরিমনা তৌবা য়াই[14]।

কমিটিনা পীখৎলকপা রিপোর্টকী মতুং ইন্না "The Dargah Khwaja Saheb (Emergency Provisions)Act, 1950 পাস তৌদুনা চৎনবা হৌখি। মতুং তারকপদা এক্ট ১৯৫০ অমসুং এক্ট ১৯৩৬ বিপিল তৌরগা ইনৌ নৌনা "The Dargah Khwaja Saheb Act, 1955" অমুক পাস তৌদুনা ঙসি ফাওবা চৎনবিবা অসিনি। এক্ট অসি ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা ওক্তোবর ১৪, ১৯৫৫ দা অয়াবা পীখি।

---

* Dr Ahmedullah khan – *The Law of wakf in India* (1997) p 187

14 S Khalid Rashid – *Wakf Administration in India* (1978) P 31

দরগাহ অসিগী হান্না লৈরম্বা এক্টশিংদগীদি এক্ট ১৯৫৫ অসিনা অমুক্তা হোৎকাখ্রে, অৱাংপা কয়াসু হাপচিল্লে। হিসাবনচিংবা কয়া কুল্লা নৈনদুনা পীরবা এক্ট অমনি।

## ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ পাস তৌরকপা

পার্লায়ামেন্টতা কারকখিবা এম.পী.শিং, ষ্টেট গভর্ণমেন্টকী থৌ পুবা মন্ত্রীশিং, সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলগী মেম্বরশিং য়াওনা খল্ল-নৈনববা মতুংদা মোত অমত্তা ওইনা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসি মশূং ওইনা শেমদোকপা চুমলে হায়না য়ানখি অমসুং ৱক্ফ বিল ১৯৯৩ অসি পার্লায়ামেন্টতা পুথোকখি। বিল অসিমক ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা নভেম্বর ২১, ১৯৯৫ দা অয়াবা পীদুনা এক্ট ওনখি। এক্ট অসি জম্মু-কশ্মীর নত্তনা ভারতকী মফম খুদিং থুংনা চৎনগনি তৌবতবু ষ্টেট-ষ্টেট অদুগী ওফিসিয়েল গেজেটতা ফোঙদোক্লগা চৎনবা হৌরে হায়না লাউথোক্কনি। মসিনা হান্না লৈরম্বা এক্ট পুম্নমক রিপিল তৌরগা এক্ট ১৯৯৫ দা লোইনা পুনশিল্লে। অদুম ওইনমক "The Dargah Khwaja Saheb Act 1955" দি অদুমক লেঙদনা লৈগনি অমসুং ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ না কোনশিন্দে। অনৌবা এক্ট অসিদা তাঙ্কক মাপল (৯) অমসুং সেক্সন ১১৩ লৈ।

এক্ট অসিদা য়াওরিবা সেক্সনশিং হৌবদগী লোইবা ফাওবা নৈনজদ্রে। ৱক্ফগী লন-থুম, সম্পাত্তি পুম্নমক ৱক্ফ বোর্দনা গুাক-শেনগদবনি। অসামদা থোকখিবা কেস অমদা অসুম্না বাই পী মদুদি কবিগুম্বা ৱক্ফগী দলিল অদুদা ৱক্ফ তৌবগী মরম শুগাইনা পীববদি ৱক্ফ তৌবিবা য়ুম নত্তগা পোৎশক অদু মশূং ফারবা ৱক্ফনি হায়না লৌগনি। অতে লৈহৌরিবা লম নত্তগা পোৎশক অদুগা মরী লৈনদ্রে। ৱক্ফ তৌখ্রবা পোৎ অদুগা লৈহৌবিবা অতে লন-থুমগা য়ানশিন্নবা য়ারোই। মবম অদুনা ৱক্ফগী দলিলদা পীবগী মতুং ইন্না অমসুং এক্ট অসিগী প্রোবিজনশিংদা য়াওরবনা বোর্দনা মসিবু যত্ননা য়েংশিনগদবনি অমসুং গুাকশেনগদবনি। মুসলিম অমনা নিয়ম চুন্না ৱক্ফ তৌবদা মুসলিম লোনসু অথিংবা অয়েংপা পীদে।

## ট্রিবুনেল অমা লিঙ্খৎপা

রাজ্য সরকারনা ওফিসকী গেজেট (Official Gazette) তা ফোঙদোক্লগা দরকারগী মতুং ইন্না চঙগদবা নত্তগা লৈগদবা ট্রিবুনেলশিং লিঙ্খৎপা য়াই। অচুবা থিদোকপা

অমসুং পুৱরুৱশীদমক ভারততা ত্রিবুনেললসু অচৌবা থৌদাং লৌরি । Income Tax Tribunal, Administrative Tribunal, AIR Corporation Tribunal অসিনচিংবা লিংথকনা মরী লৈনবা থবকশিং-তৌবি । অচম্বা লো কোর্ট অমদা কেস তৌদুনা মতম শাংনা চঙগদবা অমসুং ৱক্ফগা মরী লৈনবা থবকশিংদা থংনবা কয়া থোরকপদা লিংথংলিবা ত্রিবুনেল অসিনা অথুবা মতমদা ৱায়েল বিচার তৌদুনা লোইশিনবা ঙমগনি । ত্রিবুনেল অমা লিংথংপা, মসিগী শক্তি অমসুং ত্রিবুনেল অসিনা তৌগদবা অতৈ থবকশিং ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ৮৩ দগী ৯৫ ফাওবদা য়াওবি ।

মূতবন্নী অমনা নত্রগা মীচম অমনা হেক্তমক কেস থাঙ্গৎপা য়াই । ত্রিবুনেল অসিনা তাখিবা য়াইদি অবোইবা ওইগনি । উত্তর প্রদেশ সুন্নি সেন্ট্রেল ৱক্ফ বোর্দকা বিয়াজুল হককা থেংনখিবা কেস অমদা আল্লীল চৎপা য়াত্রা নত্রগা য়াদত্রা হায়বদুগী মবমদা চয়েংনবা খবদি লৈখি । ৱক্ফ ত্রিবুনেললনা তাখিবা বাই অসি অসুপ্পগী ওইনা অরোইবা ওইগনি হায়বসি *ময়েক শেংনা পীবসুবদি ফঙদবনি । অদুম ওইনমক ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫দা পীবি মদুদি অসিগুম্বা* অবোইবা ওইববা য়াই অমা ৱক্ফ বোর্দনা নত্রগা মীশক অমনা হায় কোর্টতা পুখংলগা হান্নগী বেকোর্দশিং য়েংলগা মদুদা অপেনবা লৈরগদি ৱক্ফ ত্রিবুনেললনা তাখিবা য়াই অদু ওহোকপা নত্রগা শেমদোকপা ঙমই [15] ।

ৱক্ফগী ওইবা নত্রগা ৱক্ফ লোগা মবী লৈনবা থবক খুদিংমক্তা চয়েংনবা, থংনবা থোকপা মতমদা কেস তৌগে হায়না খল্লবদি সিবিল কোর্টতা তৌবা য়াদে । ৱক্ফগা মবী লৈনবশিংদি ৱক্ফ ত্রিবুনেলদা কেস অদু চথগনি (সেক্সন ৮৫), সিবিল কোর্ট অমসুং ত্রিবুনেল অনিগী ঙমখৈ য়াথোক্তুনা সেক্সন ৮৫ দা পীববনিনা চয়েংনবা করিসু লৈহন্দ্রে ।

## ৱক্ফগী লন-থুম সম্পত্তি সর্বে তৌবা

ভাবততা লৈবিবা ৱক্ফগী সম্পত্তিশিংসি প্রজা অমসুং সবকার য়াওনা থিজিন-হমজিন্দুনা খবগা হেন্না মপাঙ্গল লৈবা ৱক্ফ শাসন অমা ওইহন্নিংই। অসিগুম্বা মখলগী সর্বে অসিদি ব্রিটিশ সরকাবনা কয়া পান্নমদে । সর্বে তৌনবগী ৱাফম অসি Mussalman Wakf Act, 1923 নত্রগা দিল্লি অমসুং বিহাবগী ৱক্ফ এক্টশিংদসু য়াওদে । অখণ্ড-অহৈশিংনদি অসিগুম্বা মখলগী সর্বে অসি য়াম্না কান্নবা অমনি হায়না থাগংলি । মরম অদুনা ১৯৬০ দা দিল্লিদা পাংথোকখিবা ষ্টেট ষ্টেটকী ওইবা ৱক্ফ কনফরেন্সতা ভারত

15 Dr Ahmedullah Khan - *The Law of Wakf in India* (1997) P 154 - 159

পুন্না সর্বে তৌদুনা ৱক্ফকী সম্পত্তি মশক খণ্ডদোক্লবা অকনবা মোত ফোণ্ডদোক্লখি। কনফরেন্স অদুদা য়াওবা মীশক অমনা পুখোক্লুনা তাকখিবদি অন্ধ্র প্রদেশখক্তদা রেজিষ্টর তৌরবা ৱক্ফকী সম্পত্তি ৩,৩০০ লৈ অদুগা রেজিষ্টর তৌদবনা চাউরাক্লা ১২,০০০ রোম লৈ [16]।

ৱক্ফ ইনকৱারী কমিটিগী লমজিং মখাদা ১৯৩৭ কী মমাংদা ইউনাইটেদ প্রোভিন্সতা সর্বে অমা পাঙথোকখি। কমিটি অদুগী লমজিংবনা জষ্টিস ইকবাল অহমদনা ওইরমই। মহাক্কী মতেং পাংনবগীদমক ডিষ্টিক্ট জজশিং, ডিষ্টিক্ট ওফিসারশিং য়াওরমই। অদুবু মদুদা পাঙথোকখিবা থিজিন-হুমজিনবগী থবক অদু কান্নবা ইফং-ফণ্ডখিদে। ইংশোক ১৯৩৭ কী সর্বে অদুদা য়াম্না চমম্নবা নিয়ম নাইদবা অমা থেংনখিবদি ঐতিহাসিক ওইরবা তাজমহল (আগ্রা), অতালা মসজিদ (জৌনপুর) ফতেহপুরী মসজিদ (তাজগঞ্জ,আগ্রা) হায়রিবশিং অসি ৱক্ফকী মনুং চম্লমদে মবমদি মখোয়শিংসি Archaeological Department না ঙাকশেন্দুনা থমলি। লনাই মশাগী য়েংলগা ৱক্ফকী লন-থুম সম্পত্তি লৌশিনখিবা নত্ত্রগা সরকারনা কোনশিন্দুনা থমখিবা মফমশিং খণ্ডোকপসু দরকারবনি। অদুনা তুংদা লাক্নদবা সর্বেদা হায়রিবা চয়েৎনবসি থোক্তনবা শিনবা চুমগনি।

ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ ভারত পুম্না থুংনা চৎনরবা মতুংদা ষ্টেটনা হাম্না এজেন্টশিং অদু পেন্নবক্তবদগী ৱক্ফকী সর্বে তৌননবা কেন্দ্র সরকারনা ৱক্ফ কমিশনর অমা, এডিসনেল ৱক্ফ কমিশনর অনি, তহশিল খুদিংগী এসিসটেন্ট কমিশনরশিং, পটৱারীশিং অমসুং কানুঙ্গোশিং হাপ্লমই।

কেন্দ্র সরকারনা ষ্টেটশিংদা খণ্ডহনখিবদি খ্বাইদগী অফবা মরিক চুম্না ৱক্ফকী সম্পত্তি থিজিন-হুমজিনবা ঙমগদবদি পটৱারী, কানুঙ্গো,অমসুং তহশিলদারশিংনি। ৱক্ফ কমিশনরদি চুম্নগী ৱক্ফদা থরাই য়াওবা মীওইশিংনা পীরকপা রিপোর্ট, রেজিষ্ট্রেসন রেকোর্দতা লৈবা কেসশিং অচুম-অবান য়েংশিনবা অসিনা মাগী থবক্নি।

মণিপুরদা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ চৎনববা মতুংদা ১৯৯২-৯৩ ইংদা ৱক্ফ কমিশনর অমা হাপ্তুনা সর্বে তৌখি। ৱক্ফ কমিশনর অদু অলহজ রহিমুদ্দিন শাহ এম.সি.এস.না ওইখি। সর্বে অদু মপুং ফাখিদে। সর্বে অদুগী অফবা ফল পুরকপা ঙমখিদে। তৌরকপা রিপোর্ট অদু মপুং ফাদবনা অয়াম্বা লরুক ৱক্ফ বোর্দ মণিপুরগী চেঞ্জনদা য়াওদে। নিয়ম চুম্না ৱক্ফ কমিশনর হাপ্তুনা ৱক্ফকী লৈবিবা লন-থুম সম্পত্তি থিজিন-হুমজিনবা তঙাইফদবা অমা ওইরে।

16 S Khalid Rashid - *Wakf Administration in India* (1978) P 59-60

ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ গী সেক্সন ৪ (৩) অমসুং এক্ট অসিগী সেক্সন ৬৭ অ কমিশনর অমনা তৌগদবা মরু ওইবা থবক কয়া পীরি । অনৌবা ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী চেপ্তর অনিশুবদা সর্বেগী মতাংসি কজনা নৈনরি । অনৌবা এক্ট অসিগী সেক্সন ৪ (৩) অমসুং সেক্সন ১০৯ দা মথক্কী অসিগা মান্ননা পীরি ।

অনৌবা এক্ট অসিগী সেক্সন ৫ (১) অমসুং (২) দা দরকারগী মতুং ইন্না ৱক্ফ কমিশনরনা ষ্টেটতা পীখৎলকপা সর্বে রিপোর্ট অদুগী কোপী অমা ৱক্ফ বোর্দতা শিন্নবকনি । পীবকলিবা কোপী অদু কুপ্না নৈনববা মতুংদা Official Gazette তা ফোঙদোকনি । ৱক্ফগী লিষ্ট অসিদা কনাগুম্বনা য়েৎনিংবা য়ানিংদবা য়াওরবদি মদু ফোঙদোকখিবা চহি অমগী মনুংদা ৱক্ফ ত্রিবুনেলদা কেস থাঙ্গৎকদবনি । পীবিবা মতমগী মনুংদা অয়েৎপা য়ানিংদবা পুন্নমক ৱক্ফ ত্রিবুনেলদা য়ৌবক্রবদি ফোঙদোকখিবা লিষ্ট অদুনা অরোইবা ওইগনি ।

ৱক্ফ কমিশনবনা পীখৎলকপা ৱক্ফ লিষ্ট অদু ষ্টেট গভর্ণমেন্টনা ওহ্নোক-ওনশিন ঙমদে । মদু তৌকববদি অশেংবা লিষ্ট অদু ওইদ্রে । কবিগুম্বা মতমদা ৱক্ফ কমিশনবনা শেন্নকলিবা লিষ্ট অদু ৱক্ফ বোর্দনা শেমদোকপা ঙম্বা ? মতাং অসিদা চয়েৎনবা অমা লাকই । পীখৎলক্রবা ৱক্ফ লিষ্ট অদুদা অবানবা, ৱাংহৌবা লাকপা মতমদা কমিশনব অদুগা তানবগা অরানবদু চুমথোক্কনি । মদুদসু কমিশনবনা য়ানিংদবা লৈবগদি ৱক্ফ ত্রিবুনেলদা ৱাকৎকনি । ৱক্ফ কমিশনবনা ৱক্ফ বোর্দতগী চাং তাদে । অমগা অমগা পাঙ্গল শক্তি শিজিন্নবদা চপ মান্ননা লৈ । কমিশনবগী শক্তি লৌথোকখ্রবা মতুংদা ৱক্ফ বোর্দনা শেমদোক-শেমজিন তৌবদি ঙমই ।

## ৱক্ফনা থেঙনরিবা খুদোংচাদবশিং

**নিয়ম লান্না ৱক্ফ সম্পত্তি লৌশিনখিবা** – ইংশোক ১৯৬০ দা পাংথোকখিবা Inter-State Walkf Conference তা মতম অদুগী ইউনিয়ন মিনিষ্টর (ইবিগেসন, পঞ্জাব অমসুং ৱক্ফস) না পীখিবা ভাসন্দা পনখিবদি মরু ওইনা ৱক্ফগা মরী লৈননা থেংনরিবা চাউরবা সমস্যাদি আইননা য়াদবা থবক কয়া মশাগী কান্নবতা য়েংদুনা নিয়ম লান্না ৱক্ফগী সম্পত্তি লৌশিনখিবসিনি । মসিগী চাউরবা মবম অমদি ইন্দিয়া পাকিষ্টান খাইদোক্রবা মতমদা থাদোক্তবা য়াদবা মরমদগী মশা মশাগী লন-থুম সম্পত্তি অমসুং ৱক্ফগী

সম্পত্তি কয়া মফম খণ্ডদনা হুন্দোক্লমই । অসিগুম্বা মফমশিং অসি মখুৎ চলহৌরবা মীওইশিংনা মপূ ওইশিনখি। অদুবু খরদি ৱক্ফ বোর্দতা হঞ্জিন্নকখি [17]।

Limitation Act না শীবগী মতুং ইন্না অসিগুম্বা নিয়ম লান্না লৌশিনখিবা সম্পত্তিশিং অসি কোর্টতা কেস তৌদুনা অমুক হঞ্জিন্নবগী মতমসি চহি ১২ নি । অদুবু ইংলোক ১৯৪৭, অগষ্টতগী পারগা সিবিল সুট অমা তৌবা য়াবগী মতম অসি অগষ্ট ১৯৫৯ দা লোইশিনখ্রে । চয়েংনবা মবম কয়ামুক্তগী Limitation না শীবা মতমগী মনুংদা থবক অমত্তা মপূং ফানা পাংথোকপা ঙমখিদে । সরকারদা মতম শাংদোক্লবগী মবম পীবদুনা ঙাংনবমই । মতম লৈতবনা কেস তৌবা য়াখিদ্রবশিং অদু অনৌবা Public Wakf (Extension of limitation) Act, 1959 না মতম অমুক ফঙহল্লে ।

নিয়ম কায়না ৱক্ফগী লন-থুম থোপচিন্দুনা থমখিবশিং অসি অমুক লৌথোক্লবা হোৎনবদা য়াম্না অরুবা অমা ওইবমই । মথক্তা পনখ্রিবা এক্ট অসিগী মতেংনা নিয়ম লান্না ৱক্ফগী সম্পত্তি লৌশিনখিবশিং অদু তাম্থোক্কনি হায়বগী আশা য়াম্না চাউনা প্রজাদা লৈবমই । অদুবু খন্নুবা ৱাথলগী ওন্নবদা হেক-হেক লাকখি। কেসতি লিশিং লিশিং থাবা তাবনা মদু ওইথোকপদা ৱানা থোক্লমই ।

ভাবত সবকাবনসু ধর্ম্মগা মন্নী লৈনবা নমাজ শোনফমশিং অমসুং অশেংবা মফমশিং নিয়ম কায়না লৈশিনখিবা মীওইশিং অদুদগী অমুক লৌথোক্লবা ৱাবেপ অমা লৌবমই। ভাবত সরকারগী ৱাবেপ অদুগী মতুং ইন্না লৌশিনখ্রবা লন-থুম সম্পত্তিশিং অদু হন্দোক্লবা Public Premises (Eviction of Unauthorized occupants) Act, 1858 চৎনহন্দুনা অচুম্বা মওংদা লন-থুম অদু অমুক হন্দোক্লবগী উপাই অমা ওইবকখি । কেস লিশিং লিশিং থাদুনা মাঙউববা পোৎ অদু অমুক হঞ্জিনহনবা হায়বসি অকন্বা ৱাফম অমনি । ৱক্ফগী সম্পত্তি অসি Public Premises (Eviction of unauthorized Occupants) Act, অসিনা মপূং ফাহনবদা ৱানা থোক্লমই । অদুগা Limitation Act না শীবা মতমদগী হেন্দোকখিবদা পুন্নমক অরেম্বা ওইবমই। ৱক্ফ বোর্দনা ভারত সরকারদা হায়জবদগী ১৯৭০ গী ডিসেম্বর ৩১ ফাওবা মতম শাংদোকখি । হায়রিবা মতম অসি ফাওবদসু কান্নবা ইফং ফংবা ঙমখিদে । মতুং তারকপদদি চনৈনবদু অদুমক মফম খণ্ডদনা লৈরি ।

17 S Khalid Rashid – *Wakf Administration in India* (1978) P 148

**মুতৱল্লীশিংনা লাম্না লমজিংবা :** – মুতৱল্লীশিংনা ৱক্ফকী লন-থুম সম্পত্তিবু লাম্না শিজিন্নদুনা মাঙহনবগী মরম কয়ামুক লৈ । কায়কপা আহি মরম চানবা লোইশিনবা, আইগী হিসাব চুমদবা, শাজিন্নবা বাউচর শেন্নগা শেল মাঙহনবা, প্রজাদগী লাকপা চাঁদা, দান হিসাবতা চঙহন্দবা, লৌশান্দগী লাকপা, ভারা ৱাংনা লৌরগা হিসাব উৎপদনা লিক্লা উৎপা মদুগী অহেনবা শেনফম অদুনা ফুরিৎ থাওদা চঙহনখি । অদুনা মরম চাদনা মাঙহনখিবা শেল, সম্পত্তি পুম্নমক থিংনবা হোৎনবা তাবনি । মাঙহনগ্রবা পোৎ অদুগী মতাংদা কেস তৌবকপা মতমদা মুতৱল্লীনা য়াশিন্ননবা হোৎনবকপা পুম্নমক বোর্দকী অয়াবা য়াওদনা য়াফম থোক্তে*। কেস খবদদি মুতৱল্লী অদু মশাগী ফমদগী লৌথোকখিগদবনি** । মুতৱল্লীশিংবু য়াম্না চেকশিন্না বোর্দনা অমসুং আইন লোইশঙনা য়েংশিনগদবনি। মদু তৌববতদা মথোয়না অবানবা তৌবদু খবমথৈদি থিঙবা ঙমগনি । মশানা পাইজবিবা ফম অদু চিংলেপ্পা অমনি হায়বসি মশানা খঙজদবনা ওন্ন-তৈনবদা থবক তৌরমই । মুতৱল্লী অমনা ৱক্ফগা মবী লৈনবা মশাগী চাদিং শেম-শাদুনা থমগনি অমসুং মদু বোর্দকী ষ্টাফনা য়েংশিনবা ঙমই ।

*মোংফম লৌশিন্নকপা :*— মসি ৱক্ফ শাসন্দা হৌজিক হৌজিক থেংনবিবা য়াম্না চাউববা সমস্যা অমনি । সহরগী ময়োন্দা লৈবা কবরষ্টানশিং লৌশিন্দুনা মশা-মশাগী ওইখিবগী খুদোং চাবা য়াম্না লৈ অদুগা অচৌবা সহরশিংদা মিউনিসিপালিতিনসু মফমশিং অসিদা অমুক হন্না ফুমহন্দনবা হোৎলৈ । মসিগী লেঙদ্রবা খুদমদি দিল্লিদা লৈবা মথোল তবেৎ ৱাংবা Oberoi International Hotel অঙনবা মতমদা কবরষ্টান ওইরম্বদগী মমৈদা মরনাই পাইশিনখিবনি । অসিগুম্বা সমস্যা লৈবা ৱক্ফশিং মরম চানা লৌশিন্দুনা মবী লৈনবা এক্টশিংদা হাপচিল্লগা ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং ঙাকশেনবা হায়বসি তঙাই ফদবা অমা ওইরবনি ।

---

* Wakf Act 1995 Section 93

** Ibid Section 61

অহমশুবা তাঙ্কক

## ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫

## সেক্সন খরা শন্নগ্না নৈনবা

ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ গী মতম লোইশিনখিদুনা অনৌবা ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ না মহুৎ শিনজিনখ্রে। এক্ট অসি ভারতকী রাষ্ট্রপতিনা নভেম্বর ২১, ১৯৯৫ দা অয়াবা পীখি।

এক্ট অসিদা য়াওরিবা সেক্সন ১১৩ মক লোইনা নৈনজখ্রে। মদুগী মহুত্তা সেক্সন খবা লৌখৎলগা শন্নগ্না মখাদা পীজরি।

## ৱক্ফকী লন-থুম, সম্পত্তি সর্বে তৌবা (সেক্সন ৪)

মথক্কী ৱাফম অসি এক্ট অসিগী সেক্সন ৪ দা পীরি —

১। রাজ্য সরকারনা ওফিসকী গেজেটতা নোটিশ থোক্লগা রাজ্য অদুগী ৱক্ফকী সর্বে কমিশনর অমসুং এডিসনেল কয়ামুক নত্ত্রগা এসিসটেন্ট সর্বে কমিশনরশিং দবকারগী মতুং ইন্না হাপ্পা য়াই।

২। এডিসনেল কমিশনর পুম্নমক অমসুং এসিসটেন্ট সর্বে কমিশনরশিংসু ৱক্ফকী সর্বে কমিশনরগী মখাদা থবক তৌগনি।

৩। ৱক্ফকী সর্বে কমিশনরনা থিজিন-হৈজিন্নবা মতুংদা মখৌ তারবদি মখাদা পীরিবা হীরমশিংসি য়াওনা রাজ্য সরকারদা রিপোর্ট অমা পীখৎকনি, মদুদি

(ক) রাজ্য অদুদা লৈরিবা ৱক্ফকী মশীং — সিয়াগী ৱক্ফশিং অমসুং সুন্নিগী ৱক্ফশিং তোঙান-তোঙাননা উৎপা;

(খ) ব্রক্ষ তৌবিবা অদুগী মওং অমসুং পান্দম উৎপা ;
(গ) ব্রক্ষ তৌরবা লন-থুম সম্পত্তিশিং অদুদগী লাকপা অপুনবা আই খঙদোকপা ;
(ঘ) ব্রক্ষ তৌরবা লম অদুগী পীকম থোকপা খাজনা, টেক্স উৎপা ;
(ঙ) ব্রক্ষ তৌরবা পোৎশক অদুদগী লাকপা আইদগী খবচ তৌখিবা, পীথোকখিবা অমসুং মুতবল্লীগী অশুমলনচিংবা উৎপা ;
(চ) ব্রক্ষ অসিগা মবী লৈননা তৌবা অতৈ থবকশিং উৎথোকপা ।

৪। Survey Commissioner অমনা মখাদা পীরিবা থবকশিং অসি পাইখৎপা মতমদা Code of Civil Procedure 1908 না Civil Court অমদা পীবা শক্তিশিং অদুগা খোন্নবা করিসু থমদে ।

i) শাক্ষি অমদা সমন তৌবা অমসুং ব্রাহং পাউ-হংবা ,
ii) দরকাব ওইবা চে-চাংশিং পুথোকপা ,
iii) কোর্টতগী নত্ত্রগা ওফিসশিংদগী মীয়ামগী ওইবা চেজন (Public record) শিং দবকাব ওইবা লৌথোকপা ;
iv) Accounts নত্ত্রগা শাক্ষিশিং চাংয়েং তৌনবা Commission হাপ্পা ;
v) মবক্কী ওইবা মফম অদুগী অশোয়-অঙাম য়াওবা য়েংশিনবা নত্ত্রগা থিজিন-হৃমজিনবা অসিনচিংবা ।

৫। অসিগুম্বা থিজিনবা অসিদা সিয়াগী ব্রক্ষনি নত্ত্রগা সুন্নিগী ব্রক্ষনি হায়না কবিগুম্বা খৎন-চৈনবা থোক্লকলবদি ব্রক্ষ উীদতা কবম্বা মওং পান্দমদা ব্রক্ষ তৌখিবা হায়বদু মুন্না য়েংগনি অদুগা খৎনবা অদু উীদকী মতুং ইন্না তেমশিনগনি ।

৬। বাজ্য সবাকবনা ওফিসকী গেজেটতা নোটিশ থোক্লগা অনিরকগুবা ওইনা রাজ্য অদুদা লৈবা ব্রক্ষগী লন-থুম সম্পত্তি পুম্নমক হাপ্পা সেক্সন ৪ (১) গী মখাদা সর্বে তৌবগুম্না সেক্সন ৪ (২), (৩), (৪) অমসুং (৫) শিজিন্নরগা সর্বে তৌননবা সর্বে কমিশনরদা য়াথং পীগনি ।

তৌবতবু অনিরকগুবা সর্বে অমসুং মখা তাবা সর্বে অসি অহানবগী সর্বে রিপোর্ট অদু পীখৎলক্লবা মতুং চহি কুন (২০) কাওবদি অসিগুম্বা মখলগী সর্বে অসি তৌদনবা অখিংবা থমলি ।

## ব্রক্ফগী লিষ্টশিং ফোংদোকপা (সেক্সন ৫)

সেক্সন অসিগী মখাদা সর্বে কমিশনয়না ব্রক্ফগী লন-থুম, সম্পত্তি সর্বে তৌরবগী রিপোর্ট অদু রাজ্য সরকারদা পীশিনগনি। রাজ্য সরকারনা হায়রিবা লিষ্ট অসি ব্রক্ফ বোর্দতা অমুক খুৎশিন্নখিগনি। ব্রক্ফ বোর্দনা লিষ্ট অদু কুপ্পা য়েংশিল্লবা মতুংদা ওফিসকী গেজেটতা ফোংদোকনি। মদুদা সিয়াগী নত্ত্রগা সুন্নিগী তোঙান-তোঙান উৎকনি। গেজেটতা ফোংখ্রবা ব্রক্ফগী লিষ্ট অদু লাল্লি, য়ানিংদে হায়না অয়েংপা নত্ত্রগা কেস ওইনা তৌগে হায়রবদি লিষ্ট অদু ফোংলবা চহি অমগী মনুংদা ব্রক্ফ ত্রিবুনেলদা ব্রাকৎ কয়বনি। অসিগুম্বা অয়েংপা নত্ত্রগা ব্রাকৎ অসি পীরিবা মতমগী মনুংদা ব্রক্ফ ত্রিবুনেলদা থাঙ্গৎলত্ত্রবদি ব্রাকৎ অদু মতুং তারকপদদি লৌবোই অমসুং ফোংদেক্ত্রবা লিষ্ট অদু মপুং ফাববা অমনি হায়না লৌগনি।

## ব্রক্ফগী লন-থুম, সম্পত্তিদা খৎন- চৈনবা থোক্লকপা (সেক্সন ৬)

কবিগুম্বা পোৎশক অমা ব্রক্ফগী সম্পত্তিনি হায়না ব্রক্ফগী লিষ্টতা য়াওরবা অমসুং য়াওবিবা পোৎশক অদু ব্রক্ফগী সম্পত্তিনি নত্ত্রগা মসিগী নত্তে হায়না য়েৎনবা থোক্লবা নত্ত্রগা ফোংলবা ব্রক্ফগী লিষ্ট অদুদা সিয়াগী ব্রক্ফনি নত্ত্রগা সুন্নিগী ব্রক্ফনি হায়না মুন্নবা থোক্লকলবা মতমদা বোর্দনা নত্ত্রগা ব্রক্ফগী মুতৱল্লীনা নত্ত্রগা হীবম অসিগা মরী লৈনবা থৱাই য়াওবা মীওইনা হংলিবা ব্রাহং অদুগী ব্রারেপ লৌননবা ব্রক্ফ ত্রিবুনেলদা কেস অমা থাঙ্গৎপা য়াই অমসুং ত্রিবুনেলনা লৌবা ব্রাবেপ্পা অবোইবা ওইগনি। তৌবতসু অসিগুম্বা কেস অসি ব্রক্ফ লিষ্ট ফোংখ্রবা মতুং চহি অমগী মনুংদা তৌহৌদ্রবদি মতুং তাবকপদা ত্রিবুনেলনা ব্রাকৎ অমত্তা লৌবোই।

সেক্সন ৬(২)না অমুকসু মখা তানা পীবি মদুদি কেস লৈবা মবম্না নত্ত্রগা অম্নীলনা নত্ত্রগা কেসনা মবম ওইরগা থোক্লকপা ব্রাথোক নত্ত্রবদি এক্ট অসিগী মখাদা ব্রক্ফগী থবক্তা অথিংবা পীরোইদবনি।

সেক্সন ৬(১)গী মখাদা সর্বে কমিশনরবু কেসকা মরী লৈননা পার্টি শেমলোইদবনি লোইননা মহাক্কী মথক্তা কেস থাঙ্গৎলোইদবনি।

সেক্সন ৬ তা পীরিবা "মরী লৈনবা থৱাই য়াওবা মীওই" হায়বসিদা মনুং চল্লিবসি চুম্নগী ব্রক্ফদা থৱাই য়াওবা অদুত্তা নত্তে। ব্রক্ফগী সম্পত্তি অমসুং মদুগী খুদোংচবা ফঙলিবা

অমসুং লৌরিবা মীওই খুদিংমক মনুং চল্লি। থৱগা হেল্লা ময়েক শেংনা ৱাৱম অসি সেক্সন ৩ (K) দা শন্দোক্লা তাক্লি। সেক্সন ৪গী মখাদা নোটিশ পীদুনা থিজিন-হৎজিনবা অদুদা খুদোঙচাবা কণবা য়াবা মীওইশিংসু শরুক য়াহনগদবনি।

## ৱক্ফগা মরী লৈননা খৎন-চৈনবা থোকপদা ত্রিবুনেলগী শক্তি (সেক্সন ৭)

সেক্সন ৭তা পীবিবা অসিগী মতুং ইন্না ৱক্ফ ত্রিবুনেলনা ৱাহং খুদিংমক্কী পাউখুম পীবা ওয়ই অমসুং ৱক্ফ ত্রিবুনেলনা পীবা রাইনা অবোইবা ওইগনি।

সেক্সন ৭ (১) গী provisio (a) অমসুং (b) গী মখাদা পীবিবদি ৱক্ফগী লিষ্ট ফোঙহৱবা চহি অমগী মতুংদা করিগুম্বা মথল অমত্তগী দবখাষ্ট অমত্তা ৱক্ফ ত্রিবনেলদা থাবা য়াদে। ৱক্ফগী লিষ্ট ফোঙলবা চহি অমগী মনুংদা লাকপা খৎন-চৈনবা, অচুম-অরানগী ৱাকৎ ৱক্ফ ত্রিবুনেলনা খন্নগনি। মসি নত্তবা ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ চৎনব্রিঙে মমাংদা ফোঙবা ৱক্ফগী লিষ্টশিং হায়বদি তাং ১/১/৯৫ দগী তাং ৩১/১২/৯৫ ফাওবদা ফোঙহৱবা লিষ্টশিংগী ৱাকৎ এক্ট অসি চৎনববা চহি অমগী মনুংদা হায়বদি তাং ১/১/৯৬ তগী তাং ৩১/১২/৯৬ ফাওবদা ৱক্ফ ত্রিবুনেলদা ৱাকৎপা য়াই অমসুং মদু খন্নগনি।

ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ অসি চৎনবা হৌদ্রিঙে মমাংদা Civil Court অমদা চৎথদুনা লৈবা কেস অমা ৱক্ফ ত্রিবুনেলনা অমুক ৱায়েনবগী হক লৈতে। মবমদি হান্নলা কেস অসি Civil Court তা বিচাব চৎথৱবনা। ৱক্ফগা মরী লৈনবা কেসশিং সেক্সন অসিগী মখাদা Court নসু নমশিন্দুনা থমলোইদবনি। কেস অমা তৌবা মতমদা Chief Executive Officer বু পার্টি শেম্বদা য়াওহল্লোইদবনি হায়বদি কেস অদুদা পুশল্লোইদবনি। ৱক্ফ ত্রিবুনেলনা শেমদোক-শেমজিন তৌববা লিষ্ট অদুনা অবোইবা ওইগদবনি।

## সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিল লিন্থৎপা (সেক্সন ৯)

ইং শোক ১৯৬৪ দা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসি শেমদোক্লগা সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিল অসি শেমখি। কাউন্সিল অসিগী হৌরকফম অশেংবদি Kazmi Bill 1952 অসিনি। কাউন্সিল অসিগী মথৌদি কেন্দ্র সরকারদা ৱক্ফগী লৈঙাকলোনদা পাউতাক পীবা অমসুং

বোর্দতা মতেং পাংবনি। কাউন্সিল অসিদা লৈগদবা মেম্বরশিংদি—

১। ৱক্ফকী থবক পুবা Union Minister না Ex-officio Chairperson ওইগনি।

২। জাতিগী ওইবা অমসুং ভারতকী চৎন-লোন্দা মাই ওনশিনবা মুসলিম সংস্থানশিংদগী মীওই অহুম মেম্বর ওইনা থনগনি।

৩। হীরম খুদিংদা খঙ-হৈরবা মীওই মরি থনগনি মদুগী মনুংদা অনিদি লৈঙাকলোন অমসুং শেন-থুম শিজিন্নবদা হৈশিংলবা জাতিনা শক খঙলবা মীওই ওইগনি।

৪। Parliament তা মেম্বর ওইবা অহুম থনগনি, মদুদা লোক সভাদগী অনি অমসুং রাজ্য সভাদগী অমা হাপকনি।

৫। ৱক্ফ বোর্দশিংদা Chairperson ওইবা মীওই অহুম Rotation (শিন্দোক-শিজিন) দা হাপকনি।

৬। সুপ্রিম কোর্ট নত্রগা হায় কোর্টতা জজ ওইবা মীওই অনি হাপকনি।

৭। লৈবাক্তা শকখঙনববা উকিল অমা য়াওহনগনি।

৮। লুপা লাখ মঙাদগী তাদনা চহিদা আই লাকপা ৱক্ফকী মুতৱল্লীশিংদগী অমবু মেম্বর ওইনা হাপকনি।

৯। মুসলিম লোদা খঙ-হৈববা পণ্ডিত (Scholar) শিংদগী মীওই অহুম মেম্বর ওইনা থনগনি।

## বোর্দ অমা শেমদা য়াওগদবা মচন্নশিং (সেক্সন ১৪)

রাজ্যগী ৱক্ফ বোর্দ অমা শেম্বদা মখাগী মেম্বরশিং অসি য়াওনা শেমগনি

ক) Chairperson অমা লৈগনি।

খ) রাজ্য সরকারনা চুমই অমসুং মরম চাই হাইনা খল্লবদি মখাগীশিং অসিদগী অমা অমসুং য়াম্লবদা অনি থনগনি।

i) State তগী নত্ত্রগা Union Territory Delhi দগী কাবকপা মুসলিম M P শিংদগী ;

ii) State Legislature দা কাবকপা মুসলিম এম.এল.এ. শিংদগী,

iii) State কী Bar Council দা মেম্বর ওইবা উকিলশিংদগী অমসুং

iv) লুপা লাখ অমা অমসুং মদুদগী হেন্না চহিদা আই লৈবা ৱক্ফকী মুতৱল্লীশিংদগী খনগনি। খ (i), (ii) অমসুং (iii) অসিদি ভোট তৌবগা খনগদবনি।

গ) মমিং লৈরবা মুসলিম Organisation শিংদগী ভোট তৌদনা State Govt না মেম্বব অমা অমসুং য়াল্লবদা অনি খনগনি।

ঘ) মীয়ামনা শকখঙলবা ইসলামগী মবমদা খঙ-হৈববা মীওইশিংদগী অমা অমসুং য়াল্লবদা অনি খনগনি।

ঙ) Deputy Secretary থাক্তগী তাদবা ওফিসাব অমা বাজ্য সবকাবনা হাপকনি।

তৌবতবু মুসলিম Parliament Member, State Legislature নত্ত্রগা Bar Council গী মুসলিম মেম্বব অমমতা ওইনা লাক্রবদি মখোয়বু বোর্দকী মেম্বব ওইবে হাইনা লাউথোক্কনি।

অমুক্তসু মখা তানা পীরিবদি সেক্সন অসিগী Sub-clause (i) দগী (iii) ফাওবদা পীরিবা ভোট তৌগদবসিদা মুসলিম মেম্বব অমত্তা লৈত্রবদি হান্না ওইরম্বা মুসলিম পার্ল্যামেন্ট মেম্বরশিং, মুসলিম বিধান সভা মেম্ববশিং অমসুং State Bar Council মেম্বরশিংদগী খন্নরগা হাপকনি।

বাজ্য সরকাবনা সেক্সন অসিগী মখাদা ভোট তৌগদবা কাংলুপ অসিগী Electoral College শেম্বা দবকাব ওইদে খল্লবদি বাজ্য সরকাবনা অদুমক মেম্বব হাপ্পা ঙমই। বোর্দকী খল্লবা মেম্বরনা বোর্দ অসিগী নোমিনেট তৌবা মেম্ববদগী মশীং হেনগদবনি।

সিয়াগী ৱক্ফদি লৈবা অদুবু সিয়াশিংগী ওইনা তোঙানননা সিয়া ৱক্ফ বোর্দ লৈতবা রাজ্যদা সেক্সন ১৪ (১) গী মখাদা য়ামদ্রবদা সিয়া মুসলিম অমা মেম্বর ওইনা হাপকদবনি।

বোর্দকী মিটিংদা লাকপা মেম্বরশিংগী মরক্তগী অমবু বোর্দ অদুগী Chairperson ওইনা খনগনি। বোর্দকী মেম্বর খুদিংমক রাজ্য সরকারনা Official Gazette তা নোটিশ থোক্লগা হাপকনি।

## ওফিস পুগদবা মতম (সেক্সন ১৫)

এক্ট অসিগী সেক্সন ১৫ দা মেম্বর অমনা চহি কয়া ওফিসতা লৈগদগে হায়বদু ময়েক শেংনা পীরি। বোর্দ মেম্বর অমনা লৈগদবা মতমসি চহি মঙানি মতম শাংনা পীবগী মরমদি মেম্বর অমনা অমসুং বোর্দনা পোলিসি কয়া প্লান তৌবদা, তৌরিবা থবক অদু লোইশিনবা ঙম্নবা চহি মঙা পীবনি।

## বোর্দকী মেম্বর অমা ওইনা খনবদা অমদি ওইবদা য়াদবশিং (সেক্সন ১৬)

বোর্দকী মেম্বর অমা ওইনা খনবদা নত্ত্রগা ওইবদা য়াদবগী মরম (Disqualification of Members) সেক্সন ১৬তা পীরি অমসুং য়াদবগী মবমশিং অদুদি –

(ক) মহাক মুসলিম অমা নত্ত্রবা অমসুং মশাগী চহি ২১ শুদ্রবা;

(খ) ৱাখল চোইবা মী ওইববা;

(গ) মীগী শেন্দোন লৈবা ওইববা,

(ঘ) লমচং-শাজং ফজদবগী মরালদা দণ্ডি ফংলবা নত্ত্রগা মবাল অদু চপ-চানা ঙাকপীদ্রবা;

(ঙ) মমাঙদা থোকখিবা থৌদোক অমদা -

(i) মেম্বব নত্ত্রগা মুতবল্লী অমা ওইনা ওফিসকী ফমদগী লৌথোকখিবা ওইরবা; নত্ত্রগা

(ii) শেনজা-থুমজাগী নত্ত্রগা শেল লান্না শিজিন্নরবগী মরমদগী কোর্টকী নত্ত্রগা ত্রিবুনেলগী হুকুম অমনা ট্রুষ্ট অমগী ফমদগী লৌথোকখিবা ওইরবা।

অদুম ওইনমক এক্ট অসিদা অমুক মখা তানা পীরিবদি অসিগুম্বা মরালশিংসি তশেং-তশেংনা ঙাকপীরে হায়বগী হুকুম লৈরবদি Disqualification গী ৱাফম লৈতে।

# চিয়রপার্শন অমসুং মেম্বর ফমদগী লৌথোকপা
(সেক্সন ২০)

১) রাজ্য সরকারনা ওফিস গেজেটতা নোটিশ থোক্লগা বোর্দকী চিয়রপার্শন অমসুং অতৈ মেম্বরশিং ফমদগী লৌথোকপা য়াই, তৌবতবু—

(ক) সেক্সন ১৬ তা পীবিবা য়াদবগী মবমশিং অসিনা অথিংবা লৈরবা, নত্রগা

(খ) থবক তৌ হায়রবা য়াদ্রবা নত্রগা থবক তৌবা ঙমদ্রবা নত্রগা তৌরিবা থবক অদু ৱক্‌ফদা অকাইবা ওইহল্লে হায়না বাজ্য সবকাবনা লৌবরা, নত্রগা

(গ) মবম শুকচা চাদনা বোর্দকী মিটিং থংন-থংনদা অহূমলক য়াওদ্রবা ওইববদি মহাকপু ফমদগী লৌথোকপা য়াই।

২) চিয়বপার্শন অমবু ফমদগী লৌথোকপা হায়বসি চিয়বপার্শন অদুবু লৌথোকপতা নত্তনা অচম্বা মেম্বব ওইবদুসু তোক্কদবনি।

অদুম ওইনমক হায়বিবা ৱাফম অসি শাজিন্নবা নত্রগা শেংদবা মবমশিংদা যুম্ফম ওইবগা ৱাবেপ লৌবোইদবনি।

# Chief Executive Officer থবক্তাহাপ্পা, মহাকী ওফিস পুগাদবা মতম অমসুং অতৈ সরবিসকী ফিৱম
(সেক্সন ২৩)

বোর্দ অমগী Chief Executive Officer অমা সেক্সন অসিগী মখাদা হাপকনি। মহাক মুসলিম অমা ওইগদবনি। হায়রিবা ওফিসার অসি বাজ্য সরকারনা ৱক্‌ফ বোর্দকা তানরগা হাপকনি লোইননা Official Gazette তা ফোঙদোক্কনি।

Chief Executive Officer অমনা ওফিস পুগাদবা মতম অমসুং সরবিসকা মবী লৈনবা থবক পুম্নমক ষ্টেট সরকাবনা শেম্বা Rule দা তাকপগী মতুং ইন্না লেপকনি। এক্ত অসিদা C E O অমগী চঙদবা য়াদবা মহেগী থাক, হৈশিংবা অমত্তা পীরমম্লে অদুবু হায়রিবশিং অসি রাজ্য সরকারনা শেমগদবা Rule দা হাপ্পা য়াই।

Chief Executive Officer অসি বোর্দকী Ex-Officio Secretary ওইগনি অমসুং বোর্দকী শাসন মখাদা লৈগনি ।

## Chief Executive Officer গী তৌগদবা মথৌ অমসুং শক্তিশিং (সেক্সন ২৫)

ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ২৫ দা Chief Executive Officer অমনা তৌগদবা মথৌ অমসুং শক্তিশিং পীবি । ৱক্ফ বোর্দকী লমজিং মখাদা Chief Executive Officer না থবক তৌগনি । মরম অদুনা C E O অসি ৱক্ফ বোর্দকী শাসনগী মখাদা লৈগনি । চাউরাক্লা C E O অমনা তৌগদবা থবকশিংদি :-

১। ৱক্ফ তৌরবা পোৎশক অদুগী মওং, কান্নবা অমসুং কদায় ফাওবা কোনবা । দরকারগী মতুং ইন্না ৱক্ফগী হিসাব, পাউ অমসুং মুতবল্লীশিংনা পীবকফম থোকপা শেল মতম মতমগী কৌবা ।

২। ৱক্ফগী লন-থুম, সম্পত্তি, হিসাবকী রেকোর্দ, দলিল নত্ত্রগা মরী লৈনবা চে-চাং য়েংশিনবা, ৱক্ফগী মবমদা হেন্না কান্নগদবা ওইবা, গাক-শেনবা অমসুং শিল-লাংবগী থবক তৌবা অসিনি।

৩। সেক্সন ২৫ (১) দা পীবিবা শক্তিঅসি শিজিন্নদুনা ৱাকিফ অদুনা ৱক্ফনামাদা পীবিবা মরমশিং অদু কাইদনা চৎহনবা অমসুং মুসলিম আইন্নসু য়াবা মওংদা ৱক্ফ বোর্দনা থবক তৌগনি ।

মথক্তা পীখ্রিবা অসি নত্তবা অতৈ মরমদসু এক্ট অসিগী মখাদা C E O অমনা মহাক্কী তৌগদবা মথৌ অমসুং শক্তি শিজিন্নবা ঙমই ।

## বোর্দ অমনা তাগ্রবা য়াথং নত্ত্রগা প্রস্তাব অমদা Chief Executive Officer গী শক্তিশিং (সেক্সন ২৬)

মথক্তা মৈনবদা Chief Executive Officer অসি বোর্দকী খিংয়েং মখাদা লৈগদবনি হায়না পনখ্রে । অদুবু করিগুম্বা মতমদা বোর্দনা তাবা য়াথং নত্ত্রগা প্রস্তাবতা

C.E.O না চিংনরবা নত্তুগা তৌরিবা থবক অদু –

১) আইনগী মতুং ইন্না চৎথখিদ্রবা, নত্তুগা
২) বোর্দনা পীবা শক্তিদগী হেন্না অমসুং লান্না শিজিন্নখবা নত্তুগা এক্ট অসিগী মখাদা নত্তুগা মরী লৈনদবা লো লান্না শিজিন্নরবা, নত্তুগা
৩) করিগুম্বা শিজিন্নকবিবা অদুনা –

ক) মরী লৈনবা ব্রক্ষশিংদা নত্তুগা শেন-থুমদা বোর্দতা অমাংবা ওইববা,
খ) ইরাং থোক্লবা মবম ওইববা নত্তুগা শন্তি থুগাইববা,
গ) মীওইবগী পুন্সিদা, হকচাংদা অতম্না খুদোংথিনিঙাই ওইববা,
ঘ) মদুনা ব্রক্ষ নত্তুগা ব্রক্ষশিংদা অমসুং বোর্দতা কান্নবা ফঙদ্রবদি,

বোর্দনা তাবা য়াথং নত্তুগা প্রস্তাব অদু অমুক হন্না খন্ননবা অমসুং মীয়ামনা য়াবা অমা ওইনবা C E O না অমুক হন্না খন্ননবা পুথোকপা ঙমই।

ব্রক্ষ (অ্যামেণ্ডমেন্ট) এক্ট ১৯৮৪ গী সেক্সন ২১ (ডি) দা পীবিবদি অসিগুম্বা চয়েৎনবা লাক্লবদি Chief Executive Officer না বাজ্য সবকারদা মশাগী য়ানিংদবগী মরম অদু প্রস্তাব অদুগা লোইননা অমুক্তেদা পীখৎপা য়াই। অদুবু অনৌবা ব্রক্ষ এক্ট ১৯৯৫ চৎনবকপদগীদি য়ানিংদবা মবমশিংদু অমুক খন্ননবা Chief Executive Officer না বোর্দতা পুখৎকনি। প্রস্তাব অদু বোর্দনা খন্নববা মতুংদা চুমই হায়না লৌবা তাববদি Chief Executive Officer না বোর্দনা লৌবা ব্রাবেপ অদু ইনগদবনি। করিগুম্বা ব্রাফম অদু বোর্দনা খন্নদ্রবদি Chief Executive Officer না বাজ্য সবকাবদা খন্ননবগীদমক পীখৎপা য়াই। মসিগী মতাংদা বাজ্য সবকারনা পীবা বাইনা অবোইবা ওইগনি।

## বোর্দকী শক্তি অমসুং মথৌ (সেক্সন ৩২)

ব্রক্ষ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ৩২ দা বোর্দ অমগী শক্তি অমসুং মথৌ নিংথিজনা পীবি। রাজ্য অসিদা লিৎখংপা ব্রক্ষ বোর্দনা এক্ট অসিগী মখাদা কল্পশিং শেমদুনা ব্রক্ষ সম্পত্তিশিং য়েংশিনবা য়াই। মসি ব্রক্ষ বোর্দকী মথৌনি মদুদি এক্ট অসিনা পীবা শক্তিশিং শিজিন্নদুনা রাজ্য অসিদা লৈরিবা ব্রক্ষ তৌরবা গোৎশিং শোইদনবা ঙাক শেনবা, মসিদগী লাকপা আই মরম চনা শিজিন্নবা, অতৈ চাদিং য়েংশিনবা, তৌরক্লিবা ব্রক্ষ অদু নিয়ম চুন্না

তৌব্রা হায়বদু য়েংশিনবা বোর্দকী তৌদবা য়াদবা থৌদাংনি। তৌবতবু য়াকিক অদুগী অপান্বা য়েংলগা বোর্দনা থবক পাইখৎকনি।

## বোর্দ অসিনা তৌগদবা মথৌদি –

ক) কান্নবা ফণ্ডলবা ঋক্ফ খুদিংমকী পান্দম, হৌরককম, লাকপা চাগা, মবী লৈনবা রেকোর্দশিং ফজনা থম্নবা।

খ) ঋক্ফ অদু শেম্নদা থমখিবা পান্দম, ঋক্ফগী চাগা, লন-থুম, সম্পত্তি, মফম চানা শিজিন্নবা।

গ) ঋক্ফশিং অসি শাসন তৌনবা লমজিং লমতাকপা।

ঘ) *ঋক্ফগীদমক কবি করি পাইখৎকদগে হায়বদু লেপথোকপা।*

ঙ) অহেনবা ইনকম অদু ঋক্ফ অদুগী পান্দমগা চানবা মওংদা শিজিন্নবা, ঋক্ফগী ইনকম লৈবা অদুবু দলিলগদি চানব্রবা পোৎ মরম চানা শিজিন্নবা অমসুং ঋক্ফগী পান্দম লৈত্রবা, মদুগী কান্নবসু লৌবা ওমব্রবা অদুগুম্বা পোৎশকশিং অদু মুসলিম সম্প্রদায়গী লাইববশিংদা অমসুং লাইরিক-লাইশু তম্বগী মবমদা শিজিন্নবা য়াহল্লি।

তৌবতবু ক্লোজ অসিগী মখাদা শোকহল্লবা পার্টিশিংদা য়াংজৌননা খুদোংচাবা পীবগা মবী লৈনবা তৌগদৌরিবা থবক অদু লেপকনি।

চ) মুতবল্লীনা পীবকপা বজেট, একাউন্ট, অদু বোর্দনা অমুক অচুম-অবান য়েংশিল্লগা সেক্সন ৪৮ গী মখাদা পাস তৌথোকপা।

ছ) এক্ট অসিগী মতুং ইন্না মুতবল্লী থবক্তা হাপ্না অমসুং লৌথোকপা।

জ) ঋক্ফগী মাঙখিবা সম্পত্তি হল্লন্নবা হোৎনবা।

ঝ) ঋক্ফগা মরী লৈননা লাকপা কেসশিং থাবা অমসুং ঙাকথোকপা।

ঞ) এক্ট অসিগী প্রোবিজন্দা বোর্দনা ঋক্ফগী থাংদোক-থাংজিন য়াদবা মালচাং দান তৌবা, য়োনবা, বন্ধান থম্বা, ওয়োক-ওলিন তৌবা অমসুং শানবা ওমই।

তৌবতবু বোর্দ অদুগী মেম্বরশিংগী শরুক অহুম থোকপগী অনিনা অয়াবা পীদ্রবদি অসিগুম্বা মখলগী থবক থৌরম অসি পাঙথোকপা ওমদে।

ট) ৱক্ফগী ফন্দ মরম চানা শিজিন্নবা ।

ঠ) বোর্দনা দরকার ওইবা একাউন্ট ঈ-পাউ পুন্নমক মুতবল্লীনা মতম মতমগী য়ৌহল্লকপা ।

ড) ৱক্ফগী মালচাং সম্পত্তি, একাউন্ট, রেকোর্দ মরী লৈনবা দলিল য়েংশিনবা অসিনচিংবা ।

সুন্নি ৱক্ফগীদি সুন্নি মেম্বরশিংনা বোর্দ অদু তেক্ত-কাইদনবা শিল-লাংগনি অমসুং থবক পুগনি । অদুগা সিয়া ৱক্ফগীদি সিয়া মেম্বরশিংনা থবক পুগনি । মসি নত্তবা বোর্দ অমদা সুন্নি মেম্বর অমসুং সিয়া মেম্বর পুন্না লৈবা ওইববদি মেম্বর অমগা অমগা পুনশিন্নবগা বোর্দ অদুদা থবক তৌমিন্নগনি । মথক্তা পনখ্রিবা অসি নত্তবা অতৈ মরম কয়াদসু বোর্দকী শক্তি য়াম্না লৈবি ।

## রেজিষ্টর তৌবা (সেক্সন ৩৬)

ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ চৎনখ্রিঙৈ মমাংদা ৱক্ফ তৌখিবা অমসুং এক্ট অসি চৎনববা মতুংদা ৱক্ফ তৌবা পুন্নমক বোর্দ ওফিসতা অমুক রেজিষ্টর তৌগদবনি।

বোর্দতা রেজিষ্টর তৌবগী দরখাষ্ট থাবদি মুতবল্লীনা তৌগনি । দরখাষ্ট থাবা অসি ৱাকিফনা নত্রগা মহাক্কী মচা-মশুনা নত্রগা ৱক্ফ অসিদগী কান্নবা ফগুলিবা মীওইশিং নত্রগা ৱক্ফ অদুগী মনুং চন্না লৈবা মুসলিম অমনা থাবা য়াই ।

রেজিষ্টর তৌনবা থাবা দরখাষ্ট অদুদা মখাদা পীবিবা মরমশিং অসি য়াওহনগদবনি ।

১। ৱক্ফগী লন-থুম সম্পত্তি পুন্নমক মশক তাকপা ।

২। অসিগুম্বা সম্পত্তি অসিগী চহিগী চাগা (Income) উৎপা ।

৩। অপুনবা লমগী খাজনা, ৱক্ফগী লন-থুম সম্পত্তিগী চহিগী পীফম থোকপা খাজনা পীথোকপা ।

৪। লাকপা আই অদুদগী চহিগী ওইনা চাদিং তৌখিবা শেনফম উৎপা।

৫। ৱক্ফ অদুগী মখাদা তোঙাননা খাইদোক্নুনা থমগদবা শেনফম, মুতবল্লগী তলব, লম্নাই মীওইদা পীবা শেনফম, ধর্মগা মরী লৈনবা থবক্কী খাইদোক্নবা শেনফম, দানগীদমক খাইদোক্নবা শেনফম অমসুং বোর্দনা চৎকদবা অতৈ নিয়মশিং উৎপা অসিনি ।

অসিগুম্বা দরখাস্ত অসিদা ব্রক্ফগী দলিল (ব্রক্ষনামা) অমা য়াওগদবনি নত্ত্রগা করিগুম্বা দলিল শেমখিবা লৈত্রবা নত্ত্রগা দলিলগী কোপী ফঙবা ঙমদ্রবদি ব্রক্ষ তৌখিবগী মরী, মদুগী শান্দম ফজনা দরখাস্ততা য়াওহনগদবনি।

দরখাস্ত থাবগী মওং মতৌদি Civil Procedure Code, 1908 দা পীবা মতুং ইন্না সহি তৌগনি, ব্রাশকপা য়াওহনগনি। করিগুম্বা বোর্দনা চিংনবা লৈরবদি রেজিষ্টর তৌদ্রিঙেদা থিজিলহৌবা য়াই মদুগীদমক দরখাস্তকারীশিংদা নোটিশ পীগনি অমসুং অচুম-অবানগী ব্রাহং পাউহংগনি।

# লৈহনখিদ্রবা ব্রক্ফগী সম্পত্তিশিং অমুক লৈহনবদা বোর্দকী শক্তি (সেক্সন ৩৯)

হান্না লৈরম্বা ব্রক্ষ অমা লৈহনখিদ্রবা, অদুগুম্বা লৈহনখিদ্রবা ব্রক্ষ অদু ব্রক্ষ এক্ট ১৯৯৫ চংনদ্রিঙে মমাং নত্ত্রগা মতুংদা থোকপা ওইরবসু বোর্দনা মুন্না খল্লগা লৈহনবদা মরম চাই হায়না লৌরবদি চিফ ইজুকেটিব ওফিসারদা মাঙখিবগী মরম থিজিলহন্নগা ব্রক্ফগী সম্পত্তি অমসুং ফন্দ অদু চুন্না লেপকনি।

চিফ ইজুকেটিব ওফিসাবনা থিজিন্নুবগী অকুপ্পা মরোল বোর্দনা ফঙলবা মতুংদা ওর্দব অমা পাস তৌগনি। মদুদা থিজিন্নুবদগী থোংনরকপা সম্পত্তি অমসুং ফন্দ মচা খাইনা উৎকনি। থিজিন্নুবদগী ফঙলকপা সম্পত্তি নত্ত্রগা ফন্দ অদু মফম চানা মান্নবা ব্রক্ফদা শিজিন্নবা নত্ত্রগা মদু শিজিন্নবা দরকার ওইদে নত্ত্রগা শিজিন্নবা য়াদে হায়রগদি সেক্সন ৩২ সব-সেক্সন ২ ক্লোজ E-111 গী মতুং ইন্না লাইবিক তম্লিবা ছাত্রশিং নত্ত্রগা লাইববশিংদা পীথোক্কনি।

মতৌ অদুগুম্না ধর্ম্মগা মরী লৈননা শিজিন্নবা বিলদিং নত্ত্রগা মফম নত্ত্রগা লাইরিক তম্ফম নত্ত্রগা দানগা মরী লৈনবা পুন্নমক ব্রক্ষ এক্ট ১৯৯৫ চংনদ্রিঙে মমাং নত্ত্রগা মতুং ওইরবসু লেপহন্নুরবা, মদু বোর্দনা ব্রক্ফগী সম্পত্তি ওইবদা মরম চাই হায়না থাজরবদি ব্রক্ষ ত্রিবুনেলদা দরখাস্ত অমা থারগা মাঙুরবা লোৎশিং অদু অমুক হঞ্জিলহন্নকপা য়াই। ত্রিবুনেলনা থিজিন্নবা মতুংদা মরম চাদনা অমসুং অয়াবা য়াওদনা দখল তৌদ্রবা সম্পত্তি পুন্নমক অমুক লৌশিন্নবা ওর্দর অমা পাস তৌবা য়াই।

## সম্পত্তি অদুনা ব্রকৃফগী সম্পত্তি ওইরবদি মদুগী ব্রারেপ (সেক্সন ৪০)

সম্পত্তি অমা ব্রক্ফগী ওইব্রা নত্ত্রগা ওইদব্রা হায়বসি বোর্দ মশানা মবী লৈনবা ব্রাফম পুম্মক থিজিনগনি । মদুদা করিগুম্বা সম্পত্তি অদু ব্রক্ফগী সম্পত্তি ওই নত্ত্রগা ওইদে হায়না য়েৎনবা থোক্লবদি নত্ত্রগা ব্রক্ফ অদু সুন্নিগীনি নত্ত্রগা সিয়াগীনি হায়না য়েৎনবা লাক্লবদি থিজিন্নবা মতুংদা ব্রারেপ লৌগনি ।

বোর্দনা লৌখিবা ব্রাবেপ অদু লৌথোকপা নত্ত্রগা শেমদোকপা হায়বসি ত্রিবুনেল নত্তনা ওমদে অদুগা ত্রিবুনেলগী ব্রাবেপ অদুনা অবোইবা ওইগনি ।

সেক্সন ৪০(৩) দা বোর্দ অসিগী ওমখে খবগা হেন্না চাউথোক্লা পীবি । ট্রষ্ট নত্ত্রগা সোসাইতি অমগী সম্পত্তি Indian Trusts Act, 1882 নত্ত্রগা Societies Registration Act 1860 নত্ত্রগা অতোন্না এক্ট অমদা বেজিষ্টর তৌখ্রবা, মদু ব্রক্ফগী সম্পত্তিনি হায়না বোর্দনা থাজববা নত্ত্রগা চুমই হায়না খল্লবদি অদুগুম্বা সম্পত্তি অদু ট্রষ্ট নত্ত্রগা সোসাইতি অদুদা নোটিশ থাদুনা ব্রক্ফ এক্টকী মখাদা বেজিষ্টব তৌহনবা নত্ত্রগা সম্পত্তি অদু ব্রক্ফগী সম্পত্তি ওইনা বেজিষ্টব তৌরোইদবগী মবম পীমু হায়না নোটিশ থাগনি ।

বোর্দনা কুপ্না থিজিন্নবা মতুংদা ট্রষ্ট নত্ত্রগা সোসাইতি অসিবু রেজিষ্টব তৌখিবা ওথোবিটিদা নোটিশ পীগনি । বোর্দনা মসিগী মতাংদা ওর্দব অমা থোক্লনি, মদুনা অবোইবা ওইগনি । অদুম ওইনমক মদুগী শেমদোকপা নত্ত্রগা মুথৎপা মতমদদি ত্রিবুনেলনা পীবা য়াথংনা অবোইবা ওইগনি ।

## এক্ট অসি চৎনদ্রিঙৈ মমাংদা রেজিষ্টর তৌখ্রবা ব্রক্ফশিংসু অমুক হন্না রেজিষ্টর তৌরে হায়না লৌগনি (সেক্সন ৪৩)

এক্ট অসিগী সেক্সন ৪৩ দা পীবগী মতুং ইন্না অনৌবা এক্ট ১৯৯৫ অসি চৎনবা হৌদ্রিঙৈদা আইনগী মখাদা রেজিষ্টর তৌখ্রবা ব্রক্ফশিংসু এক্ট ১৯৯৫ অসিগী মখাদা রেজিষ্টর তৌবে হায়না লৌগনি অমসুং অমুক হন্না রেজিষ্টর তৌবা দরকার ওইদ্রে।

# মুতৱল্লীগী মথৌ (সেক্সন ৫০)

**মুতৱল্লীনা তৌগদবা মথৌ মখাদা পীল্লি –**

(ক) এক্ট অসিগী নত্ত্রগা কল অসিগী নত্ত্রগা ওর্দর অসিগী মখাদা মুতৱল্লীনা বোর্দকী লমজিং মখাদা থবক পাঙথোক্কনি ।

(খ) এক্ট অসিগী প্রোবিজন্দা নত্ত্রগা কলদা নত্ত্রগা ওর্দর মখাদা বোর্দনা মতম মতমগী ওইনা পাম্বা ঈ-পাউ , লাকপা অমসুং চংখিবা চাদিং পুন্নমক উৎকনি ।

(গ) ৱক্‌ফগী সম্পত্তি, একাউন্ট নত্ত্রগা বেকোর্দশিং নত্ত্রগা দলিল অমসুং মবী লৈনবা চেশিং য়েংবা য়াহনগনি ।

(ঘ) লৈবাক মীয়ামগী পীফম থোকপশিং (খাজনানচিংবা) পীথোকপা অমসুং থাদোকখিবা অসিনি ।

(ঙ) এক্ট অসিগী মখাদা দবকাব ওইবা আইননা য়াবা অতে থবকশিং তৌবা ঙমহল্লি ।

ইসলামগী ওইবা ৱক্‌ফগী আইন মখাদা মুতৱল্লী অসি য়াম্না মক ওইবা অমনি । মহাকসি মেনেজরনি অমসুং ৱক্‌ফগী সম্পত্তি শেন্নবা মীনি । মহাকসি ৱক্‌ফগী লমজিং মখাদা থবক তৌই লোইননা অশুমলসু পী । কবিগুম্না ৱক্‌ফগী সম্পত্তি অমা মাঙতাকনিঙাই ওইবক্কদবা মতমদা মশাগী লৌশিং জ্ঞানদা পোৎশক অদু মাঙদনবা হোৎনবা মহাক্কী মথৌনি ।

মথক্কী ৱাফম অসিগা লোইননা মুতৱল্লী অমনা তৌবা য়াদবা থবক ময়াম অমসু লৈবি (সেক্সন ৫১)। ৱক্‌ফগী সম্পত্তি খুদোল তৌথোকপা, য়োছোকপা, ওন্থেক্লবা নত্ত্রগা বন্ধান থম্বা য়াদে । বোর্দকী অয়াবা য়াওদনা শেল পুবা নত্ত্রগা শেল পীথোকপা য়াদে । মথক্কী ৱাফমশিংসি ইন্দবা মুতৱল্লীশিংদি য়াম্না শাথিবা দণ্ড সেক্সন ৬১ গী মখাদা ফঙবা য়াই । ৱক্‌ফ এক্ট ১৯৯৫ চংনরবা মতুংদদি থা তরুক জেল পীবা য়াই লোইননা লুপা লিশিং তবামঙা ফাইন লৌবা য়াই [ সেক্সন ৬১(২) (বি) ] ।

# ব্রকৃফগী সম্পত্তি লান্না লৌশিল্লুবা হন্দোকপা

## (সেক্সন ৫৪)

ব্রকৃফগী সম্পত্তি অমা মদু লম, বিলদিং, অহাংবা মফম নত্রগা অতোপ-অতোপ্পা পোৎ এক্ট অসিগী মখাদা বেজিষ্টব তৌদুনা ব্রকৃফগী সম্পত্তি ওইববা পোৎ, নিয়ম নত্তনা লৌশিনখ্রে হায়না মীয়ামদগী ব্রাকৎ লাক্লবা নত্রগা চিফ ইজুকেটিব মশা মতোমতগী ব্রাখন্না ওইববসু লম লৌশিনখিবা মীদা লৌশিল্লুবিবা অদু অমুক লৌথোক্লবা অমসুং দবকাব লৈবা ওর্দব থোক্লোইদবগী মবম পীনবা অকক্লবা তাবিখকা লোইননা নোটিশ থাগনি। নোটিশ অদুগী কোপী অমা মুতবল্লীদা যৌহনগনি।

নোটিশ অদু থাবা মতমদা সব-সেক্সন (১) গী মখাদা পীফম থোকপা নিয়ম শুনা য়াওহনগদবনি।

অকক্লবা তাবিখকী মনুংদা পীবকপা আপত্তি (য়েৎপা) অদু খন্নববা অমসুং কুপা য়েংশিল্লবা মতুংদা লৌশিল্লুবা সম্পত্তি অদু ব্রকৃফগী সম্পত্তিনি হায়না চিফ ইজুকেটিব ওফিসাবনা লৌববদি মহাক মশানা ওর্দব অমা থোক্লুনা অমুক লৌথোক্লগা লম, বিলদিং, অহাংবা মফম নত্রগা অতৈ সম্পত্তি পুম্নমক মুতবল্লীদা য়েংশিন্নবা শিন্নবা ঙমই।

চিফ ইজুকেটিব ওফিসাবগী ওর্দব অসিনা কনাগুম্বগী ফংফম থোকপা অধিকাব মাঙহল্লে হায়না দাবী তৌবক্লবদি সম্পত্তি অদু ফংননবা ত্রিবুনেলদা কেস তৌগদবনি তৌবতবু হায়বিবা কেস অসি লেসি, লাইসেন্সি নত্রগা বন্ধান লৌবিবা ব্রকৃফগী মুতবল্লীনা নত্রগা মহাক্লা য়াথং পীবা (Authorised তৌবা) অতোপ্পা মীওইনা কেস থাবা যাদে।

# সেক্সন ৫৪ গী মখাদা তাবা হুকুম চৎনহনবা

## (সেক্সন ৫৫)

সেক্সন ৫৪ সব ক্লোজ ৩ গী মখাদা মপূগী অয়াবা য়াওদনা দখল তৌগ্রবা লম নত্রগা পোৎ-চৈ অদু লৌথোক্লবা তাখিবা হুকুম অদু চৎনহনবা ঙমদ্রবা অমসুং লৌশিনখিবা মী অদু তাম্থোকপা ঙমদ্রবদি চিফ ইজুকেটিব ওফিসাবনা মবী লৈনবা Sub-Divisional Magistrate তা ব্রাকৎ চে পীদুনা দখল তৌগ্রবা লম, বিলদিং, অহাংবা মফম নত্রগা অতৈ সম্পত্তি পুম্নমক থাদোক্লবা লান্না লৌশিনখিবা খুদিংমক্তা ওর্দব পীগনি অমসুং মথক্কী সম্পত্তি পুম্নমক মবী লৈনবা মুতবল্লীদা শিন্নগনি। থবক অসি পাঙথোক্লবা হোৎনবদা ইন্দবা,

থাদোকউ য়াদবা য়াওহল্লবদি মদু তাহ্লোকখিনবগীদমক দবকারগী মতুং ইন্না পুলিসকী মতেং লৌবা য়াই ।

## মুতরল্লী ফমদগী লৌথোকপা (সেক্সন ৬৪)

ব্রক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ৬৪ দা মুতবল্লী অমা ফমদগী লৌথোকপগী মবম পীবি । কবি কবন্থা মবমদা মুতরল্লী অমা লৌথোকপা য়াবগে হায়বদু মখাদা পীবি ।

১। সেক্সন ৬১ গী মখাদা মবাল লৈ হায়দুনা ফাদোক পীকব্বা,নত্ত্রগা

২। পুকচেল শেংদবা, আইন কাইকবগীদমক ফাদোক তাকব্বা নত্ত্রগা ফজদবা লিচং-শাজংকীদমক মবাল লৈববা অমসুং মদুগুম্বা মবাল অদু হোংদোক্কবা অমসুং মবাল অদুগা লোইননা মপূং ফানা ঙাকপীদ্রবা,নত্ত্রগা

৩। ব্রাখল চোইবা মী ওইববা নত্ত্রগা ব্রাখলগী লাইনা নত্ত্রগা হকচাংদা লাইনা চেল্লবা নত্ত্রগা মুতরল্লীগী মথৌ তৌবদা মতিক চাদ্রবা নত্ত্রগা লন্দোন শিংদোকপা ঙমদবা ওইববা, নত্ত্রগা

৪। য়ু শিজিন্নবগী প্রমাণ ফঙলবা নত্ত্রগা দ্রগ চাবা, কাপ্পা মী ওইববা, নত্ত্রগা

৫। লিগেল প্রেকটিসনাব ওইনা থবক তৌবা মী ওইববা, মহাক ব্রক্ফগীদমক নত্ত্রগা ব্রক্ফগী মায়োক্তা থবক তৌবা ওইববা, নত্ত্রগা

৬। চহি অনি থংন-থংননা হিসাব পীখৎলকত্রবা, নত্ত্রগা

৭। অতোপ্পা থবক্তা হকথেংননা থব্রাই য়াওশিনখিবা, নত্ত্রগা

৮। মশানা তৌবিবা থবক্তা থৌশাবক্তবা, মদুনা থাজবা মাঙহল্লকপা, নত্ত্রগা

৯। ব্রক্ফগী সম্পত্তি লান্না শিজিন্নথোক্লবা নত্ত্রা শেল লান্না শিজিন্নকববা, নত্ত্রগা

১০। কেন্দ্রা সবকাব, রাজ্য সবকাব অমসুং বোর্দনা এক্ট নত্ত্রগা রুল নত্ত্রগা মসিগী মখাদা থোকপা য়াথং তৌগে হায়বা অমগা লোইননা ইন্দ্রবদি মহাকপু লৌথোকপা ঙমই ।

মীওই অমবু মুতরল্লী ফমদগী লৌথোকপদা মশাগী ওইনা মাঙনিঙাই ওইবা কবিসু লৈতে । ব্রক্ফগী লন-থুম, সম্পত্তিসু মাঙনিঙাই ওইদে ।

বোর্দকী মেম্বর শরক অহুম থোকপগী অনিনা য়াদুনা লৌথোকখ্রবা অমা বোর্দনা করিগুম্বা মখলগী থবক অমত্তা মথেন্দা লৌখৎলোইদবনি, মহাক্কী মথক্তা থিজিন-হৃমজিনবা তৌবা নত্তনা।

করিগুম্বা মুতবল্লী অমা ফমদগী লৌথোকখিবদু মশানা য়ানিংদবা লৈববদি মদু থা অমগী মনুংদা ত্রিবুনেলদা ব্রাকং থাজংকদবনি। অদুগা ত্রিবুনেলনা লেপ্পা বাইঅদুনা অবোইবা ওইগদবনি।

থিজিন-হৃমজিনবগী থবক অদু তৌবিঙে মতমদা বোর্দনা মুতবল্লী অদু থবক তৌহন্দনা থম্বা চুমই হায়না লৌরবদি থিজিনবা অদু লোইদ্রিবা ফাওবা থবক তৌহন্দনা থম্বা ঙমই, তৌবতবু মহাকপু থবক লেপহনবদু নুমিৎ তবানিদগী হেল্লোইদবনি। মুতবল্লীদা খুদোংচাবা পীদুনা থবক অদু থুনা লোইশিনগদবনি।

সব-সেক্সন (১) গী মখাদা ফমদগী লৌথোকখ্রবা মুতবল্লী অমদা মহাক্না পাইবম্বা ব্রক্ফগী সম্পত্তি, লন-থুম বোর্দতা শিন্নৌ হায়না ওর্দর অমা থোকপা য়াই। সেক্সন অসিগী মখাদা ফমদগী লৌথোকখ্রবা মুতবল্লী অমবু লৌথোকখিবা নুমিৎতগী চহি ৫ শুদ্রিবা ফাওবা অমুক হন্না ফম অসিদা হাপ্পা য়াদে।

## বোর্দতা পীগদবা চহিগী শেনফম (সেক্সন ৭২)

ব্রক্ফগী মুতবল্লী খুদিংমক্না চহিগী কাবকপা ব্রক্ফগী চাগা (Income) লুপা লিশিং মঙাদগী তাদ্রবদি লাকলিবা শেনফম অদুদগী চহিগী ওইনা চাদা ৭ তগী তাদনা বোর্দতা পীগদবনি। অদুবু চহিগী চাগা হায়বসিদা খাইদোকখিগদবা কয়া অমসু লৈবি। মদুগী মনুংদা পনবা য়াবদি সবকাবদা পীগদবা লমগী খাজনা, অতে লৌফম থোকপা টেক্স, লাইসেন্স ফি, লৌউ-শিংউবদা চংবা খবচ, ঈশিং পীবা অমসুং লৌ খোইবা, হাব, মক-মবাং লৌউ-শিংউবদা চংবা খুৎলাইশিং, শা-ষণ অসিনচিংবনি। অদুবু শিজিন্নখিবা, খবচ তৌখিবা পুম্ন মক লাকলিবা চাগা অদুগী চাদা ১০ দগী হেল্লোইদবনি।

বোর্দনা কবিগুম্বা মতমদা মসজিদকী, অনথ আশ্রমগী নত্তগা অকক্নবা ব্রক্ফ অমগী পীকম থোকপা শেনফম হায়বদি চাদা তবেৎ অদু হন্থনা লৌবা নত্তগা ক্ষোকপীবা ঙমই।

## Tribunal লিঙ্খৎপা (সেক্সন ৮৩)

রাজ্য সৰকাৰনা ওফিসকী গেজেটতা নোটিশ থোক্লগা দৰকাৰগী মতুং ইন্না ট্রিবুনেলশিং লিঙ্খৎপা য়াই । এক্ট অসিগী মখাদা খৎন-চৈনবা, ৱক্ফগা মরী লৈনবা ৱাফম নত্ত্রগা ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং লেপথোকপদা ট্রিবুনেল অদুগী এলাকা (ঙমখৈ) মনুংদা লোইশিনবা য়াই ।

এক্ট নত্ত্রগা মসিগী মখাদা শেম্না কলশিং অসিগী হুকুম অমনা কনাগুম্বগী লন-থুম সম্পত্তি মাঙহল্লবদি মুতৱল্লীনা, ৱক্ফদা থৱাই য়াওবা মীনা নত্ত্রগা মশাগী লন-থুম মাঙলবা মীনা এক্ট অসিনা পীবা মতমগী মনুংদা ট্রিবুনেলদা দৰখাষ্ট থাবা য়াই । ৱক্ফগা মরী লৈনবা মৰমশিংদা খৎন-চৈনবা, ৱাহং পাউহং তৌনবা পুম্নমক ট্রিবুনেলনা লেপকনি ।

ৱক্ফগা মৰী লৈনবা দৰখাষ্ট থাবকপা মতমদা ট্রিবুনেল অনি নত্ত্রগা অহুম মফম অমদা লৈবা তাববদি ম্বাইদগী নকপা ৱক্ফ অদু কোল্লিবা ট্রিবুনেল অদুদা কেস চৎথগনি । এলাকা (ঙমখৈ) লান্না দৰখাষ্ট থাকববদি মদু চৎনবোই । অদুবু বাজ্য সৰকাৰনা ৱক্ফগীদমক খল্লগা, ৱক্ফদা থৱাই য়াওবা মীওইশিংগী য়েংলগা লান্না থাকবা দৰখাষ্ট অদু ৱক্ফ অদু কোল্লিবা ট্রিবুনেলদা অমুক শিন্নথোকপা ঙমই ।

ট্রিবুনেল খুদিংদা মেম্বৰ অমমম লৈগনি । মখোয়শিংসি State Judicial Service তগী লাকপা District, Sessions নত্ত্রগা Civil Judge Class I গী Rank দগী তাদবা ওইগদবনি । Appointment অদু মশাগী মিংদা নত্ত্রগা পাইবিবা ফম অদুদা য়ুম্ফম ওইবগা হাপ্লা য়াই ।

Decree অমা পীবা, কেস অমা তৌবা নত্ত্রগা হুকুম অমা চৎনহনবদা Code of Civil Procedure,1908 কী মখাদা Civil Court না শিজিন্নবা শক্তিশিং ট্রিবুনেলদসু চৎনগনি । ট্রিবুনেলবু Civil Court ওইনা লৌগনি অমসুং Code of Civil Procedure দা য়াওবিবশিং অদু কাইদনা অদুমক চৎনগনি ।

ট্রিবুনেলনা তাবা বাই অদুনা খৎনবিবা কাংবু অনিগী ফাইনেল বাই ওইগনি । Civil Court না পীবা Decree গুম্না মপাঙ্গল লৈগনি । বাই অদুগী মথক্তা Appeal তৌবা য়াদে । অদুম ওইনমক বোর্দনা, মশাগী সম্পত্তি শোক্লবা মী অমনা থাবকপা দৰখাষ্ট High Court না বেকোর্দ কৌগনি । খৎনবগী মৰম অমসুং অতৈ মৰী লৈনবশিং কুপ্না

য়েংশিন্নগা মবম চান্নবদি ত্রিবুনেললনা তাখিবা রাই অদু শেমদোকপা, ওহোকপা নত্ত্রগা বাই অদু চুমই হায়না হায় কোর্টনা লেপ্পা ওমই ।

## বোর্দপু থবক চংথহন্দবগী শক্তি (সেক্সন ৯৯)

কবিগুম্বা বাজ্য সবকাবনা বোর্দ অসি থবক তৌবা ঙমদ্রে হায়না থাজবা লৈববদি নত্ত্রগা মঙোন্দা পীবা মথৌ ফজনা তৌবা ঙমদ্রে হায়না খল্লবদি নত্ত্রগা বোর্দতা শিন্নবা শক্তি লায়া শিজিন্নবে হায়না খল্লবদি নত্ত্রগা মবম চাদনা অমসুং তৌগে হায়বগা লোইননা তৌবা সেক্সন ৯৬ তা কেন্দ্র সবকাবনা চংলু হায়না তকপা মতুং ইন্না চত্ত্রবা নত্ত্রগা চহিগী পীখৎলকপা রিপোর্ট চেক তৌবগা বোর্দ অসি অদুমক লৈহনবদা ঋক্ষগীদমক য়াম্না অকাইবা ওইবে হায়না বাজ্য সবকাবনা লৌববদি সবকাবগী ওফিস গেজেটতা নোটিশ থোক্লগা বোর্দ অসি থা তরুক ফাওবা থবক চংথহন্দবা ঙমই ।

তৌবতবু নোটিশ থোকত্রিঙৈ মমাংদা বাজ্য সবকাবনা বোর্দ অসি মুথৎলোইদবগী মবম পীয়ু হায়না মতম পীগনি অমসুং বোর্দনা পীবকপা পাউখুম খন্নবিয়ু হায়বকপা, অয়েংপা পীবকপা পুন্নমক খন্নগনি ।

## মরিশুবা তান্নক

# ৱক্ফ বোর্দ মণিপুর

**-শন্নপ্পা ৱারী-**

ভাবতকী মফম অয়াম্বদা ৱক্ফ এক্ট চংনবা হৌদ্রবসু মণিপুরদদি এক্ট অসি চংনবা হৌবা ইকুই কুইদ্রি। ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ অসি ফেব্রুৱাবী ২, ১৯৮৭ ইংদা ইহান হানবা ওইনা মণিপুবদা চংনবা হৌখি। ৱক্ফ বোর্দ মণিপুব অসি ইহান হান্না শেম্না (লিম্মৎপা) হৌখিবদি ১৯৮৮ ইংগী মে থাদনি। বোর্দ অসি মণিপুবদা লৈবকখিবসি মণিপুবগী শক্লাইববা মুসলিম এম এল এ খবগী থৌবাংদগীনি। বোর্দ অসিগী লৈফম থোকপা মেম্বরদি তবামাথোইনি অদুবু হৌজিক ফাওবদি বোর্দ অসিদা মেম্বব মশীং শুনা লৈত্রি। মেম্ববশিংগী মবক্তগী চিবয়পার্শন খন্নি। চিবয়পার্শননা বোর্দ অসিগী থবক থৌবম য়েংশিন্নি। হৌজিক ফাওবদা Chief Executive Officer অমা য়াওনা ষ্টাফ অহুম লৈ।

হীবম খুদিংদা শোথদুনা লৈববা লমদম অসিগী মুসলিম প্রজাশিংগীদমক্তদি ৱক্ফ বোর্দ অমা লৈবকপা হায়বসি য়াম্না লাইবক ফবনি। মীগা মীমান্নবা ঙমদ্রবা শেল-থুমদা, য়ুমলৈ-কৈবৈদা, য়েংউ য়েংউবা খুদিংদা অৱাৎপগী অৱাংপা ঙাক্তা পীক থন্না লৈববা মুসলিম সমাজ অসিদা ৱক্ফ বোর্দনা পীগদবা শেলগী মতেং অমসুং অতৈ মবী লৈনবা বোর্দতগী লৌবা য়াবা পুম্নমক মবম চানা শিজিন্নবা অমসুং কান্নবদু মাঙহন্দ্রবা মতমদা ৱক্ফ বোর্দ অমসুং মুসলিম প্রজা পুন্না হিংমিন্নবা ঙমগনি।

বোর্দ অসি মণিপুব সবকাবনসু শকখঙলবা অমনি। বোর্দ অসিনা চাউখৎ-থৌবাংদা শিজিন্নগদবা শেলগী মতেং মণিপুব সরকাবদগী চহি খুদিংগী কাইদনা ফঙলি। বোর্দ অসিগী ওফিস ওইনবা লম মণিপুর সরকারনা মিনুথোং হফিজ হত্তাদা পীরে। অদুবু

লাইবক থিবদি চয়েৎনবা কয়া লাকপনা কোর্টতা কেস চথদুনা লৈবদগী মশাগী ওইবা ওফিস লৈত্রি।

**বোর্দ অসিনা পাইখৎলিবা থবকশিংগী মনুংদা পনবা য়াবা থরদি —**

১। ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং সর্বে তৌবা,
২। ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং রেজিষ্টৱ তৌবা,
৩। ছাত্রশিংদা শেলগী মতেং পীবা,
৪। রেজিষ্টর তৌববা ৱক্ফশিংদা শেলগী মতেং পীবা,
৫। লাইববা অমসুং পীদৎ-পাদৎপা নুপীশিংদা শেলগী মতেং পীবা,
৬। লাইব্রেরী চাউখৎহনবা
৭। টেকনিকেল ট্রেদতা শেম্পুং পীবা,
৮। বোকেসেনেল ট্রেদতা শেম্পুং পীদুনা চাউখৎহনবা অমসুং
৯। লোন পীদুনা টাউন অমসুং খুঙ্গংদা লৈবা ৱক্ফ চাউখৎহনবা অসিনচিংবনি।

বোর্দ অসিদা রেজিষ্টৱ তৌববা ৱক্ফশিং অয়াম্বনা টাউনদগী লাপথোক্লা লৈবা মফমশিংদগী ওইনা তৌই। টাউন এরিয়াদগী য়াওদবদি নত্তে। ৱক্ফ বোর্দতা রেজিষ্টৱ তৌববা অয়াম্বা শেম্থোক লৈতবা ঙাক্তা ওইনা তৌই। ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী সেক্সন ৭২ গী মখাদা পীফম থোকপা চাদা ৭ (তবেৎ) বোর্দতা পীগদবদু পীবা ঙমদবনা অয়াম্বনি।

বোর্দ অসিগী থবক থৌবমদা চংবা শেনফম পুম্নমক মীয়ামনা দান তৌবকপা, সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলনা পীবকপা অমসুং ষ্টেট গভর্ণমেন্টনা পীবা শেম্পুংনা বোর্দ অসি হিংহনবনি। বোর্দ অসিনা শিজিন্নগদবা পীফম থোকপা শেম্পুং মণিপুর সরকারদগী চহি খুদিংগী কাইদনা ফংলি। হৌখিবা চহি ১৯৯১ দগী হৌবগা ১৯৯৮-৯৯ ফাওবদা ষ্টেট গভর্ণমেন্টনা ৱক্ফ বোর্দতা পীবা শেম্পুং মখাদা উৎলি[1]।

| <u>চহি</u> | | <u>পীখিবা ফন্দগী চাং</u> | |
|---|---|---|---|
| ১৯৯১-৯২ | — | লুপা | ৫০,০০০ ০০ |
| ১৯৯২-৯৩ | — | লুপা | ৫০,০০০ ০০ |

1 Wakf Welfare activities - Published by Wakf Board, Manipur (1999) at P 3

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১৯৯৩-৯৪ | — | লুপা | ৫০,০০০.০০ |
| ১৯৯৪-৯৫ | — | লুপা | ৫০,০০০.০০ |
| ১৯৯৫-৯৬ | — | লুপা | ১,২০,০০০.০০ |
| ১৯৯৬-৯৭ | — | লুপা | ৩,০০,০০০.০০ |
| ১৯৯৭-৯৮ | — | লুপা | ৩,০০,০০০ ০০ |
| ১৯৯৮-৯৯ | — | লুপা | ৩,০০,০০০.০০ |

সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিল নই দিল্লিনা মতম মতমগী ওইনা ৱক্ফ বোর্দ মণিপুরদা শেন্থুং পীবি। লাইবিক-লাইশু তন্নিবা ছাত্র-ছাত্রীশিংদা মক ওইনা ক্লাস IX দগী XII ফাওবদা স্কোলারশিপ পীবা, টেকনিকেল ডিপ্লোমা কোর্স ITI য়াওনা অমসুং মদ্রাসাদা লাইবিক তম্বা য়াওনা চহি খুদিংগী কান্নবা ফগুহল্লি। ইংশোক ১৯৯২ দগী ১৯৯৮-৯৯ ফাওবদা সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলনা পীবকখিবা শেন্থুং মখাদা পীবি [2]।

| চহি | | পীরকখিবা ফন্দগী চাং | |
|---|---|---|---|
| ১৯৯২-৯৩ | — | লুপা | ১০,০০০ ০০ |
| ১৯৯৩-৯৪ | — | লুপা | ৫,০০০.০০ |
| ১৯৯৪-৯৫ | — | লুপা | ১৫,০০০ ০০ |
| ১৯৯৫-৯৬ | — | লুপা | ---------- |
| ১৯৯৬-৯৭ | — | লুপা | ১০,০০০ ০০ |
| ১৯৯৭-৯৮ | — | লুপা | ২০,০০০ ০০ |
| ১৯৯৮-৯৯ | — | লুপা | ৩০,০০০.০০ |

অতৈ অতৈ স্কিম হায়বদি বোকেসনেল কোর্স, টেকনিকেল ট্রেদ কোর্স অমসুং লাইব্রেরীগীদমক্তদি সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলনা পীবকপা শেনফম অদু ফগুলিবা মীশক অদুদা কাউন্সিলনা অদুমক পীখি, তৌবতবু ৱক্ফ বোর্দতা হান্না খগুহল্লকই।

বোর্দ অসি লৈববা মতুং ইহান হানবা ওইনা মণিপুর সরকারনা ৱক্ফ এক্ট ১৯৫৪ গী মখাদা সর্বে কমিশনর অমা হাপ্তুনা মনিপুরদা ৱক্ফগী ওইবা সম্পত্তি কয়াম লৈবগে হায়না থিজিন-হৃমজিনবগী থবক তৌরে। সর্বে কমিশনরগী রিপোর্টতা ৱক্ফগী সম্পত্তি ৪৬৩ লৈ হায়না পীখৎলকখি।

2 Wakf Welfare activities - Published by Wakf Board, Manipur (1999) at P 3

১৯৯৯ দা পীখিবা চহিগী ওইবা বোর্দ অসিগী রিপোর্টতা পল্লিবদি মণিপুর সবকাবনসু ৱক্ফগা মরী লৈনবা কেসশিং লাকপদা ৱায়েন্নবগীদমক ৱক্ফ এক্ট ১৯৯৫ গী মখাদা ৱক্ফ ত্রিবুনেল অমা লিংখৎলে। মদুগী প্রিসাইদিং ওফিসাবনা Manipur Judicial Service Grade - I না ওইগনি [3]। অদুবু ঙসি ফাওবা ৱক্ফ ত্রিবুনেল অসি থবক তৌবে হায়বগী ৱাফমদি লৈত্রি।

বোর্দ অসিনা থবক তৌবকপা চাউবাক্লা চহি ১৪ মপূং ফাবে। বোর্দ অসিদা রেজিষ্টর তৌববা মতমদা তোঙান-তোঙান লৈগদবা পোৎশক অপুনবা ওইনা লৈবা থেংনৈ। খুদম ওইনা মসজিদকা মদ্রাসাগা পুনশিনবা, মসজিদকা কববষ্টানগা পুনশিনবা য়াওদবা নত্তে। অসিগুম্বা পোৎশক অসি তোখায়না মশক তাকপদা ৱানা থোকই।

মণিপুরদা ৱক্ফ বোর্দ লৈবকপদগী প্রজাশিংনা কদায় ফাওবা কান্নবা ফঙখ্রবগে অমুক য়েংবা য়াই। সেন্ট্রেল ৱক্ফ কাউন্সিলগী মখাদা পীবা শেল্ফং ত্রেদ অমসুং অতৈ বে।কেসনেল ট্রেনিং লমদম অসিগী মুসলিম প্রজাশিংদা কদায ফাওবা কান্নবা ফঙহল্লবগে ? ছাত্রশিংদা স্কোলরশিপ পীবা, অহল ওইববী কনা লৈজদ্রবী নুপীশিংদা শেলগী মতেং পীবা অসিনদি ওইবা য়াদ্রি। মবমবু চাবরদি কাউন্সিলনা শেল চাউনা পীনিংদবা লৈতে। লুবিবদি লমদমসিগী মীওইশিংনা শেল লৌখ্রগা শিঙ্গৎপগী হৈনবী যাম্না ৱাৎপা অসিনি। কাউন্সিলনা পীবা খুদোংচাবা লৌবা য়াবা কয়া মণিপুগবদা ইলৈ লৈতে।

ৱক্ফগী কান্নবা প্রজাশিংনা ইখং-খঙদে। চুম্নগী ৱক্ফ ওফিস অমা লৈ হায়বা ফাওবা খঙদবা য়াওবি। ৱক্ফ হায়বসি কবিনো ? মসিনা তৌগদবা থবক্লা কবি কবিনো হায়বসি ক্লব, ওর্গনাইজেসন য়াওনা ফ্রি মেডিকেল কেম্প পাংথোক্লগা ৱক্ফগী মবমদা লেকচব পীদুনা ভাব তাহনবসু য়াই। পঞ্জাব অমসুং কবনাটকাদা ৱক্ফগী থৌদাং চাউনা লৈখ্রবসু মণিপুবদদি মমিংতগী ওইবনি। মশ্যাগী ওইবা শেল অমসুং শেম্লোক লৈজদে।

বোর্দ অসিদা বেজিষ্টব তৌববা ৱক্ফ মশীং পুন্না ২৯০ শুবে। মসি ইংশোক ২০০০ গী ডিসেম্বব ফাওবদা ৱক্ফ বোর্দতা বেজিষ্টব তৌববা অদুনি। মসিদা মসজিদ, মদ্রাসা, কববষ্টান, ইদগাহ, লাইব্রেবী অমসুং ওর্গনাইজেসন অসিনচিংবা য়াওবি।

বোর্দ অসি খবগা হেন্না মপাঙ্গল লৈবা অমসুং থবক তৌবা ঙম্বা অমা ওইহনবা হায়বসি মুসলিম প্রজাগী মখুত্তা লৈবে।

3 Wakf Welfare Activities — Published by Wakf Board, Manipur (1999) at P 7

এপ্পেন্দিক্স – I

## ৱক্ফ বোর্দ মণিপুরদা রেজিষ্টর তৌরবা ৱক্ফগী সম্পত্তিশিং

### ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট

| নম্বর | ৱক্ফ তৌবরা পোৎকী মমিং | লিঙ্খৎখিবা চহি | লৈফম | খুল নং | পাত্তা/দাগ নং | এরিয়া |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ১ | উসমানিয়া মসজিদ | ১৮৯৭ | কৈথু, ইম্ফাল | ৩০ | ১১৭০ | ২০ একর |
| ২ | ফিরদৌস মসজিদ | ১৯৩৬ | কৈথু অৱাং লৈকাই | ৩০ | ৩৯৪/১১২৭ | .২৫ একর |
| ৩ | খুংলৈবম কবরস্থান | ১৯০৮ | কৈথু অৱাং লৈকাই | ৩০ | ১৫৯ | .৬১ একর |
| ৪ | সনাউল্লা হাজী কবরস্থান | ১৮৮৬ | কৈথু | ৩০ | ১১৫৪ | .৫৪ একর |
| ৫ | খেরগাও খুল্লাকপম কবরস্থান | ১৯১০ | খেরগাও | ৩০ | ৬৩ | .৩১ একর |
| ৬ | কৈথু খুল্লাকপম মসজিদ অমসুং কবরস্থান | ১৮৭০ | কৈথু | ৩০ | ১১৯৩ | .৬৫ একর |
| ৭ | খেরগাও অৱাং লৈকাই বাসে মসজিদ | ১৯২৬ | খেরগাও অৱাং লৈকাই | ৩০ | ৩৫৮/২২০ | .০৫ একর |
| ৮ | খেরগাও মখা লৈকাই হাজী মুহম্মদ অলী কবরস্থান | ১৯৩০ | খেরগাও মখা লৈকাই | ৩০ | ২৬৮/১০০২ | ১০ একর |
| ৯ | খেত্রি বেঙ্গুন লৈমচীং কবরস্থান | ১৯৫০ | খেত্রি বেঙ্গুন | ৪০ | ১১৩৬ | ১২ ১৭ একর |
| ১০ | খেত্রি অৱাং লৈকাই কবরস্থান | ১৯৫০ | খেত্রি অৱাং লৈকাই | ৩০ | ৮২ | ৩ ৮০ একর |
| ১১ | কৈথু মখা লৈকাই সুলৈমান কবরস্থান | ১৮৯১ | কৈথু মখা লৈকাই | ৩০ | ১১৩৪ | ১৩ একর |
| ১২ | খেত্রি অৱাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৪০ | খেত্রি অৱাং লৈকাই | ৩০ | ২৮ | ০৮ একর |

## ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১৩ | খোমিদোক মংলেন কবরষ্টান | ১৯১৮ | খোমিদোক | ১৪ | ১৬৭ | ১ ৩৮ একর |
| ১৪ | ফয়াজরালী মসজিদ অমসুং কবরষ্টান | ১৯২৮ | খেবগাও শাবল লৈকাই | ৩০ | ২৩২/১১৮ | ৩১ একর |
| ১৫ | খোমিদোক কাবোং মসজিদ | ১৯৫০ | খোমিদোক কাবোং | ১৪ | ১০/১৫৩ | ১৪ একর |
| ১৬ | খোমিদোক সম্বাবুং মসজিদ অমসুং মদ্রাসা ইসলামিয়া | ১৯৫৭ | খোমিদোক সম্বাবুং | ১৪ | ৯৭/১০৩ | ৬২ একর |
| ১৭ | ইপুম লৈকাই মসজিদ অমসুং কবরষ্টান | ১৯৬৫ | ইপুম লৈকাই, হৈঙাং | ১৪ | ২২০ | ১৫ একর |
| ১৮ | মদ্রাসা অজিজিয়া | ১৯৮২ | খোমিদোক | ১৪ | ২৩৪/২৯০ | ১০ একর |
| ১৯ | উকপ খুনৌ মসজিদ | ১৯৮০ | উকপ | ৪৯ | ৩৫৬/২৩০ | ২০ একর |
| ২০ | মুঃ জমাল উসুফ কোনা মসজিদ | ১৯৩০ | উকপ | ৪৯ | ৪২৪/১০০ | ০৪ একর |
| ২১ | কৈবাও মক্তিং কবরষ্টান | ১৬৯২ | কৈবাও মক্তিং | ৪৮ | ১৬৬ | ৯২ একর |
| ২২ | ওল উকপ কবরষ্টান | ১৯৩০ | উকপ | ৪৯ | ---- | ৪ ৯৬ একর |
| ২৩ | কৈবাও মক্তিং ইদগাহ | ১৬৯২ | কৈবাও মক্তিং | ৪৮ | ১৬৬ | ৫৮ একর |
| ২৪ | কৈবাও মখা লৈকাই মসজিদ (নিউ) | ১৯৮৮ | কৈবাও মখা লৈকাই | ৪৮ | ২৩৭/১১৪১ | ০৫ একর |
| ২৫ | কৈবাও মক্তিং ময়ায় লৈকাই মসজিদ | ১৯৮০ | কৈবাও মক্তিং ময়ায় লৈকাই | ৪৮ | ৪০/১৬৬ | ১৫ একর |
| ২৬ | কৈবাও মক্তিং শাবল লৈকাই মসজিদ | ১৯৯২ | কৈবাও শাবল লৈকাই | ৪৮ | ২৬০ | .০৯ একর |
| ২৭ | কৈবাও মক্তিং ময়ায় লৈকাই মসজিদ | ১৭৯২ | কৈবাও মক্তিং ময়ায় লৈকাই | ৪৮ | ৫৪/৭০ | ১০ একর |
| ২৮ | কৈবাও মক্তিং মখা লৈকাই মসজিদ | ১৯৪৭ | কৈবাও মক্তিং মখা লৈকাই | ৪৮ | ৯৪/১১৯৫ | ১৫ একর |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ২৯ | উকপ খুনৌ অৱাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৭৮ | উকপ খুনৌ | ৪৯ | ৬৫৫/৪২ | .১২ একব |
| ৩০ | ক্যামগৈ মুসলিম মমাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৯২ | ক্যামগৈ মুসলিম মমাং লৈকাই | ৪৯ | ৫৮৬/৫৪ | ১২ একব |
| ৩১ | ক্যামগৈ তাখোক মখা মসজিদ | ১৯৭০ | ক্যামগৈ তাখোক মখা | ৫৪ | ৪১৮/৪৮১ | ১০ একব |
| ৩২ | ক্যামগৈ অৱাং লৈকাই (শঙ্গোম শুন্নম) মসজিদ | ১৯৭০ | ক্যামগৈ অৱাং লৈকাই | ৫০ | ১৭/৬৬ | ৩১ একব |
| ৩৩ | কৈবাও মক্তিং মেঙ্গোব ইখোল মসজিদ | ১৯৪২ | কৈবাও মক্তিং মেঙ্গোব ইখোল | ৪৮ | ৩০/২৭ | ০৬ একব |
| ৩৪ | ক্যামগৈ তনাখা মপান ইবোসনা মসজিদ | ১৯৮৬ | ক্যামগৈ | ৫১ | ২৬৪ | ০৩ একর |
| ৩৫ | ওল ক্যামগৈ মুসলিম ইদগাহ | ১৯৬০ | ক্যামগৈ মুসলিম | ৪৯ | ৩৪৭ | ৯৩ একব |
| ৩৬ | কোংবা ঈবোং মচিন কববস্থান | ১৯১০ | ক্যামগৈ অৱাং লৈকাই | ৫০ | ১৪৪/১৩৬ | ১ ৫৫ একর |
| ৩৭ | ক্যামগৈ অৱাং লৈকাই সলম্ মমাং মসজিদ | ১৯৮৮ | ক্যামগৈ অৱাং লৈকাই | ৫০ | ২১৭ | ৪৫ একর |
| ৩৮ | ক্যামগৈ ওইনাম লৌকোন মসজিদ | ১৯৫০ | ক্যামগৈ ওইনাম লৌকোন | ৫০ | ৩৮০/৩৯০ | .০৫ একর |
| ৩৯ | ক্যামগৈ মুসলিম মখা লৈকাই কববস্থান | ১৯৬২ | ক্যামগৈ মখা লৈকাই | ৫০ | ৮৩৯/৩৩৪ | ৬২ একব |
| ৪০ | খুল্লাকপম কববস্থান | ১৮০০ | নিংথৌনাই, য়াইবিপোক | ১০৭ | ২৭৩ | ,৭২ একব |
| ৪১ | মদ্রাসা হুসৈনিয়া অশ্রাফিয়া | ১৯৬৮ | নিংথৌনাই, য়াইবিপোক | ১০৭ | ১৫৪ | ১.২০ একব |
| ৪২ | ববি জমে মসজিদ | ১৮৪২ | নিংথৌনাই ,য়াইবিপোক | ১০৭ | ২২১৯ | ৩৬ একব |
| ৪৩ | নিংথৌনাই মককময়ুম কববস্থান | ১৮০২ | নিংথৌনাই, য়াইবিপোক | ১০৭ | ২১৭২ | ৬২ একব |
| ৪৪ | টুলিহল ইদগাহ | ১৯৪৮ | টুলিহল, য়াইবিপোক | ১০৩ | ১২৬৫ | ২৩ একব |
| ৪৫ | মদ্রাসা ইসলামীয়া মদনিয়া | ১৯৮৪ | টুলিহল, য়াইবিপোক | ১০৩ | ১২৬৫ | ৫৩ একব |
| ৪৬ | টুলিহল ইদগাহৱালী মসজিদ | ১৮৭৪ | টুলিহল, য়াইবিপোক | ১০৩ | ১২৬৫ | .৬৯ একর |
| ৪৭ | টুলিহল অৱাং লৈকাই জুমা মসজিদ | ১৯৬২ | টুলিহল, য়াইবিপোক | ১০৩ | ১২১৯ | ৪১ একব |
| ৪৮ | টুলিহল তম্পাকময়ুম কববস্থান | ১৯৭০ | টুলিহল, য়াইবিপোক | ১০৩ | ৩৮৪/১২২৫ | ১৫ একব |

| ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ৪৯ | হজীবালী মসজিদ | ১৯৮৯ | নিংথৌনাই, য়াইবিপোক | ১০৭ | ৪৩৪/২১৭৩ | ১৭ একব |
| ৫০ | মদনি জমে মসজিদ | ১৯৪৯ | বাবুপাড়া, জিবিবাম | ৬ | ৭৭/১৪৮ | ৬০ একব |
| ৫১ | কাছিমপুব অলীয়া মদ্রাসা | ১৯৪৫ | কাছিমপুব, জিবিবাম | ১৫ | ৬০৪ | ৫৫ একব |
| ৫২ | কাছিমপুব মসজিদ | ১৯৭৫ | কাছিমপুব, জিবিবাম | ১৫ | ৬০৪ | ৫৫ একব |
| ৫৩ | অহমদিয়া ইদগাহ | ১৯৮২ | লালপানি, জিবিবাম | ৬ | ১৩১/৭৭ | ৩৫ একব |
| ৫৪ | লালপানি মসজিদ | ১৯৪৫ | লালপানি, জিবিবাম | ৬ | ৭১ | ২৮ একব |
| ৫৫ | সোনাপুব জামে মসজিদ | ১৯৪১ | সোনাপুব, জিবিবাম | ৬ | ৩৪/১৭০ | ৯১ একব |
| ৫৬ | মন্ত্রীপুখ্রি মুসলিম কববষ্টান | ১৯১৮ | মন্ত্রীপুখ্রি | ৮ | ৫৭ | ১ ২২ একব |
| ৫৭ | মন্ত্রীপুখ্রি মসজিদ | ১৯১৮ | মন্ত্রীপুখ্রি | ৮ | ১৩৫/২৭২/৮ | ০৮ একব |
| ৫৮ | মপাল ইথোল কববষ্টান | ১৯০০ | খেবগাও | ৩০ | ১০২/৯৮/২৩২ | ৯০ একব |
| ৫৯ | খেবগাও ময়ায় লৈকাই মসজিদ | ১৯১৬ | খেবগাও ময়ায লৈকাই | ৩০ | ২০১ (ষ্টেট) | ০৫ একব |
| ৬০ | পোবোম্পাৎ জমা মসজীদ | — | পোবোম্পাৎ | ২৮ | ৫ | ২৫ একব |
| ৬১ | পোবোম্পাৎ মুসলিম কববষ্টান | — | পোবোম্পাৎ | ২৮ | ৪ | ৬৬ একব |
| ৬২ | পোবোম্পাৎ মুসলিম কববষ্টান (নিউ) | — | পোবোম্পাৎ | ২৮ | ৩১ | ২.৯২ একব |
| ৬৩ | অলিয়া মসজিদ (খুৎহৈবম মসজিদ) | ১৯৩৮/৩৯ | কৈখু | ৩০ | ১১০৬/১২৭২ | ০৬ একব |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৬৪ | ট্রিনালি মসজিদ | ১৯৬৯ | কৈখু | ৩০ | ১১০৪/৩৬০ / ১৩১৭/৭০১ | .১০ একর |
| ৬৫ | খেবগাও মখা যুমখাইবম মসজিদ | ১৯৬২ | খেবগাও | ৩০ | ৪৯/৪৯৩ / ১০১১/১২৪০ | .০৮ একর |
| ৬৬ | কাইবং হংজিং খুনৌ মসজিদ | ১৯৭৬ | কাইবং হংজিং | ১৫ | ২৯২/৪৪৫ | .১৬ একর |
| ৬৭ | কাইবং ময়ায় লৈকাই মসজিদ | ১৯৬২ | কাইবং ময়ায় লৈকাই | ১৫ | ২২/১০৫১ | .৩৭ একর |
| ৬৮ | সাবল লৈকাই মসজিদ | ১৯৭৪ | খাবৈশোই | ৩২ | ১২২৬ (দাগ) | .১৫ একর |
| ৬৯ | মসজিদ চীংয়া (মতাই) | ১৯৯০ | খোমিদোক | ১৩ | ৩২৩/৩৮২ | ০৬ একর |
| ৭০ | মিনুথোং হফিজ হত্তা মসজিদ | ১৯০৫ | মিনুথোং হফিজ হত্তা | ১০২ | ২০ (দাগ) | ৩৫০´x৬০০´ |
| ৭১ | মিনুথোং হফিজ হত্তা কবরস্থান | ১৯০৫ | মিনুথোং হফিজ হত্তা | ১০২ | ২১,৩৫ | ১.০৫ / ১.৪৩ একর |
| ৭২ | ইম্ফাল সেন্ট্রেল মসজিদ | ১৯৯৬ | নোংপোক ইথোল | ২৬-এ | ১০৪৯/১৫৭৭ / ৫৩৭৭/৫৫৫১ | .০৪৬ একর |
| ৭৩ | গোলাপতি জমা মসজিদ | ১৯৬০ | গোলাপতি | ২৬-এ | ১৬৬৮ / ৫২২৭/৫২৬৫ | .১৬ একর |
| ৭৪ | চীংদোং লৈকাই মসজিদ | ১৯৭৬ | চীংদোং লৈকাই, জিবিবাম | ১৪ | ৬/২৬৪/৬৪ (দাগ) | ০৬৬৮ হেক্টর |

| ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্টিক্ট | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
| ৭৫ | নজ্বত্ত মসজিদ | ১৯৭৫ | খেত্রি বেঙ্গুন মযায় লৈকাই | ৪০ | ৩৮১/৯৩৭(N)<br>২৭৫/৭৮০ | ০৪ একর |
| ৭৬ | নুব মসজিদ | ১৯৭৪ | খেত্রি বেঙ্গুন অৱাং লৈকাই | ৪০ | ১৭৪(০)/৮৭(N)<br>২২৮ | ০৪ একব |
| ৭৭ | নুবানি মসজিদ | ১৯৯৩ | খেত্রি বেঙ্গুন অৱাং লৈকাই | ৪০ | ৪৫৪<br>৯৪২/১৬/৭৮৪ | ১২ একব |
| ৭৮ | খেত্রি ময়ায় লৈকাই জমা মসজিদ | — | খেত্রি মযায় লৈকাই | ৩০ | ৬৮৮ পাত্তা | ৪৮ একব |
| ৭৯ | কাইবং খুনৌ মসজিদ | ১৯৭৫ | কাইবং খুনৌ | ১৫ | ৪৪৫/৪৯১ | ০৮৫ হেক্টব |
| ৮০ | ক্যামগৈ মখা লৈকাই মসজিদ | ১৯৭১ | ক্যামগৈ মখা লৈকাই | ৫০ | ১৬৭/৮৮১<br>৩০৭/৫১৪ | ০২ একব |
| ৮১ | উকপ নাওকন মসজিদ | ১৯৭২ | উকপ | ৫১ | ১৩১২/১৪৩ | ০৫ একর |
| ৮২ | উকপ অৱাং লৈকাই শঙ্গোমগুন্ফম পুবানা মসজিদ | ১৮৯৪ | উকপ অৱাং লৈকাই | ৪৯ | ৩১৪<br>১২৪৬ | ১০ একব |
| ৮৩ | কৈবাও মক্তিং মণ্ডয়া মসজিদ | ১৯৭৪ | কৈবাও মক্তিং | ৪৮ | ৬৫/১০<br>১০২৫ | .৪৫ একব |
| ৮৪ | উকপ অৱাং লৈকাই তম্পাকময়ুম মসজিদ | ১৯১৮ | উকপ অৱাং লৈকাই | ৪৯ | ১২৭৫<br>১১৫ | .১০ একব |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৮৫ | ইদগাহ খাবৈশোই | ১৮৯৬ | খাবৈশোই | ৩২ | ১০৭৩ | ৩৩ একর |
| ৮৬ | কবরস্থান চাঙমদবী মখা লৈকাই | ১৯২৫ | চাঙমদবী মখা লৈকাই | ১০৯ | ৭৪/৭৩ | ---- |
| ৮৭ | চাঙমদবী কবরস্থান | ১৯১৫ | চাঙমদবী | ১০৯ | ১০৯/৪১ | ১২.৭২ একর |
| ৮৮ | মসজিদ (পুরানা) চাঙমদবী মখা লৈকাই | ১৯২৫ | চাঙমদবী মখা লৈকাই | ১০৯ | ৭৪/৭৩ | .১২ একর |
| ৮৯ | চাঙমদবী ময়ায় লৈকাই কবরস্থান মসজিদ | ১৯২২ | চাঙমদবী ময়ায় লৈকাই | ১০৯ | ৯১ | .০৩২ একর |
| ৯০ | জমা মসজিদ চাঙমদবী মখা লৈকাই | - | চাঙমদবী মখা লৈকাই | ১০৯ | ১১৬/২৫ | ০৮ একর |
| ৯১ | চাঙমদবী মথক জুমা মসজিদ | ১৯৬৮ | চাঙমদবী মথক | -- | ৬০৭/১৪০৭ | ১৩ একর |
| ৯২ | সনা ইচিল মসজিদ | ১৯৬৭ | চাঙমদবী | ১০৯ | ২৪৫/১৯৭<br>১৩৮৯ | ১০ একর |
| ৯৩ | চাঙমদবী মথক লৈকাই সফিয়া মসজিদ | ১৯৮১ | চাঙমদবী মথক লৈকাই | ১০৯ | ৮৩৫/১৭১৬ | .০৯ একর |
| ৯৪ | সেণ্ট্রেল মসজিদ | ১৯৭১ | চাঙমদবী | ১০৯ | ৮০৫/৩৫৪ | ০৫ একর |
| ৯৫ | তাবোকপী মসজিদ | ১৯৬০ | তাবোকপী, যাইবিপোক | ১০৩ | ৫১২/২০১<br>২০১ | ০৯ একর |
| ৯৬ | কোঞ্জিল লৈকাই মসজিদ | ১৮৯৪ | কোঞ্জিল লৈকাই,যাইবিপোক | ১০৩ | ৩৮১/৩৩২<br>১৩১৩ | ১৫ একর |
| ৯৭ | য়ুমখাইবম ময়ায় লৈকাই কবরস্থান | ১৯০৯ | খেবগাও | ৩০ | ১৩০ (নিউ)<br>৫৪৮ | .৪৬ একর |
| ৯৮ | চাঙমদবী ইদগাহ | ১৯০০ | চাঙমদবী | ১০৯ | ১০৯/৪৬ | ৩ ৪৪ একর |

## ইম্ফাল ইষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ৯৯ | য়াইবিপোক নিংথৌনাই মখা লৈকাই মসজিদ | ১৯৯৪ | য়াইবিপোক নিংথৌনাই | ১০৭ | ২৪০/৯৩৮ / ২২৭০/২৩২৪ | ০৫ একব |
| ১০০ | মসজিদ ক্যামগৈ মুসলিম | ১৯৫২ | ক্যামগৈ ময়ায় লৈকাই | ৫০ | ৩১৪/৩৪১ / ৩৮/৪৬২ | ০৯ একব |
| ১০১ | ইসলামিয়া মসজিদ | ১৯৮৭ | য়াইবিপোক তোপ চিংথা | --- | ১৭৩(০)১৩২৪ (N) / ১৮৪৬ | ০৬ একব |
| ১০২ | জমাই মসজিদ | ---- | চাওমদবী মখা লৈকাই | ১০৯ | ১১৬/২৫ | ০৮ একব |
| ১০৩ | বক্ফ বোর্দকী লম | ১৯৯৬ | টেলিপতি, ইম্ফাল | ১০০ | ১০০/১২৫ | ১ ১১ একব |
| ১০৪ | জামিয়া মিসহাবুল উলুম ট্রষ্ট | ১৯৯৮ | খাবৈশোই | ৩৪ | ৩২/২৪/৭০২ | ৪৭ একব |
| ১০৫ | খেবগাও মখা লৈকাই য়ুমখাইবম মসজিদ | ১৯৯১ | খেবগাও মখা লৈকাই | ৩০ | ৫৬৭/১৮৪৫ / ১২৭৩/১৩৮০ | ০ ৫৫ হেক্টব |
| ১০৬ | মসজিদ নসিব | ১৯৯০ | পাঙোং মখোং | ৪৪ | ৪৪/১৫৬ / ২০১ (P) | ৩৩´x৩০´ |
| ১০৭ | অজিজিয়া মসজিদ | ১৯৯৬ | খেবগাও মখা লৈকাই | ৩৬ | ৪৮৫/৭৩৫ | ০৩ একব |
| ১০৮ | ইলাহি জমে মসজিদ১৯৭৮ | চন্দ্রনাথপুব, জিবিবাম | | - | ২০/১/৭৬ | ১৭ একব |
| ১০৯ | ইষ্ট সোনাপুব মসজিদ | ১৯৬৫ | ইষ্ট সোনাপুব, জিবিবাম | ৬ | --- | ১২৮০ হেক্টব |

| | | | | | | |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১১০ | ইষ্ট সোনাপুর কববষ্টান | ১৯৫০ | ইষ্ট সোনাপুব, জিবিবাম | ৬ | --- | .১৫৫০ হেক্টব |
| ১১১ | মৌলানা মদনি মসজিদ | ১৯৮৮ | টুলিহল ময়ায় লৈকাই | ১০৩ | ১১৩/৬৮৭ | ০৮ একব |
| ১১২ | শাহি মসজিস | ১৯৯৪ | ক্ষেত্রি অৱাং লৈকাই | - | ৩০/৪৬৫/৭৩২ | ০ ১৫৩ একব |
| ১১৩ | কববৱালী মসজিদ | ১৯৬০ | উকপ | ৪৯ | ১০/৮৩২(N) | ০ ৫ একব |
| ১১৪ | মদ্রাসা বহিমিয়া | ১৯৯৪ | উকপ | ৪৯ | ১০/৮৩২(N) | ০ ৫ একব |
| ১১৫ | মকমুল মসজিদ | ১৯৯৬ | ক্যামগৈ অৱাং য়ুমখাইবম লৈকাই | - | ২০৯/৩৭৪(N) | ০৭ একব |
| ১১৬ | থংবিজবৌ মসজিদ | ১৯৩০ | পাঙ্গোং মখোং | ৪৪ | ১১/১৭৪(N) | .১৩ একর |
| ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট | | | | | | |
| ১ | মুঃ ফবিদ সদব বজাব জমে মসজিদ | ১৮৯৬ | পাওনা বজাব, ইম্ফাল | আই এম সিট ১৭ | ৮২৩৮/৩২৪৩ | .১৯৬৫ একব |
| ২ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন ময়ায় মসজিদ | ১৮৯১ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৭৬ | .১৫ একব |
| ৩ | মুঃ নসিব অলী (সিঙ্গাখোংবম) কববষ্টান | ১৯৪০ | ময়াই ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৫৫৪/১১৯১ | ১৫ একব |
| ৪ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন মনিং মসজিদ | ১৯৭৪ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৪৮৬/১৭১ | .১৩ একব |
| ৫ | উচিৱা বাংবল অৱাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৩০ | উচিৱা বাংবল | ৭৪ | ৬০/৮২ | ২২ একব |
| ৬ | উচিৱা বাংবল ময়ায় লৈকাই কববষ্টান | ১৯২০ | উচিৱা বাংবল | ৭৪ | ৯১/১৪১ | .৪৫ একর |
| ৭ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন লৌকোক মসজিদ | ১৯৮৩ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন লৌকোক | ৭৫ | ৫২৭/৫৭ | ৩০ একব |
| ৮ | উচিৱা বাংবল ইদগাহ | | ১৯৬০উচিৱা বাংবল | ৭৪ | ৬২/১১০ | ১ ২৫ একব |
| ৯ | উচিৱা বাংবল অৱাং লৈকাই কববষ্টান | ১৯৩৫ | উচিৱা বাংবল | ৭৪ | ১৬৪/৬২ | .২০ একর |

## ইম্ফাল ৱেষ্ট ডিষ্ট্রিক্ট

| ১ | ২ | ৩ | ৪ | ৫ | ৬ | ৭ |
|---|---|---|---|---|---|---|
| ১০ | ওল ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন লৌকোক কবরষ্টান | ১৯২০ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন লৌকোক | ৭৫ | ৫২৭/১০২ | ৪০ একর |
| ১১ | ইসলামিক পব্লিক লাইব্রেরী | ১৯৮৫ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৮৫০/৭৮১ | ০৭ একর |
| ১২ | বোগীময়ুম জহেকেদ্দিন কবরষ্টান | ১৯৩০ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৮৭১/৭৫ | ১ ০০ একর |
| ১৩ | চেশাবা কবরষ্টান অমসুং মসজিদ | ১৯৫০ | ময়াং ইম্ফাল বেঙ্গুন | ৭৫ | ৮৭৪/১০৬৭ | ৭২ একর |
| ১৪ | কোনুমা লফুপাৎ জমে মসজিদ (মুহল্লাহ কোন্সিল) | ১৯১৫ | কোনুমা লফুপাৎ | ৬৮ | ১৬ | ৩১ একর |
| ১৫ | কোনুমা ময়ায় লৈকাই মদ্রাসাৱালী মসজিদ | ১৯৮৫ | কোনুমা মযায় লৈকাই | ৬৮ | ৯৮ | ১৫ একর |
| ১৬ | মদ্রাসা অনৱাকল উলুম | ১৯৮১ | কোনুমা | ৬৮ | ৩/৬ | ৪৫ একর |
| ১৭ | কোনুমা মখা লৈকাই নিজামৱালী মসজিদ | ১৯৭১ | কোনুমা মখা লৈকাই | ৬৮ | ২৬৯/১০৬ | ১৬ একর |
| ১৮ | কোনুমা ঈবিল লৈকাই মসজিদ | ১৯৮৫ | কোনুমা ঈবিল লৈকাই | ৬৮ | ২৪৪/২২৭ | ১০ একর |
| ১৯ | কোনুমা হিয়াংখোং মনিং লৈবক মসজিদ | ১৯৮০ | কোনুমা হিয়াংখোং | ৬৮ | ৫/১১৯ | ৩২ একর |
| ২০ | কোনুমা অৱাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৫৫ | কোনুমা অৱাং লৈকাই | ৬৯ | ১৬৫/১০৭৮ | .৩২ একর |
| ২১ | পাউবিতেক মমাং লৈকাই মসজিদ | ১৯৪০ | পাউবিতেক মমাং লৈকাই | ৮৫ | ২২৮১ | ০২ একর |
| ২২ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই জমে মসজিদ | ১৯৩০ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই | ৮৫ | ২৩৭৭ | ০৯ একর |
| ২৩ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই ইদগাহ | ১৯৩০ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই | ৮৫ | ৫৩০/২৩৪৬ | ২৮ একর |
| ২৪ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই খোঙ্খোংময়ুম কবরষ্টান | ১৯৮৫ | পাউবিতেক ময়ায় লৈকাই | ৮৫ | ১৫৩/২৪০৬ | .৩১ একর |

